মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী মখেৎলা কোঙবা

# মৈতৈরোন অরিবগী

## অশ্বমেধ



রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি-কম্

# ৱাহৌদোক

আর্জ্জুন্না ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী শগোল মতুং ইন্দুনা মথং মথং অম্সুম লাক্তুনা মণিপুরদা থুংলবা, মণিপুর নিংথৌ বভ্রুবাহন্না শগোল অদু ফাবা, অদুদগী মপা-মচা লাল শোক্নবা, লান্দা মচাগী মথুক্তা মপানা মাইথিবা—শিবা, উলূপীনা পাতালদগী মণিপুরক্তুনা অর্জ্জুনবু হিঙৎহনবা, মপা-মচা শকথোক্নবা, অদুদগী মথং মথং হস্তিনা য়ৌবা—মতাং অসিনি অশ্বমেধ হায়রিবা লাই-রিক অসিদা ইরিবা।

অসিগুম্বা অশ্বামেধগী ৱারী অসিবু তারগদি পাপ কোকই হায়না বৈশম্পায়ন মুনিনা জন্মেজয় নিংথৌদা হায়খিবা অদু কাশী-দাসী মহাভারতকী অশ্বমেধ যজ্ঞ হৌরমদাইদ। অমুম্না ইরি—

বলেন বৈশম্পায়ন শুন জন্মেজয়।
অশ্বমেধ শ্রবনেতে পাপ নষ্ট হয়॥

অর্জ্জুন্না শগোল মতুং ইন্নরক্লি। লাইগী নোংদমদগী শগোল অদু মণিপুরদা চংশিল্লকলে। থৌনা করবা বভ্রুবাহন নিংথৌনা যজ্ঞগী শগোল অদু ফাহনা থম্লে। মতাং অসি কাশীদাসী মহা-ভারত্তা অমুম্না ইরি—

কিরিটী আইল অশ্ব রাখিবার তরে
দৈবে আসি ঘোড়া প্রবেশিল মণিপুরে॥
ধরিল যজ্ঞরে ঘোড়া বভ্রুবাহ বীর।

মণিপুর নিংথৌ বভ্রুবাহন্না যজ্ঞগী শগোল কান্থুনা থম্লবদা অর্জ্জুন অমসুং বভ্রুবাহন্না মপা মচা লান কন্না থেংনরি। বভ্রুবাহন্না লাকচরবদ অর্জ্জুন্না মহাকপু কর্নাংনবা শ্রীকৃষ্ণ কৌরকপা মতাং অদু কাশীদাসী মহাভারত্তা অস্তুম্না ইরি—

আইস কনকপ্রিয় শীঘ্র মণিপুরে।

বভ্রুবাহনের যুদ্ধে রক্ষ কর মোরে ॥

অর্জ্জুন্না হায়রিবদি অসিনি—"লাকও থুনা মণিপুরদা, চান্নরবা, বভ্রুবাহনগী লাল অসিদা ঐবু কনবিয়ু।" অকনবা লানকম অদুদা বভ্রুবাহনগী তেন্না অর্জ্জুনগী মকোক ককখি।

অশ্বমেধগী ৱারী অসি অমৃতগা পাংথকনি, কাশীরামদাসনা নীজৈ, পুণ্য চেনবা মীশিংনা ৱারী অসিবু তাজৈ— অস্তুম হায়না কাশীদাসী মহভারত্তা ইরি—

অশ্বমেধ পুণ্যকথা অমৃত সমান।

কাশীরামদাস কহে শুনে পুণ্যবান॥

থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল।
৩১।১২।৭০ ইং

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

# অশ্বমেধ



শ্রীকৃষ্ণায় নমঃ। হরি হয়াহে শ্রীগুরু খোইখোইবা সনা খুয়া থম্বাল-লৈ, থরাই গুম্না পোনচেং-লৈ, লৌশিং উপু তুংন-লৈ, মুংওনবা নিংজা খুৎগাই লেঙদফম অচেৎপা, প্রেম খোঙহো ফম্বিরেন অথুপ্পা, পাদ-পদ্ম অনিমবু তাংজ লুদা খোংনা চৈয়ৈ গুক্তা য়েৎ, ইয়া নাপী চীক্, লরাই শমদোং ফোয়্, খুৎকাং চাংজৌ চেপ্পা লোন্, মালেম লৈদা তাবা চৈগুগুম হকশাং লৈদা পক্কা হন্না হন্না পুরুমজরক্তে। অম্লুম পুরুম্লবগা গোলক বৃন্দাবন লুংঙাইবদা মরুপ য়িমওইনবা যুগল ব্রহ্ম চংখোনবা, থমোই লোকলুং ঙাম-লাই কল্পতরু ছায়া চিংনা য়েংনা পুক্লিং হকশাং য়াথং অহুমমবু গুংজিন্না শোয় হোন্দোক হোঞ্জিন খুদিংবু ইড়াং পুনেম লোয়ননা থৌগনজরক্তে। খোইয়ুম ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর খোইখোইবা অহুমনচিংলিবা বৈকুণ্ঠ কোরৌ নোংমদোনগী দেব সর্ব্ব লেংনা তিনবা পুম্নমবুম্নুং পুরুমগে। য়োইবু লক্ষ্মী লাইরৈমগা নারদ মহামুনি ঋষি লেংনা তিনবা খৈবিকপুম্নুং পুরুমজরক্তে। খিম্লি রৈথাই চংলকপা খৈবিকপু ঙাকপিস্নুনো হায়বগী য়োইবু গৌরী লাইরৈমা সনা লিনকোইগী

গণেশ লাংলাই কাংজা লুবেন হেনবা গজানন লাইয়িংথৌবুস্নুং পুকমলক্কে মহাভক্ত অথোইবনচিংনা গুরু বৈষ্ণব পণ্ডিত সভা লেংনা তিনবা শয়মবুস্নুং উনবী পুক্নিং চেৎনা হন্না হন্না পুরুমজবক্কে।

অস্নুম পুকয়ানগা পুনা ৱারম অথোইবদগী সমদ্রু ঈবেনপুংবু ওইবিবা মহাভারত অচৌবদগী চন্দ্রবংশ শাগৈবেন্দা পোক্লবা রাজা পরীক্ষিৎ নিংথৌ মপারী অভিমন্যু মনোয়াই জন্মেজয় নিংথৌ অথোইবগী শমু মহকশাংদা শৃঙ্গ মুনি মীচৈন লাইথুং পোৎলুম পুববদা ব্যাস মহামুনি মথৌজান জৈমিনী মবনকু অথোই-বনা নিংথৌ সনা মহকশাংদগী ব্যাধি লাইলং কোয়বা মথু ধর্ম্মরাজ নিংথৌবেন্নচিংনা শানৌ মচিন মনাউ মভামাগি সতী দ্রৌপদি অচুম্বীগা মখোয় তরুকমবু পুক্নিং হিংসা তৌনা শাগৈ লানশোক য়েক্ল-রা বাজা দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্নচিংনা শানৌ মচিন-মনাউ চামমবু য়াইবী থরাই মাঙনা বংশ শাগৈ হাৎপগী মহাপাপ কোক্লবা লাঙ্গোই শগোল থাবগী অশ্বমেধ যজ্ঞ হায়না কৌবা শান্তি পর্ব্ব মথংগী অশ্বমেধ ৱারী লুংঙাইথোইবা অসিবু য়াথং পরেং থিনা তেংথাজরক্কে।

তৌইগুম ৱারী লুংঙাইথোইবা অসিবু থৌরম মতৌ করম শৈশেম্বনো হায়ববদি লাইবেন মৈদিংঙু শ্রীশ্রীযুক্ত জয়সিংহ মহাম্বা রাজা নিংথৌরেন লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বা ধর্ম্ম ওঝা নিংথৌবেনগী লিক্লাই মপারী পলেম মমা থয়োইরোন মেতু লোইথোম্বী ৱাইরং লমনেৎপী সনা লিনকোইগী লাইরেন

মৈদিংঙু শ্রীশ্রীযুক্ত অভিজিৎ সিংহ শেনবা তমলেখোম্বগা য়োইবু মশানৌ থয়োইরোন য়াংলৈঙম্বীগা পোইটৈ সনা লৈবাক ঙাক্লা পানফরিঙৈদা মদাইরেম অহন মতম ওইনা মানলৈ চিংওন্নবা, লুরোং মালং অহোংবা, হংখৈ লোংনা থাবা ময়ু শিংনং অতোনবা, সনা ঈদা কাফবা, লমলেন থুবোক্ত লৌশোয়বেন হাইবীবোক্তা খোম্লাং চামা য়ান, লালং চামা যান, তবা চাবু চিবুংপৈ বাংৈল থারী লৌখোং তৈনা তো নেংবমচা খোমতুম লম্মহন, পাৎচাউ লাইমাকোন, থোঙলেন অমুপাৎ, য়াংলৌ মৈশেনবমদা নাউয়িবা শ্রীপবশুরাম লুব্রাংজমচানা মদোম পায়মা উনকোইমুংদা নিংখনজরুইয়ে। মালেম তাইবংপানবা অসিদা পলেম পন্থৌ অনিমনা নাউনৌরকঙৈগীমখৈ্ব লাইরেন কোবৈ ইনোংথৌশিংগী তুবি সনা মখোংথাদস্তুং চীংখোং থোগন তাম্লকয়ে। মহাবস্তু অথোইবশিংগী খুয়া লৈথে। থাদস্তু নাঞ্জ লনথোই রাৎলকপগী অব্রা লাম্নংলরে। লহান লাংওন অমৎজ্রা থোগন ঐগী মহৈ লৈরমদবনা 'হৌজিক মতম অসিগী হাক্তক লাংঙেন অসিগী ভক্ত লাইবু নিংবশিংগী খুয়া লৈখোংখাব্ য়োইনা থোগন জসে হায়বস্তুং অহন বৃদ্ধ ঈতম ওইনা পুনশি চেংজেল কুইরক্লবগী খোংকাপ অথাং কায়ৎমদরে। পাঙ্গল ইয়েং তানা হন্ন ইয়াই কাবা ঐবু থৌবম মতৌ করম্বনা য়াইদৌ থল্লাই লাম্নশিবনো হায়না নিংখনজরুববু মহাভারত অথোইবা অসিগী ধর্ম্ম ব্রারম মুংঙাইবা পাপ লাইজা ঈরেনপুংঙুম্ববু কোক্ল-ব্রা পুণ্য মহৈ অথোইবদগী সমদ্রু ঈরেনপুংবু ওইরিবা মহাভাবত মশা তবানিপাল

মরক্তগী অশ্বমেধ যজ্ঞ অথোইবা অসিবু পোইরৈ মৈতৈলোন্দা তে'থা পবেং ওইনা শৈশেমজরমগে। খোইয়ম লাইবু নীংবশিংগী সভা মীযামমাংদা ভারত রারী মুংঙাইবা অসিবু অশৈ তেংথা শকলুবা থুদিংদা নোংপাল উমু চাকথেকথাকুম্ব' লৌশিং মিৎথোং মম্নবা ঐগী ভক্তি ইথোঁথনবু ওইজগে হায়না অসুম নিংথনলুরবগী সেবক মপারী মুংচানবা লোইয়ম রাংঙম নহা শ্রীঅভিমন্যু চিরোম-চাগা চেংলৈ রাঙোনলেনবু অশৈনবচা শ্রীগঙ্গাচরণ রাই-রোকপগা অতোন নোংম্নাই থুমনবসু শ্রীনবশ্যাম ওইনাম-চাগা অহুমদা রাঙমখিয়ে।

ইপাবী মুংচানবা নখোয় অহুমদি কোলোই ঐগী ইয়াথংবু পুনা পাউথোন ওনচা চৎপদা অরা হুইরাং শোনগুনো, মহাভারত অথোইবা অসিবু শৈশেম মতোল লোম্নবা শংলৌ থৌরাং পনগুনো হায়না পাউমেল্লবগী সেবক মপারী অহুমদি পম্হৌ কোলোই ময়াথং মুংশিববু তাংজা মখোয়গী লুদা থোংনা রাহমলুয়ে। বৈষ্ণব খোইয়ম লাইবু নীংবশিংগী হৈনা মতুং ইন্না শিন্দমজরকপা ঙাঙোই কৌবা মপু নিংথৌমুং শ্রীঘনশ্যাম খোকচোম-চা পণ্ডিত লৌশিং নয়িনলকপা নংদি ভারত রারী মুংঙাইববু পুক্লিং লাংপামজবগী শাস্ত্র লাইরিক হৈবা বেদ ধর্ম্ম অথোইবদা সমক্র ঈরেনপুংগুম্বশিংগী থুম্না লৈথোংখাদা ভক্তি পুক্লিং চৈরোইননা শিন্দমজরকপনে। মহাভারত অথোইবা ময়িম পাওন ললোন তৈবদগী পোইরৈ মৈতৈলোন্দা হন্দোক-ও। তুবি চীংথোং থৌদাইরেম নোংঙান চীংথোং য়াকৈরাক্তগী হৈনা

মীতুং ইন্না শিনদমজরকপা লোইয়ম নোংয়াই নহা শ্রীঅভিরাম মাইবম-চা নংগা ঙাঙোই কৌবা মপু নিংথৌম্ব শ্রীমদন হিদাম-চাগা নোংপান অঙৌবাচা শ্রীহরিচরণ থাংলেনবগা মংথোয় অহুমদি শৈঙং নাতৈ খি. তেংথা লিরোং থন্না শৈশেন্বিরো। পম্বৌ নোংবাল মপাবী শ্রীচন্দ্রশ্যাম লুরোংচাম্বা নংগা থাংয়ি মচেং চঙববু তেংথানবমচা শ্রীদয়ারাম কোঞ্জেংবগা লৌশিং নতম্নকপা নবিংঙ দি কোংয়াং ব্রায়ি খেৎনা মুকমৈ নারিন শোনবি-ও।

পম্বৌ কোলোই ময়াথং অসিবু ব্রারম হেন্দোকক্ররোই হায়না পাউমেনববু নাতারবদা হোইদা নাব্রা ঐখোয়বু পায়মা লৌশিং তাম্না উনবি লৈখনলকপা মকোয় পুকথোং হাংবা মশেন্নে। তৌইগুম পম্বৌ কোলোই ময়াথং মুংশি চৈরোইননা পাউমেনলকপা অসিনা ব্রাকয়ৈ ঐখোয়গী হিগা ওই, ধর্ম্মরাজ নিংথৌবেনগী থৌজাল ঈবেনপুংগুম্বা অহুনা হীক তেংমাই লেপ্, কবি দীনরাম নোংবাল মুংগাংপম-চাগা সেবক মপারী লৌশিং মপাউতাক্তগী হাক্তক ব্রারী কাউদনা শন্দোকপিরম্বা শ্রীমুকুন্দরাম ব্রাংথৈ নাউদা অবেম্বাচাগা কোরৌ নোংজা খুলিংবু মুকমৈ নারীন শোন্না শিন্দম্বিরম্বা শ্রীবৃন্দাবন মৈয়েংবমচাগা শ্রীমাধবরাম ব্রাহেংবগা গুরু লাইওইনবা মরিমগী থৌজাল মবনকুনা তোংচেং হিনাউ শা, য়োইবু সরস্বতী অচুম্বীনা খুমু নৌগা ওইনা ভারত ব্রাবী মুংঙাইববু লেপ্পা শৈশেম মতোল লোম্নববু থৌজাল লনকুবিম্নুনো হায়না পাউমেন্নরবগা লোইয়ম নোংবাল হংথৈ লেংনা থাবা লুরোং মালং অহোংবচাদি

সেবক মপারী লেংনা ত্রিনবশিংনা উনবী লিতিন্নবা য়াথং পাউমেন্নববু নাতারবগী পুক্লিং হবাউ থোইনা থাউমৈ মঙান নাই, তরা চেঙ্‌ মচং, লোইবী কোইবেং হাউথোইদিং, শিংলেন চন্দোন লৈম্লুংশিগা পানা লায়াৎ তৈ, গ্না শুংদাই থায়. হৈবাং মথোন তৈ, তাউজিং থেনমাই লাংনা মশ নৌ পলেম পিথোং শিনবী শ্রীকুঞ্জবতী এলাংবীগা পুক্লিং ভক্তি চৈবোইনবা ঈডাৎ পুকমজ্জববদা মহাভারত অথোইববু শোক কুমশিং ৰাচম্বা শোক চা ১৭২৪ শুরকপা লোইদাম হিযাঙ্গৈ থাগী নিন্মাং ১৩নি পানবা কোরৌ নুমিৎ নিংখোকাবদা য়াথং পরেং শীন্না তেংথা শৈহোজরকয়ে। লৌশিং পোমিৎ লনবগী কু থোইচিন য়াম্না ৱাকমা থোইয়া শন্নবস্ত্র শমু পা শোই নাকপা থুকলু হংম্না তোনবনা থোংলেন পানবৈ লানাশুম চেংলৌ মঙম শোয়বা মিৎয়েং উয়োল থিবনা তো চেং হিনাউ শাবগী লৈকু থমথেং য়াম্না লৈরাই চুপথৈ হকপাহুগুম্ববু শৈও নাতৈ খঙ্‌দনা তেংথা-জবকপা অসিবু হে সভা লেংনা ত্রিনবা সাধু খোইধম লাইবু নীংবশি -ও! নংখোয়দি তাংজা নবৈ তান্দা হরি হরি শোন্না নাতাবিয়ো।

লহাননোং হয়িঙৈদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌবেনগী মনোংয়াই পরীক্ষিত নিংথৌ মপারী জন্মেজয নিংথোরেন্না কোবৌ নুমিৎমদা পুক্লিং হরাউথোইনা জৈমিনী মহামুনিরেন্দা যাথং ভক্তি তৌনা পাউহংবা ময়ু ধর্ম্মরাজ নিংথোরেন্নচিংনা শানৌ মচিন-মনাউ মঙামবু ঙাইবোইনবা লাঙ্গোই শগোল থানা যজ্ঞ মঙম অথোইববু

তৌবকপা ব্যাস মুনি মপাউতাক অশ্বমেধ ৱাবী নুংঙাইবা পুণ্য থৌরম অযাম্বা খৈবিকপু জৈমিনী হামুনিরেম্না নিংথৌ মমাং শংশংবদা পাউমেন ৱাবু জন্মেজয় উনবী পুকনিং তপ্না নাতাবা ভদ্রাবতী লৈময়োম্দা ৱাঙনবা যুবনাশ্ব নিংথৌবেনগী যজ্ঞ মণ্ডমশাবু ভীম, বৃষকেতু, মেঘবর্ণ অহুমনা লাঙ্গোই শগোল ফাকুবা দ্বৰকা লৈবাক নুংঙাইবদগী বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইববু শিংলেন বার্ত্তন তৌনা পাউকৌকবা অংশান হিংচাববু হুয়েন লানশোন্নবা লোইদাম ৱাকচৌং থাগী পূর্ণিমা য়াৱা থানিনবোংদা মহাযজ্ঞ অথোইববু তৌনা লাঙ্গোই শগোল থাখিরবগী নীলধ্বজ, প্রবীব, হংসধ্বজ, সুধন্বা, সুরথ ভীবন হিংচাবা পাঙ্গল মখৈ লৈতব মখোয় অসি খৈবিকপু অর্জ্জুন, প্রদ্যুম্ন অনিমনা হাউশি উমগা চিংনা হুয়েন লানশোন্নখিবা থৌবাং মতৌ অয়াম্বদি পোইবৈ তেংথা লিওং থম্না শৈশেনজখিববু অধ্যায তরাহুমদোই শুখিরে। হৌজিক থৌবম অসি মতুংগী পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবা মপাবী মণিপুর লৈমাবা বভ্রুবাহন পাঙ্গনবগী লানশোক মতৌ ওম্বোকপা অধ্যায় তবামবি শুবকপগী ৱাবম অথোইববু য়াথং পরেং থিনা তেংথাজবক্কে।

অর্জ্জুন ৱাযবা তেলহৈবদি ৱাক্ষস হিংচাবা মৈবৰাক্কী যজ্ঞ মণ্ডমশাবু শমু থুংংম চন্না ফাবক্লবগা পার্থ পুক্লিং মবাংকায়না লান্মী মীয়াম পুনা মাইকৈ থানা পাংবরম চৎথখরে। কোবৌ নোংশাকোন অহুস্তুং মফম নুংঙাইবা খৈবিকপু থিনা য়াংদৌ লমদাং কুইনা চৎখিববদা মণিপুব হায়না কৌবা দেশ লৈবাকমদা চংখিরে.

মণিপুর লৈবাক মুংঙাইবা অহুগী মশক মতিক নিংথি-মুংঙাই পুন্নমবু মুনি ইচিন অমনদি লৈবাক মতিক কংনা কনা হায়ঙম-সিবনো ? লৈবাক নিংথৌ পানবা খৈবিক্তগী ব্রহ্মা লাইয়িংথৌনা থোইনা করম শানশেন্নবা মুংওনখোকয়ে। নিংথি মতৌ হায়ঙমদে। চীংঙ্ নোংপোক মহাদেবগী সনা মকাইফমগুময়ে। মতৌ পান্দম অমদি খোইয়ম বিষ্ণু থোইখোইবা মহাক্তী বৈকুণ্ঠ কোবৌ নোং-লৈবাকপু করম মানশনো ? লৈবাক মতৌ চংখোনবা অহুদা য়াঙোইরিবা নমু পোংওইবা খৈবিকস্নুং পুণ্য লিংজেল থোই-দোকয়ে। ধর্ম্ম লমচৎ কায়হন্দে। বিষ্ণু ভক্তি অথোইবদা উনবী পুক্লিং চেৎলে। বেদ মরিমনচিংনা পুরাণ শাস্ত্র আগম নিগম শ্রীভাগবত পুন্নমদা হায়রিবা রারম অচেৎপা খৈবিকপু লমচৎ মতৌ শোয়হন্দে। লৈকাই য়ুন্নুম খুদিংবু হোম যজ্ঞ তৌবদা পুক্লিং হন্দোক লৈতে। লাইফম অথোইবা খৈবিকস্নুং নমু মীপুম খুদিংবু অথৌলিচা হেপ্পা পাঙ্গল মঙান চাউয়ে। শাস্ত্র লাইরিক হৈবস্নুং মতিক কনা হাযঙমদবা মশেন্নে। থৌরম মতৌ নত্তবা নমু লিংজেন ফত্তবা তরা চানিবা পুনশি মতম রাংনা নোংমনবা পায়মা লিংজেন চুমদবা লমচৎ তোঙান ওইখিবা শক্তিফু লৈথুন তৌবা, মীকাই কানা খুরানব, অধর্ম্ম লমচৎ নত্তবা ফত্ত লমচৎ ওইখিবা অসি খৈবিকপু নমু কনা অমতনা চৎপিরুদে। নমু পোংওইবা খৈবিক্তো লাইনিং মতৌ শোইনদে। উনবী থোইনা পুক্লিং চেৎপা মশেন্নে। লৈবাক মুংঙাইথোইবা অহুগী নিংথৌ কোলোয় মমিংথোংদি বভ্রুবাহন হায়না মিংথোংয়ে। নিংথৌ মাগী

পাঙ্গল মরূমথাদা লৈবাক মরাঙ কায়না নুংঙাই মনিং তম্না পালহল্লে। নিংথৌ সনা মহকশাংদি ধর্ম্ম লমজাউবেন্দা বিষ্ণুভক্তি অথোইবা মরমচৎপু কায়হন্দনা মণিপুর লৈবাক ঙাকয়ে। চেংলৌ মাগী শকপানথোংস্নুং, নিংথৌ মাগী মতিক অথোইবস্নুং, বিদ্যা লাইরিক হৈবস্নুং থোইনা চংথোনয়ে। নমু পোং ওইবা খৈবিকপুস্নুং ক্ষমা ঙাকপিথোইনা দয়া থৌজাল হৈয়ে। পুক্নিং থোইনা ৱাচুম শুইয়ে। হকশাং ইন্দ্রি খুৎথুম চনয়ে। চরিত্র মতৌ মেঙয়ে। পাঙ্গল মঙাল চাউবস্নুং শারেন নোংশা অকনবগী সিংহ মপারাঙমেয়ে। সমক্রু লাইজা ঈরেনপুংনা কোয়রিবা খৈবিকপু পাঙ্গল মনিং তম্না লোইচম্নেয়ে। নিংথৌ লমকেৎপা কনানা লানশোক কদৌঙম্নদে। নিংথৌ সনা চোংলেন থানবা খৈবিকগী পাঙ্গল মথক থোংনা চক্রবর্ত্তী নিংথৌরেনবু ওইনা পানকৈয়ে। খুৎশু শাম্নু লিকাপ তেনকাপ লীশু তেনশু মহৈ মশীং পুম্নমনচিংনা নিংথৌ মঙাল চাউনা চীংঙ নোংথৌ সরারেন-শুময়ে। মতিক অস্নুম ওইবা বভ্রুবাহন নিংথৌবেনগী মতিক অরূববু ৱারম ছায়হৌঙৈবু লৈতরে। লৈমা মশানৌ রতন মঞ্জুরী কৌবী অদুস্নুং চেংলৌ মাগী শকপাস্থোং চরিত্র মবমচৎ মতিক অরূবা পুম্নমবু য়োইবু লক্ষ্মী লাইরৈমগী মমোম নুংচানবীবু করম মামবনো, নিংথৌ মাবু অরোইববু তরা চাহেন ওইনৈয়ে। গুণ মতিক লৈবী চেংলৌ শক্তোই হেনবী অতুরা মখা পোম্না লোম্নবীবু মশীং থিঙমদনা মণিপুর লৈবাক ঙাকমম্নবদা লৌশিং কনানবু মকিং নাইহন্দে। লৌশিং পুকমাম্ননা পানমম্নেয়ে।

মণিপুর লৈমাবা মহাক্তি পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবগী মপারী পলেম মম্মা চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনকোই ঔরস বীর্য্য মরু হুম্না নাউনৌবা মহাকনে। তাংজা লিনগী চম্নু চেংলো শকোই হেনবী কোলোয় মমিংথোংদি উলুপী হায়না কৌবী অমসুং পলেম লোম্নবীবু ওইনা নাউয়োকয়ে। চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনকোইগী বভ্রুবাহন নিংথৌরেন অসিবু অর্জ্জুন তেলহৈবগী ঔরস বীর্য্য মরু হুম্না নাউনৌয়ে হায়না পাউমেনববু নাতারবদা জন্মেজয় নিংথৌ-রেনদি উনবী পুক্নিং ওক্রুবগী জৈমিনী মুনিরেন্দা য়াথং ভক্তি তৌনা পাউহংজখিয়ে। হে মুনি অথোইবা-ও। বারম মতৌ করম ওইনা বভ্রুবাহন নিংথৌরেন অসিবু পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈগী মপারীবু করম ওইরুহীকপনো হায়না পাউহংববু নাতারবদা জৈমিনী অথোইবনা মচিল মোমোন নোক্না পাউ-খুমবিখিয়ে—হে নিংথৌ অথোইবাও! উনবী পুক্নিং তপ্না নাত্তা-ও হায়না লহালনোং পার্থ তেলহৈবনা তীর্থ যাত্রা তৌনা চংলুগে আনন্ত শেব নিংথৌগী মমোম উলুপী অহেনবীবু পার্থ তেল-হৈবনা লুংহোংনাক্তা থানা তিন্নরুবগী ইলাবন্ত কৌবা অমবু নাউনৌরুয়ে। ইলাবন্ত অকনবা মহাক্তি কুরুক্ষেত্র লানশোক-ক্নমদা লানকম মাইয়োক য়ানখিরে হায়দবরা ?

থৌরম অহু মতুংদা গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেনগী মমোম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীবু বিবাহ লুহোংলুরবদা মপারী বভ্রুবাহন অকনববু নাউ-নৌরুয়ে। চিত্রাঙ্গদা মহাক অসিসুং নাৱা মকারকউদা পন্থৌ গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেনগী মীচৈ অন্নম্বনা লাইরেন কুম্ভিরিনী হকচাউববু

ওইয়ো হায়না পাউমেনখোনগী মমোম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীনা রাকৎচৈয়ে—হে পম্বৌ ইপা গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেন-ও! মীচৈ হনফদবা অসিবু মতম কয়ামরুম্বু কুইনা লাই সুং ওইয়ো হায়বনো? অস্তুম য়াথং ভক্তি তৌনা পাউহংজবদা পম্বৌ গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেন্না পাউখুমখিয়ে—হে ইমোম নিংথিবী নংবু পাণ্ডু পাঙ্গনবা মপারী ধনঞ্জয় তেলহৈবগা মুংহোংনাক্তা থানা তিন্নববু থোক্লবদা মীচৈ ঐগী অরাম্ববু কোকভৈনে। অস্তুম পাউমেন্নরিভৈদা অর্জ্জুন তেলহৈবস্ম তীর্থ যাত্রা চৎপদগী গন্ধর্ব্ব মরৈবাক্তা চংখিববু থোক্লরবগী তম্না মীচৈ অরাম্ববু কোল্লা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীবু অর্জ্জুন তেলহৈবদা মরান লুহোং খোংদোংলে। মতম অস্তুম ওইবা অত্তুদা মপারী বভ্রুবাহন অকনববু ঔরস মরা হুনলময়ে। বভ্রুবাহন নিংথৌরেন অসিবু অর্জ্জুন পাঙ্গনবগী মপারী অত্তুনে হায়না শংশং তাগুনা থংও। হে জন্মেজয় নিংথৌরেনও! থৌরম অস্তুম তৌনা গর্ভ পিবুকমুং অত্তুদা বভ্রুবাহন অহেনববু নাউনৌরে। মরম অসিগীদমক্না উলুপী তাংজা লিলা চমুস্নুং মচা মানা পোকপবু লৈতরবগী বভ্রুবাহন অহেনবনা পলেম চিত্রাঙ্গদা নাক্তা উলুপী লোম্নবীবু য়োকপিগুম্বা থোক্লরে। মণিপুর লৈবাক মুংঙাইবা অত্তুদা ব্রারম তৌনরকপদি অসিনে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও! অসাইভৈগী কোরৌ নোংশাকোন যজ্ঞ মগুমশা অত্তুদি বভ্রুবাহন মরৈবাক্তা চংখিরবদা অর্জ্জুন তেলহৈবনচিংনা লাম্মী ঙাইরোইনরিবা খৈবিকতি লৈবাক মতৌ উনা উনবী পুক্লিং কপ্পবদা অর্জ্জুন মাগা লোয়নরিবা হংসধ্বজ নিংথৌরেন্দা

পাউহংখিয়ে— লৈবাক মুংঙাইবা অসিগী দেশ মমিংথোংবু করি কৌবনো? লৈবাক মতৌ অসিগুম্ববু কদৌনোংদা উথোক্তরিয়ে। মফম য়েংশিনখিবা খৈবিকপু নিংথি পুক্লিং হুইয়ে। লৈবাক মুংঙাইবা অসিদা নিংথৌ লৈমাবম্বু কনানো হায়না পাউহংলবদা হংসধ্বজ নিংথৌবেন্না পাউথুমখিয়ে— হে পার্থ অথোইব-ও। লৈবাক মমিংথোংদি মণিপুর-ও হায়না কৌয়ে। নিংথৌ কোলোয় মমিংথোংদি বভ্রুবাহন-ও হায়না মিংথোংয়ে। পাঙ্গল মথোক্লকপা লৌশিং মকারকপবু ওইরিয়ে। নিংথৌ মঙান চাউয়ে। পাঙ্গল মপা লৈতে। পিজ কনা পাম্মুদে। পি-না হনয়েংদনা থবাই লাঙ্গোনহৈয়ে। লীগু তেনগু লীকাপ-তেনকাপ খৈবিক্তা পাঙ্গল মীথক থোংয়ে। লানফম অন্নম্বদম্বুং শিব নোংপোক মহাদেবগী চীংঙ্ মহকশাংকুময়ে। নিংথৌ মমান্নবা খৈবিক্লা লানফম মাগী মাইয়োক য়াঙমদে। লাংহৈ কুপ্পি খুদিং নিংথৌ মথোংজিন্দা সনা কাংপোৎ লিশিং লিশিং শুনা লোইহা পুক্নমনৈয়ে। মনাই সুবুদ্ধি, যৈত্র, কার্ত্তিৎ হায়না মিংথোংবা সেনাপতি লানজিংবা অহুমদংবু লৈয়ে। পাঙ্গল মতিক হায়ঙমদে। রারম অসিগীদমকপু অসি কোরৌ মুমিংমাগী হুয়েন লান শোক্লগে তৌবা অসিবু পুক্লিং চিংনা পোকয়ে। মহৈ করি ওইবা থোক্লবনো রারম থঙলু-ঙমদরে। কোরৌ নোংশাকোন অহুবু বভ্রুবাহন নিংথৌরেন্না কাওম্নবদি যজ্ঞ মঙমথৌবু কায়রগবরা থঙদে। যজ্ঞ অমরক হৌনা লাংথৎঙম্নরোইগবরা নিংথনয়ে। অসুম পাউমেন্নরিঙৈদা

মতম খঙলৌ ঙমদনা হেন্বা লোই ক্ৱাক অমগা পোনবী লাংজ্যা মাগা শাগন ভুকাং কৄনা পাইশিল্লক্লবগা অর্জ্জুন তেলহৈবগী সনা লুছপতোন্দা তোংলরে। লাম্মী মীয়াম চৎলিবা থৈবিক্তি মতৌ অচুবু চেংলৌ মিৎথিংলবা মতুংদা অর্জ্জুন লীরুং মখুৎশু গাণ্ডিব য়াইওইবসুং লীরুং মঙাল মকয়ে। লাম্মী পুম্নমগী পাইনা নিংদোন থৄক্লা চোংয়ে। থৌরম মতৌ ফত্তবা অমঙ্গল মাইথি খুৎতম অরূপ্বা অচুবু চেংলৌ মিৎথিংলবদা উনবী পুক্লিং ঙক্লা নিংখম্নরিঙৈদা বব্রুবাহন নিংথৌরেনগী খোংলোয় থৌশি মীনা কোরৌ নোংশাকোন অচুবু শমু খুত্তা থুম্না ফারবগা নিংথৌ সনা মখোং খাদা পুশিনখিরে।

বব্রুবাহন নিংথৌরেনদি সভা মীয়াম তিন্না ফমফমঙম্বদা খোং-লোয় মথুৎ লোন্না ৱাকৎখিয়ে—হে নিংথৌ অথোইবা-ও। যজ্ঞ মঙমশা কোবৌ নোংশাকোন অমতংবু নিংথৌ নথোংজিন্দা চংলকয়ে। শগোন মরাইবক্তা চোম্ননৌ সনা মপাক তোপয়ে। সনা মপাক থম্না চীংঙৄ লাইরিক থম্না ইরিবদি হস্তিনা লৈবাক লুংঙাইবদা সনা লৈকোই ফম্বা ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেন্না বংশ শাগৈ হাৎপগী পাপ অরূম্ববু কোক্লবা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন মহাক্তি ব্রত তবা চাক্তা হেন্না লৈরৌরে। যজ্ঞ মঙমশা অচুদি ধনঞ্জয় অকনববু লাঙ্গোই মতুং ইন্না ঙাকহনখিবনে। পাঙ্গল মথৌ লৈরবদি লাঙ্গোই অয়াক তম্না ফাঙম-ও, পাঙ্গল নথৌ লৈতববু ওইহিক্লবদি লোইহা পুরুমপোৎ মহাকপু পু বুলেম থেনমাই লাংনা ঙাইখমজঙম-ও হায়না ৱাকৎপবু নাতারবদা

বভ্রুবাহন নিংথৌরেনদি হেরা মথোই তোংনা নিংখনখিয়ে। মতম নোংশাং কুইনা চেংলৌ মশক উদরিবা পাঙ্গল মরমচৎমুং খণ্ডদরিবা পম্থৌ ঐবু পোকপিবগী মতিক অরুবা মহাকপু হুন্দক মতম অসিদা পম্থৌ মাণ্ডদা থানা থঙ্জরঙৈনে। চীংণ্ড ঐগী লাইবক ফবনা থোক্লরে। চীংণ্ড নোংদম্বা মথৌজাললা পুশিল্লকপা অত্থুনে হায়না নিংখনজরবগা বভ্রুবাহন নিংথৌরেনদি হরাউ পুক্লিং চৈরোইননা মাইথোং মঙাল নাইনা সভা লেংনা তিনবদা পাউ-মেনখিয়ে—হে সভা অথোইবশিং ও। ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেনগী মশানৌ অর্জ্জুন তেলহৈবা অসিবু বভ্রুবাহন কৌবা ঐগী পম্থৌ শাৎমাবনে। পলেম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীগীদি স্বামী মপুরোইবা অরোইবনে, ইয়ু গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেনগীদি মাক্লৌরেন অমণ্ডনে হায়রববু ত্রিভুবন মরোন অহুমনা শংশং তাংনা শানখণ্ডলিবা মত্তবরা? মরম অসুম ওইবা পম্থৌ ঐবু পোকপা মতম নোংশাং কুইনা উদরববু লাকলে হায়না নাতাবা অসিবু মঙ্গল য়াইফববু ওইরে হায়ববু পায়মা ঐগী উনকোইমুংদা চেৎনা নিংজরে। হে খোইমোম নোংদম্বা-ও। দয়া নথৌজান্দগী পম্থৌ ধনঞ্জয় তানকংদরববু নিংথৌ ইরৈবাক্তা মপারী ঐগী থৌজান মাংদা থানা পুশিনবিরক্লে হায়না প্রেম ইকম তাউ, মিৎকোই লাইজা মরাঙ হৌনা মপা মুংশি-মৈনা থম্মোই লকামুংদা মুংশি মৈচাক ফৎলবগী পিরেন ঈচেন চৈরোইননা পাউমেল্লকয়ে—হে পাত্র লৈবাক কোইবাশিং-ও! থৌরম নংথোয়বু ময়েক কংনা শানখণ্ডহল্লবনে। থৌরম ঐখোয়বু করম ওইনা য়েনলাং ঙমদমসে

হায়বনো ? পঙ্খৌ ঐবু পোকপনে হায়নবু খঙদবগী কোয়ৌ নোংশাকোন্দি লাঙ্গোই অয়াকতম্না ফারুরে। ঱ায়ম মতৌ অসিবু নাত্তাথিরবদি মচা মানা পোকপনে হায়ববু শানখঙ্দবগী ঱াইবি কলহৌ নীকপবু থোক্লগনে। ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইবগী লানশোক মাইয়োক-঱াবু মাংহল্লিংবগী পাউমেনবদি নত্তে। পঙ্খৌ ঐবু পোকপনে হায়ববু শংশং ত্তাঙনা খঙলবদা করম হুয়েন লান শোক্লসে হায়বনো হায়না পাউমেনলবদা সুবুদ্ধি পায়মা লৌশিং থোইবনা পাউমেল্লকয়ে—হে নিংথৌ অথোইবা-ও! নংবু বৈষ্ণব শাগৈরেন্দা নাউনৌরকয়ে হায়-রিবা অসিবু ঱ায়ম অতাংবা মহাক্নে। থৌরম খনলুঙৈগীবু লৈত্তরে, মমাং শংশংবদা যজ্ঞ মণ্ডমশাবু কৎলুরসে। ঱ায়ম খঙলুঙমদবনা কোয়ৌ নোংশাকোনবু ফারক্লিবা অসিস্তুং ত্তাইবং নোংশাপানগী হৌনা লমদাংশাং মহাকনে। হে নিংথৌ লৈমাবা-ও! পুক্লিং চিংনববু লৈরুগনো। ধনঞ্জয় অকনবনা লঙজ-঱ায়ৌবিঙমলোইয়ে। চৌংঙু গোবিন্দ থোইথোইবগী লোয়না মপাত্তাউনে। নমু মীমাচৎপু নত্তে। পঙ্খৌ নপা পোকমাবা অসিদি ত্তাইবং নমু পোংওইবরক্তগী চৌংঙু নারায়ণ মহকশাংঙময়ে হায়না পাউমেম্নরিবা অহুনে। অর্জ্জুন মত্তিক অরূববু ঱ায়ম মথৈ ফংনা কনানা হায়ঙমশিবনো ? ঙাকপি থৌজান হৈবা, পাঙ্গন মপা ত্তাম্বা, ইন্দ্রি খুৎথুম চনবস্তুং পার্থ মাগা মাম্নবব পূম্না লৈতে। থাম্বী মৈতান অয়াববু লৈয়াং পান্দম্নরিবা অহুনে। শ্রীমধুসূদন লাইমরুগী লোয়না মপাত্তাউ ভক্ত অর্জ্জুন অথোইবা অহুনা

পুক্লিং য়ারৌথৌদি তৌবিগুমলোইয়ে। ভক্ত মীওই চংথোনবশিংগীদি ভক্তি নিবেদন অচীকপবু তৌনা পুরুমজরবদা থৌজাল লৌবি মহৌ-শানে। ঈশ্বর মপুরেন মহাক্কবু মনাই ভক্ত লৌশিংবশিংবুদি ফত্ত মাইথি নংহন্দে। মচা মানা পোকপগী লগুজ অয়োনবদি পম্মৌ ঈ হুনবনা ফত্ত য়ারৌ লিনচেনমুং হৌনদে। যজ্ঞ মগুমশা কোরৌ নোংশাকোন অতুহুম লোইনা চান্না থোম্মা য়াউবা লনয়াম পু, ব্রাহ্মণ পুরোহিত য়াউনা কৎলুরসে।

থৌরম অসি মতুংদা পার্থ অর্জ্জুন অকনববু মণিপুর নরৈপাক অসিদা সিংহাসন পোৎলোই কৎনা নিংথৌ লৈকোয় ফম্ববু ওইহল্লম-ও, নিংথৌ নথোক্লকপা নংস্বং লাঙ্গোই শগোন ভাকপদা পম্মৌ মহুৎ শিন্না লৈবাক অতাম্বদা চৎচেম-ও হায়না পাউমেনববু নাতারবদা বক্রুবাহন নিংথৌরেনদি চেংলৌ মাইথোং পান্না মণিপুর পম্বিক লৈবাক কোয়বা অহুবু লৌশিং মতিক থাগৎথিয়ে— হে পাত্র লৈবাক কোইবা-ও। নংদি সাধু মীওই চংথোনবা গুণ নতিক লৈবা মহাকনে। অশ্নম থৌজাল থাগৎপিরবগা সনা লনগৈ হাংনা রত্ন লন মরুনচিংনা য়াউব্রা লনয়ামবু কোরৌ নোংশাকোন মহাক্কা ব্রাহ্মণ পুরোহিত মনাউয়োকস্বং চিঙ্গাক থুমখোইবা, তাউজিং হাউথোইবা খৈবিকস্বং শানশেন্নবগা লৈবাক হৌন-মরমচংকী শামী, লাম্মী, শগোন, শামু, হুলাই শকোক তোংববু পুন্না চৎ, পুং-পেয়ে মনিল নাই, চতুরঙ্গ তেঙ্গোন মগুাল চাউনা লাক্লবদা পম্মৌ মপা পার্থ তেনহৈবারমগীদি অর্জ্জুন পাঙ্গনবা মহাক্কা পদ্ম ব্যূহ থম্বাল মশক শানা পলেম চাউকোই শেন্বা

তেঙ্গোন শোক্লকমবু লিংখৎঙময়ে। তেঙ্গোন ফম্বি মাঙদা পাঙ্গল মথোক্লকপা কামদেব, সাত্যাকি, কীর্ত্তিব্রহ্ম, সুবেক, চ্যবীর, নীলধ্বজ অনুশান, যুবনাশ্ব, বৃষকেতু—পাণ্ডব যাদব শাগৈ পুন্নমক্কী অকন হুয়িংচেং অসি খৈবিক্লা লানফম মাইয়োক য়ানা ঙাইখমঙম্বদা বভ্রুবাহন নিংথৌ সৌশিংবনা লাম্মী মনিল নাইনা চংখিববু চেংলৌ মিৎথিংলবগী উনবী পুক্লিং ঙক্লা নিংখম্নঙময়ে।

অর্জ্জুন তেলহৈবগী চেংলৌ শকপানথোং মতৌ মরমচৎ মচু মমেন খোংথাং থুৎথাং ঙকশম লুরেন্দা থবাক লেঙ্গোম্নম কৈবোম তানবুমলম পুন্নমা মহাকপু অর্জ্জুন তেলহৈবগা হেন্নদে। লমদম থাপ্না লৈরম্বদগী লানফম মাইয়োক নকশিল্লকলে। বভ্রু-বাহন অথৌবদো হুলাই মখুৎনেৎতগী মালেম লৈদা কুম্না পম্বৌ মপা পার্থ অকনববু থুরুম্নবগা যজ্ঞ মণ্ডম শানচিংনা য়াব্রা লন-য়াম পুন্না চিঞ্জাক হাউথোই থুমখোইরিবা খৈবিকপু কৎনা খুরুমলে নিংথৌ মাগা ঙাইরোইনরকপা পুরোহিত মনাউয়োকসুং অর্জ্জুন মাঙদা লেপ্না আশীর্ব্বাদ য়াথং লৈশি লৈথোনলরে। বভ্রু-বাহন মথোক্লকপনা অনৌবা চৈরৈ ঙক্কা য়েৎ, নুংশি মতৌ উৎ, দণ্ডবৎ প্রণাম তৌনা পুরুম্নবগা পম্বৌ মপু পোকপগী থুম্না উৎফুল লৌনা ভাংজা লুরেনতোন্দা হাপ্, চেংলৌ মম্বিৎ অনিমদা পিরেন ঈচেন্ননা মতম নোংশাং কুইনা চেংলৌ শকউদবরা, পার্থ অকনবদা নুংশি হিকহাই শংন য়েং, য়াথং মচেৎ থি, কোলোই য়াথং মেঙ, ভক্তি য়াথং-চৈরোইননা বাকৎ-চৈয়ে—হে পম্বৌ ইপা ইবুংঙো লাইজা ঈহুনবীবা-ও! বভ্রুবাহন

হায়না কৌবা ঐবু নচা নংনা পোকপা নপারীদো ঐনে পলেম চিত্রাঙ্গদা অহেনবী গর্ভ ঈগুং শিনয়োমম্নুংদগী নাউনৌয়ে। তাংজা লিলাচগু উলুপী লৌশিংবীগা পলেম ইমা অনিমনা নপারী ঐবু নাউয়োকপিরিয়ে। পম্বৌ নংগী যজ্ঞ মণ্ডম শানে হায়ববু খওদবগী খোংলোই ঐগী, থৌশীখোনগী মীনা লাঙ্গোই খুৎথুম চন্না ফাজিল্লক্লে। লাঙ্গোই মরাইবকী চীংঙ্ লাইবিক ইববু য়েংলুবদা পম্বৌ কোলোই মমিং অথোইবগা ৱারম ওমফ-দবা খৈবিকপু চীংঙ্ লাইরিকন্নুংদা লৈওম্ববু নাতারবগী ৱারম শংশং খওজরবনিগীনা য়াউৱা লনয়াম পুনা চিঙ্গাক মরোল য়াম কোরৌ নোংশাগোন মহাক্না পম্বৌ, নখোংথাদা কচ্চরবা অত্নুনে। হৌজিক মতম অসিদদি হে পম্বৌ ইপা ইবুংঙো য়াইফ মিংচৎ থোইবা নংনা নিংথৌ নপারী ঐগী সিংহাসন ইফম্লেন অসিদা ফম্না সনা লৈবাক ওাকপিঙম-ও।

বভ্রুবাহন নপারী ঐদি পম্বৌ নহুৎ শিন্না লাঙ্গোই শগোল ওাকপদা চৎচরগে হায়না হন্না হন্না পুরুমজরে। অস্নুম পুরুমজবা মহাকপু ধনঞ্জয় পাঙ্গনবদি কোনলোই .ময়াথংবু নাতারবদা মুংশি পুক্লিং চওলববু হায়ত্রবম্নুং চেংলৌ মিৎচিতোম্নস্নুং য়েংবিরুদে। অর্জ্জুন মতৌ অকনববু মিৎয়েং শানখৈরবগী নমু পোং ওইবা মী পুন্নমক্তি উনবী পুক্লিং ওক্লা মুংবং ঈরৈ চননরে। পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবনা অস্নুম থৌজাল লৌবিদরবা মহাকপু মপারী পাঙ্গল মথোক্লকপদি পম্বৌ মাবু পোকপনে হায়ববু শংশং তাওনা খওজরবগী ভক্তি মরমচৎপু থাথোক্তনা মতৌজরবগী নমু মীয়ামপান খৈবিক্লা

অর্জ্জুন তেলহৈবা অসিবু মতৌ করিগীনো ওনথোকয়ে। চেংলৌ মাগী শকপাম্বোং মতৌ মরমচৎ পুম্নমবু মান্নবা বভ্রুবাহন কৌবা অম্নমবু করিগী থৌজাল লৌখিদরিবনো, তাইবং নমু পোং ওইবারক্তগী থোইথোকপা মীওই কনাগা মান্নদবা অসিবু খোয়মা মনম মুক্‌না য়েংবিদে। ভক্তি মরমচৎ অসিস্তং খোইমোম তিনবা মহাক্তবু মুংঙাই পুক্নিং পেনখিরিঙৈনে হাযনা শোনমোই-নৈযে। অর্জ্জুন মপারী বভ্রুবাহন মানবদি অনৌ অনৌ কোলোই যাথং অমেং থিনা হাযজখিযে। হে পন্থৌ ইবুংঙো লাইজা ঈন্তনবিবা-ও। নিংথৌ নপারী ঐবু পলেম চিত্রাঙ্গদা অহেনবী পাইমা উনকোইদুংগী নাউনৌবা অর্জ্জুন নপাবীদো ঐনে। লহাননোং পন্থৌ শাংমাবা নংনা তীর্থ যাত্রা চৎঙৈদা পলেম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীবু লুহোংনাক্তা থারিঙৈ বীর্য্য মক হুন্না পলেম ঈন্নুং শিনযোমন্নুংদা থম্নববু পুক্নিং করম থৌকাউববনো হাইনা হন্না হন্না রাহমজবা বভ্রুবাহন অথোইবগী ভক্তি যাথং অমেঙবা মতৌ অনোনবা অদুবু মুংশি য়েংঙমদরবগী শ্রীকৃষ্ণ মপাবী কামদেব লৌশিংবনা য়াথং চৈরৎ লৈতনা পাউমেল্লকয়ে—হে পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবা-ও। নংগী নতৌ মরমচৎপু শংশং লেপ্না মানববু থম্মোই থোইনা পুক্নিং কনবা পুণ্য হকচাং ওইবা অসিগুম্নবু কনা উথোক্তরিয়ে। ধর্ম্ম শাস্ত্র পুম্নমবু শুনা খঙলিবা নংনদি য়াবা লোনখঙদরিবা অঙাং মম্নমচৎকুম তৌবিবা অসিবু মতৌ করিগীনো শ্রীমদন লনমক মহাক্তা তিল্লবা পুণ্য হকচাং ওইনা মতৌ মরমচৎপু থোইনা মেঙবা অসিবু অর্জ্জুন

নপাল্লী ওইববদি চীংগু নংগী লাইবক ফববু ওইরে। পুক্লিং করি নিংলিবগী নচা নংনা পোকপা মহাকপু থৌজান লৌবিদনা লৈরিবা অসিবু মতৌ করিগীদমকনো হায়না পাউমেনববু অর্জ্জুন তেলহৈবনা নাতারবদা পুক্লিং কঞ্জাউ থোইনা পাউখুম্নকয়ে। হে কামদেব কৌবা-ও। নংনা ব্রারম থঙফাৎমন্দনা অর্জ্জুন ঐবু য়াথং ঙংহৎননা পাউমেল্লিবা অসিবু করিহীকনো হায়না কঞ্জাউ মথৈ ফংনা হৌগৎলবগা বভ্রুবাহন লৌশিংবগী তাংজা লুরেনতোন্দা কম্থি মথৈ ফংনা অর্জ্জুন শমু খোংনা কাউরে।

থৌরম অস্থম ওইরবা মহাক্কবু কঞ্জাউ মৈরা তেম্বিদনা পার্থ মহকচাংবু পুম্না নীকয়ে। মমিৎ কোরি হৌ, মুখ মখা চীকনা পাউমেনলকয়ে—হে বভ্রুবাহন কৌবা-ও। নংবু অর্জ্জুন ঐগী ইপারীদো ঐনে হায়না পাউমেল্লবা অসিধু ব্রারম করিদগীনো? নংগী পলেম নমা পোকমাবী অম্বুসুং বিদ্যাধরী বেশ্যা শিংলেন তাইজবী মটিনী হামবোইবীনে। অর্জ্জুন ঐগী ইপারীদি অভিমন্যু কৌয়ে হায়ববু ত্রিভুবন মরোল অহুমক্কা শংশং তাঙনা খঙলিবা অহুনে। শ্রীকৃষ্ণ লাইমরুগী মাকলৌরেনহুনে। সুভদ্রা পায়মা উনকোইগী অভিমন্যু ইপান্নী অহুদি অর্জ্জুন ঐগী পাঙ্গল ইত্তিক হেন্দোকয়ে। লানক্কম অরুবদা পাঙ্গল মপা লৈতে। লানশোক মরমচৎপু থোইনা চঙখোনয়ে। পলেম পম্থৌ অনিমদা ভক্তি থৌগন হৈয়ে। হকচাং পাঙ্গল থোইবা অহুবু পাণ্ডব পুম্নমগী যুবরাজ অহনববু ওইনা শাগৈ লেংনা তিনবরক্কা প্রদীপ থাউমৈ ওইনৈয়ে।

পাঙ্গন মপানবস্তুং পুম্না লৈত্তে। লানফম তমখিবদা কালমুর্ত্তি শংশংববু মওইরবা ইপারী অভিমন্যু অকনবা অহুবু দুর্য্যোধন কত্তবনা থৌয়িনশিনগী ভরদ্বাজ মুনিরেনগী মপারী দ্রোণ গুরু মথৌরাংনা চক্র ব্যূহ তেঙ্গোন অকোয়ববু শেম্লবদা জয়দ্রথ অকনববু তেঙ্গোন মচীন থংহল্লে। অন্যায় রায়েন কত্তবনা তেঙ্গোন ফম্বিন্নুং অহুদা রথ দুলাই তোংবা তরুকতংনা প্রাণ থরাই মাংহনয়ে। ইপারী অভিমন্যু কৌবদি অহুবু মুংশি থৌকাউ-ওমদবগী থম্মোই মৈচাক থোইবহুম ইন্নুং শোইবা কাউওমদা, নোংখিল চুপ্পা রানিন্দবগী মুংশি মৈচাক মুৎওমদনা মরৈরিবা অহুনে। অভিমন্যু ইপারী অহুবু লৈতরবগী বেশ্যা শীংলেন তাইজ-বীগী মপারী নংনা রারম মপাথোক্তনা পাউমেল্লিবা অসিবু মরম করিগীনো? অর্জ্জুন ঐগা হুয়েন লানশোক্লগদববু পুক্লিং শোংকি চওবগী তৌশিক রাবু মাললে। ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অচেৎপদা থোয়রবা মনম মুরুম্না পুক্লিং অকি চওবনা ওমজববগী অর্জ্জুন পাঙ্গনবা ঐওোন্দা ষ্মরণ নিংশিংজববু ওইরবরা হায়না শৈব্যশচী অর্জ্জুন তেলহৈবমা বভ্রুবাহন পাঙ্গল মথোকলকপবু থৌজাল নম্মুক্লনা ইস্থোক্লবদা নমু পোংওইবা খৈবিক্লা হা হা মতৌ করিগীনো রাম্বা খোঞ্জেলবু রাংনা শোনমোইনখিয়ে।

অস্তুম কোলোই পাউমেম্লবা অর্জ্জুন য়াথং ইস্থোক-রা অয়েপ্পা অহু নাতারবদা বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোক্লকপদি কঞ্জাউ ময়াই কা, রাথং চৈরৎ লৈতনা পাউমেম্লকয়ে—অর্জ্জুন তেলহৈবা নংবু পম্মৌ পোকমাবনে হায়না শংশং তাওমা খওলবগী বভ্রুবাহন

কৌবা ঐনা ব্রারম মরেক ফংনা হায়জববু হোইয়াবিদে। সভা মীয়াম মাংদহুম অপমান মাইথিববু নমু মীমাং শেম্না পাউমেনঙমম্নে—হে পন্থৌ লাইজা ঈহুনবা কোলোই মীংচৎপা-ও। নংনা য়াথং চৈহৎপা কোলোই য়াকহৎপা থৌজাল লৌবিদনা ইন্থোকপা তাংজা লুরেনতোন্দা শমু খোংনা কাউরবস্থু পুক্লিং অৱা লৈক্দে। পন্থৌ লাইজা ঈহুনবগী পাদ শমু মখোংকাংবু ফংজবদি চীংঙু থোইনা লাইবক ফবা অতুনে। পন্থৌ শাৎমাবদা য়াথং ভক্তি তৌনা নোঞ্জবস্থুং হৌনা লমদাংশাং অৱেপ্পনে। পন্থৌ লাইজা ঈহুনবগী খুম্না উৎফুললেনবু হেন্না মচা মানা পোকপগী ওইজা লন মরুদি অমা তৈনা লৈরিরোই। যমুনা উফুললেনবু হেন্না থোইবনে হায়না নিঙখনজরে। ব্রারম মতৌ অমদি গঙ্গা লাইজা ঈরিক্লাই মহাকপু শ্রীগুরুবরমিত্র মশক অৱেপ্পগী চরণামৃত অথুম্বনা হেনখোইবা নত্তবরা? ব্রারম অসিগী দমকনা পন্থৌ খোঙ্গাউ উৎফুললেনবু তানফংলবদা নিংথৌ ঐগী চীংঙু লাইবক ফদনা থোক্লরে। তৌইশুম নপাল্লী নংনা পোকপা ঐবু বেশ্যা হামবোইবীগী মপান্নীনে হায়না হন্না হন্না পাউমেল্লকপবু নাতাবা অসিদা ঐগী পায়মা উনকোইন্নুংদা পুক্লিং অৱা চংববু থাঙঙমদরক্লে। বভ্রুবাহন নপান্নী ঐনদি নপান্নীদো ঐনে মহায়জৈয়ে। পন্থৌ নংনা বেশ্যা হাম্বোইবীগী মপান্নীনে হায়না পাউয়াবিদরবা অসিদা বভ্রুবাহন কৌবা ঐগী দোষ অয়োনববু পুন্না লৈতরে। হৌজিক অসিদদি হে গোসাঈ অথোইবা অর্জ্জুন তেনহৈবা-ও। পাঙ্গল নথৌ লৈবা খৈবিকপু তৌজরো, যজ্ঞ

মঙমশা অসিস্থং শমু নংগী নখুৎপাকতা পিররোই। নমাং শংশং-বদগী লাঙ্গোই খুত্তা থুমনা পুরগে। নিংথৌ ইখুৎপাক্তগী কোরৌ নোংশাকোনবু মুনখিনবা পাঙ্গল নথৌ লৈরবদি শমু খুৎঙম খিনা মুনখিরো। বভ্রুবাহন ঐগী পাঙ্গল ইত্তিক য়েং, খুৎস্থ মথৌ খন্না য়েনলাং ঙমদমজরো। কোবে অসি মুমিৎমদি বেশ্যা হাম্বোইবী মপারী ঐগী ইত্তিক পাঙ্গল পম্বেংথোন লানশোক মৈশা অরান্নবু অর্জ্জুন তেলহৈবা নংগী চেংলৌ নমিৎ থিৎনা উহনলগে। পার্থ অথোইবা নংগী নথৌ পাঙ্গল নত্তিকস্থং খঙ-লগে। থৌনা নাথৈ লাংনা তৌজরো। হৌজিক লানশোক অসিদা অর্জ্জুন লানশোক নমিৎ থিৎনা পুক্লিং চিংনা রাবু উহল্লগে হায়না কোরৌ নোংশাকোন অর্জ্জুন মাঙদা থানা কৎলবা মহাকপু লান্মী মীয়াম্নক্তগী খারং হাইন্নু চেক্লা পোনবী হাম্বোই-চেক অপি-চাবু চেক্লা চঙনা লাকখিবহুগুম্ববু পাঙ্গল অরাক তম্না মুনখিরে হায়দবরা ?

থৌরম অসি মতুংদা বভ্রুবাহন নিংথৌরেন মহাক্তি হুয়েন লান শোক্লগে হায়বগী মাগী সেনা লানচিংলেন লান্মী মঙাইম্নোই পুন্নমবু পাউকৌবে। জৈমিনী মুনিরেম্না হে জন্মেজয় নিংথৌবেন-ও। বিধি নোংদমথোন্না নোংদম ওইওইনরবা অহুবু লৌশিংকা কনানা ককথৎঙমসে হায়বনো ? থাইনা লহান নোং জাহ্নবী গঙ্গা লাইরৈমগী য়াথং মীচৈ অরাম্ববু লৈয়িঙম নোংদম ওইওইনবা ঈরৈ চাউকোইন্নুংদা তারব-ও হায়না মকোয়ে। রারম অসিগী দমক্লা অর্জ্জুন লৌশিংবা মহাক্লা থৌরম ওন্ন-তৈনবদা থৌরাং ওইওইনববু

থোক্লরে। ব্রারম অসুম ওইরিবৈদা বভ্রুবাহন নিংথৌরেনদি হুয়েন লান শোক্লগে তৌবগী উনবী চৈরং লৈতনা হুলাই লেংদম তোংবা পাঙল মতিক লৈবা খৈবিকপু নিংথৌ মাংদা থানা কৌশিল্লবগা মদাইরেম সুবুদ্ধি, কার্ত্তিক, যজ্ঞ হুয়েন লানচিংলেন অহুমনচিংনা লৈবাক পুম্না হুপ্, লৈতেং পোৎলোই মশীং শুনা লাকলে। নিংথৌ মাংদা থানা লাম্মী মীয়াম তিনলবদা বভ্রুবাহন নিংথৌ অকনবস্থং নয়ন চেংলৌ মিৎপু লং, খুৎচি পনেন হেন্, তানচপ্ মঙান নাঈ, নপুর খোংজি থোন্, সনা মেখলা খাংনপ তৈ, পোহাল থবাক ঙংকোই হেন্, মণিমগ্র পরেং শি, চোয়নৌ সনা লুপ্লবু কবচ ফুরিৎ মঙাম্লাই, কিরিটি লুহুপথক্তা পাগরী কোকশেৎ মচি লাং, শক্তেং মঙাম্লাইবদা সিন্দুর তোমথিন চেংলৌ শকপানথোংবু নোংপোক চীংলুথুমগী লোইদাম থানিং-থৌনা য়াথোক্লকপগুম হুলাই মখুৎনেৎ চোয়নৌ সনা লুপ্লদা মিয়েংশেন পুম্না থম্বা হেরা-মুক্তা-মণি-মাণিক্য থিনবনা চেংলৌ মিৎপু লংবদা কোরৌ নোংশাকোনদা চাৎশা খৈফাবা মরিদংবু হুলাই খোংওইমনা বভ্রুবাহন নিংথৌরেন পাঙ্গনবদি লাম্মী মরাঙ হৌনা যাত্রা খোংশাল্লকলে।

সেনাপতি মরেং চৎ খোংমী লাম্মী পুম্না হৌ, শগোন শামু মরেং শীন্, মণিপুর য়াংলৌ লমজাউ মনিম্লাই উৎফুল নোংলৈ চামর কাংহাই লমহাইনা চৈরৈ ফিরান মরেং শা, মোইবুং থিনকাম থোং, য়াংলেন মরাঙ হৌ, ধূলোক পুংয়াম য়ৈ, দগর নগর হুদরী মুদরী হুমা হুমি হাইনা কৌবা বাংলেন পুংমিং

য়াম্বা অসি খৈবিকস্নুং পেরে শিঙ্গা, বেনু শেনবুং, করতাল মুরলি অসি খৈবিক্কী খোঞ্জেল মনিল মাইবনা লোইদাম ইঙা থাগী কোরৌ নোংখাকখোনগুময়ে। ভাট অশৈ শকপনা অশৈ মুংওন শকয়ে। নট চুকোই শাবনা খোংলৈ চুকোই শাইয়ে। বেদ লাইরিক হৈবনা য়াঈঙ্কা খোঞ্জেল থোক্ যুবতী মথোকসকপীশিংনা চুকার মনিল নাইনা খোং, পুষ্প লৈবিক নোংজুননা মণিপুর লমথোং থুদিংদা ঘট থাউমৈ মঙাননাই কবোক মাপান ফাম্না চাইনা হুয়েল লানহৌরকলে। লাম্মী ঙাইরোই লোইনরিবা খৈবিক্কো বলবস্ত পাঙ্গলথোইবা বৈষ্ণব চরিত্র লমচংনবা মশেনবু মওইবগী হরি কোলোয় মমিংথোংবু য়াংনা শোন্, লৈবাক মনিল নাইনা ইনচিন্নকলে। লগ্ন মতম ফবগী খেনলেন য়াইফা চৈরোইননা হুয়েন লানশোকফমগী তেঙ্গোন ফম্বি মাঙদা য়াইথুংলরে। থৌরম অস্রম ওইরবদা মহাকতা পম্মৌ মাবু পোকপগী ভক্তি থৌগল মরমচৎপু পুক্লিং থাথোক লৈতনা তুলাই মথুনেৎতগী মালেম লৈদা কুম্না হকচাং লৈদা তুনা থুরুম্নবগা তম্না তুলাই মথুৎনেৎতা তোংখৎলে।

কর্মুক লীরুং মথুৎ-শুবু শমু থুত্তা পায়রবগা য়াম্না মথোঞ্জেনবু লাউনা লাউনা কৌনা কৌনা পাউমেলকয়ে—হে পার্থ অর্জুন তেনহৈবা-ও। রথ তুলাই নথুৎনেৎপু উনবী পুকনিং চেৎনা ঙাক-চঙম-ও। অসি কোরৌ মুম্নিংমগী হুয়েন লানশোক্নবা অসিদা বভ্রুবাহন কৌবা ঐগী পুরুষ নিপা থোকপবু চেংলৌ মখিৎ থিৎনা মউরঙৌনে। পম্মৌ ইপা পোকপনে হায়বগী কোরৌ

নোংশাকোনবু কৎনা পুকমজবদা হোইয়াদবনিগীনা ঐগী ইতৌ অয়োনববু পুম্না লৈতরবা অত্থনে। হে গোঁধাই অথোইবা-ও। থৌরম চিংনা রাতা অমা তাহল্লগে। গাণ্ডিব লীরুং নখুৎ-শুবু লীরী খেনচা তিংখৎলো, রায়রা তেনরাই ঙমহন্দনা অর্জ্জুন নমাং শংশংবদা চেংলৌ নমিৎ থিৎনা ককথৎকে। রারম মতৌ অস্তুম তৌনা বভ্রুবাহন মথোল্লকপনা পম্থৌ মপা মাংদা অস্থম পাউমেনববু নাতারবদা অর্জ্জুন তেলহৈবদি চকমোম লম্মে চাক্লুম য়াইবী কহ্লৌ নীল্লবগী কন্থি মখৈ ফংনা হুয়েন লানশোল্লগে হায়না হৌগৎ-লবদা অনুশান পাঙ্গলবনা শমু মখুৎ লোম্না হে পার্থ লীশু হৈবা ও! বভ্রুবাহন হায়না কৌবা অসিবু ঐ লানশোক মখৈ ফংনা শোল্লগে। নুংঙাই মবাঙ্ কায়নত্থম থৌনা ইতৌ য়েংবি-ও হায়না পাউমেল্লবগা রায়রা লীরী থিংনা তেনবী নো জুননা কাপলুরে। নিংথৌ মথোল্লকপস্থং তেনবী মক্তবা রায়রা তেনবুম চামাদংবু কাপথোকখিবনা অনুশান অকনবগী রায়রা তেনয়াম কাপ্লকপা থৈবিকপু তেনবি মপৈ মপৈ কাপথেকলে। মতৌ অশ্থম তৌনা মহারথ রথী মশেন শোক্লরে, থোংমী মশেন কাপ্পরে। রাইরা মশেন কাপথেক্লা, টিমেন মশেন থিম্থেক্লা শমু মহক মহকশাংবু থাথোক্লনা হাৎনবে। খুৎ-শু চৈথাথোম্না বভ্রুবাহন, অনুশান অনিমক্তো শমু মথোয়গী মহকশাংবু থোৎতোক হাই-ক্ৎননা ঈঙাং ফাফেন্নরবদা বভ্রুবাহন অকনবা রায়রা মখুৎ-শু তেনবী মক্তবা মঙাদংনা অনুশান অথোবগী তুলাই রথ পুরিবা কোয়ৌ নোংশাকোন মরিমবু ককথৎলুরে। চারি বাণ তেনবুম

মরিদংনা লাঙ্গোই শাথোবা মরিমগী তাংজা লুবেনতোনবু শোই-থোকলে। তেনবী তরেৎভংনা চৈরৈ ফিরানখোকপু ককথোকলে। রাইরা তোনবী মন্ডাতংনা শেকপিন থান্না চোঙবু কাপথবে। তেনবী তেনবুম নিপানদংনা লীবী খুত্তা পাযবিশ্ব মালেম লৈদা তানা কাপথবে। রায়রা তেনবুম তবাদংনা শম্ম মহকশাংবু য়োম্না থাকবে। মতৌ অন্নম ওইরবা মহাক্তবু অনুশান অকন-বদো পাঙ্গল ময়েং তাববু পুন্না লৈতরে হুাযন লালহৌ অমরক রথ চুলাই অবোনববু লৌনা তোংখৎলবগা তেনবী চামা চামা শুনা রায়বা নোংজুননা কাপলুরে। চৈরৈ ফিরান চুলাই মখুৎনেৎ লীকং মখুৎশুগ। যাউনা কাপথৎলুরে বভ্রুবাহন অকন-বদি কঞ্জাউ মখৈ লৈতনা তেনবী অথোবা অমনা অনুশান চুলাই মখুৎনেংপু কাপথৎলবগী অনুশান হিংচাবদি অনে'বা য়াইবী কলহৌনীক্, থেঙ্গু খুত্তা শুনা বভ্রুবাহন তাংজা লুরেনতোনবু তম্না লংশিনখিববু নিংথৌ রায়রা মখুৎশু থাজা-মচেৎ শাবনা থেঙ্গু যাইদা শম্না কাপথেকলে। রায়বা তেনবী মক্তবা অমনা অনুশান হিংচাবগী হকচাং মফম অথিবদা থাকুরে। অনুশান অকনবদি ময়া ঈতোং ওনা তুথিববগী শ্রীকৃষ্ণ মপারী কামদেব নিংথিবনা কস্থি মখৈ কং, লীরুং খুত্তা পায়না চেনশিনখিরবগা য়াব্রা মথোঞ্জেলবু ভংনা রায়রা তেনবুম তরাদংবু কাপলুবে। বভ্রুবাহন অথোবগী রায়রা তেনবুম অহুমদংনা অতিয়া লম্মখাংমদা কাপথেকঙমলে। কামদেব মথোকলকপনা রায়রা তেনবুম চহুম লৌনা তেনরাই-চিনখিহিকলে। রায়রা মশীঙ য়াম্বা অহুবু মণিপুর লৈমাবা

বভ্রুবাহন অকনবা শমু মহকশাংবু য়ৌহন্দনা নেম্বী শীংনাং পৈশুম কাপথেক্লবগা কোলোয় য়াথং নোক্লা পাউমেল্লকয়ে—হে প্রদ্যুম্ন কামদেব শকহেনবা-ও। নংবু শ্রীকৃষ্ণ লাইমরুগী মপারীনে হায়নবদি তাংজা ইকাই লৈতনা হুয়েন লাম শোক্লগে হায়না কবম লাকপনো? ব্রায়রা তেনকাপ অনিরুদ্ধ শুনা তেনব্লাইজবকপবু হুযেন লানশোক থাংশিংতে। থরাই নমিরেবু মহাৎলসে হাযবস্লুং কৃষ্ণ লাইমরুগী মপারীবু ওইবনিগীনা পুক্লিং থরদং থোধাক নাইয়ে। কৃষ্ণ লাইমরু অহুবু চকমোম থাম্বী মৈতরেং, লাইজা ঈবিক্লাই, মাশং নোংলৈ য়াং, য়োইময়াই তাউদনবা, লোইদাম থাজা পাথংবা, থরাই অপকমা পুন্নমগী মপুন্নেনবু ওইরিবনিগীনা পুক্লিং শোংকি চংবহুম হায়বনে।

য়াইবী থব্রাই মাণ্ডহনশুনোসে হায়হিক্লবস্লুং লানশোক ইমাং থাংনা লেপ্পশুম তৌহিকলে হায়না বভ্রুবাহন য়াথং মপাউমেনবু নাতারবদা কামদেব অকনবদি কঞ্জাউ মৈরা হৌ, লীক্লং খুন্তা পাই, ব্রায়রা তেনবুম চামা চামঃ শুনা তেনবী নোংজুননা কাপ্লকপবু বভ্রুবাহন ব্রায়বা মতেনচানা শুন্য অতিংওাদা মকক-থোকয়ে। কামদেব অকনবস্লুং ব্রায়রা তেনবুমগী য়াম্মরম্বু নোংলেন মথোং ফ্ৎইশুম মকাপয়ে। পাঙ্গল মথোক্লকপা অনিমক্তি ব্রায়রা মতেনচা তেক্লা তাবা অহুনা অতিয়া নোংলোন খুম্না নুমিৎ থোংলেন লুমলে। ব্রায়রা তেনকাপ য়াম্নবা অহুনা লাম্মী মরুপ অনিমাগী তাংজা লুরেনতোনবু তাউজিং মরোং কেনশুমলে। শগোন শামু হুলাই শগোল তোংলিবা থৈরিকস্লুং মালেম লৈদা

তানা ওল্লে। হকশাং পাঙ্গল থোইবা অনিমাগী হুয়েন লানশোক মৈদা তেঙ্গোন লানবুম অনিমাবু মমু মীয়াম মাঙ্না তুম-শিনলকলে, মশা লৈথোম ওইনা ঈঙাং লোথোং চেনগুমলে। রক্ত ঈঙাং তুথুনলেন অহুদা তাংজা লুরেনতোন কোরৌ নোংশাকোন লাঙ্গোই মোইশায়া ব্রায়রা তেনবান থাকব্রাং-ঙাবু কাউবী সুমলোই তাউথোকলুরে। যোগিনী মীশাচাবী লাংজা লমহুন পুন্নমদি উনবী পুন্না নীঙপেন্না হবাউ-নরে। মরম অসুর তৌনা প্রলয় মাংলাইদমগুম্নবা মহাক্কবু লানফম মহৈরকপা অনিমদি পাঙ্গল ময়েং তাববু পুন্না লৈতে। চহি লাংওমসুং হৌমন্নবনিগীনা তেনকাপ চৈরৎ নাইদে। অনৌ অনৌ ব্রায়রা নোংজুননা মচৌথৎলকয়ে, লানশোক মতৌ হায়নতৈবু লৈতে। ব্রায়রা তেনয়ামলক অহুদি মালং নোংশিং অকনবনবু চংখিঙমদে। লানশোক মতৌ উবদা তাইবং মমু পোং ওইবদি লৈখিসুনো। কোরৌ মোংমদোনগী থোইমোম লেংনা তিনবা মহাক্কবু হি হি হায়বা য়াৱা মখোঞেনবু ব্রাংনা ব্রাংনা পাউমেন্নয়ে। পাঙ্গল মথৌ লৈবা অনিমকী মতিক হেন্না চাউথৎনৈয়ে। বভ্রুবাহন পাঙ্গনবদি অমরক কঞ্জাউ মৈরা হৌনা তেনবী মক্কবা অমরক কাপথিববু কামদেব অকনবগী হকশাং মফম অথিবদা থাক্নরবগা রক্ত ঈঙাং ওনা ব্রাম্থিরে। লান্মী মাগা লোন্নরিবা হুলাই লেংদম তোংবা কুম্ভ্রামসুং মালেম লৈদা ওন্না তুহললে। চেংলৌ মিৎকুপ মরম ব্রাম্বরমলুন্নবগা কামরতি অকনবদি লীক্লং থুত্তা পাই, ব্রায়রা নোংজুননা কাপলুরে। মরম

অস্থম তৌনা হুয়েন লানশোক অমরক নৌনা হৌরকলে। বভ্রুবাহন মখুৎ-শুদি কোরৌ নোংশিং মহাক্কা মাম্নবা ব্রায়রা তেনবুম অমনা কামদেব অকনবগী শমু মহকশাংদা থাক্লরবগী মালেম লৈমাইথক্তা তুখিহিকলে।

শ্রীকৃষ্ণ লাইমরুগী ঔবস মপারীনিগীনা থব্রাই মমিরেনবু তম্না মহিংলক্লবগী কঞ্জাউ মথৈ ফং, থেঙ্গু মখুৎ-শুবু শয়েং মতান-পোমবু হাইনা লংচিলখিববু বভ্রুবাহন মখুৎ-শু ব্রায়রা তেনবুম অহুমদংনা মককণ্ডম্লবগী চকমোম লম্মৈ চাক্লম কামদেব মখুৎ-শু টাশোন ব্রাইফাবা তাখোক সনা য়োম্না হেবা মণি মানিক্য থাম্বা তাজিন মৈরী থোককুম্বদা ঈঙাং লৈতেংনরববু খুৎপাক তিল্লাইমেন হুঁকার খোঞ্জেল চৈরোইননা হুনখিববু উরবগী ত্রিলোক মরোল অহুমানা তিমেন চৈথাখোন হন্দকলোংনে। বভ্রুবাহন অকনবগী থব্রাই মমিরেনবু হিংঙম্নবোইয়ে হায়না শোনমোইনৈয়ে। মৈবী শঙাইশেন পাইশুম হুনজিল্লকপবু টিমেন মখুৎ-শু অত্থবু চিত্রাঙ্গদা অহেননী মপাবীগী ব্রায়রা মতেনচা অহুমদংনা পুক্লিং অব্রা লৈতনা মকাপথোক্লবগী নমু মীয়ামপান খৈবিক্লা বভ্রুবাহন মথোক্লকপা অসিদি পাঙ্গল করিদগীনো শুম্থোকয়ে হায়না শোনমোইনৈয়ে। হুয়েন লানশোক অসি মতুংদা ব্রায়রা শেংখেৎ শাবা মঙাদংগা বাপখিহিকপবু প্রদ্যুম্ন অকনবদি কঙাউ মৈয়া থোক্লা মবৈঙম্লবগী ব্রায়রা তেনবি মক্তবা অমনা অতিয়া লমথাং মদা কাপথেকলে। পাঙ্গল মথৌ লৈবা অনিমদো থুৎলাই মশীং লোম্না কাপ্নরবগী তেনব্রাই শউমথোম্না মালেম লৈপাক

লৈমা মহাকপু নীক্লা নীক্লা ফাউরুমে। সমক্র লাইজা ঈরেন-পুংনস্থং ঈথক মথি নাইয়ে। য়াউরো শা, পোনবী উচেক পুন্নমন্নং শক্তিক নানৌ ব্রাইবিদে। পোনবী মচিঞ্জাকপু থংবিদে। য়াউরো মহিশাংবু মপৈ মপৈ চেক্লা মঙাইরোইবু মরুপ তিন্না লানশোক কুম্মৈ য়েংনবে ব্রায়রা তেন্দোং তিংনা খুৎশু নাপ্ন-ঙাইবু লৈতরবগী পাঙ্গল হকতেং ফংনা লাক্লহিকলে। হকশাং লিয়োৎননা কোন্নরে। কুমার চক্র লৈগুম শোক্লরে। মালেম লৈমাইথক্তা লংথোক্লা হকশাং মশেন হাইহৎননা ফুনবে। খুৎশু চৈথা অমরক ব্রাম্থনা চেংলৌ মিৎকুপ মরম নিংশিংননা হুয়েন শোক্লোক্লদে। থৌত্থ মুংগী শুক, তেৎনৌ য়োৎকী শুক, শীঙজং ফেনতোন খুৎশু মশীং য়াম্বা অসি খৈবিকপু নমু পোং ওইবা খৈবিক্লা চেংলৌ মমিৎ কুপ্তনা য়েংনরে পাঙ্গল মঙাল চাউবা অনিমদো লাঞ্জোক মতৌ ঙমজনাইদববগী বভ্রু-বাহন অকনবদি কঞ্জাউ মৈচাক থোইনা খুৎশু মকুবা অমবু সনা তেন্দোংশুংগী লৌনা তেনব্রাইখিববু প্রদ্যুম্ন অকনবগী হকচাং লেংজুম ফাউ, ব্রায়বা তেনথোক থুন্না পাল্লবগী ময়া কোঙ্গোন শৌ রক্ত ঈঙাং থোক্লা তুথিরে। বভ্রুবাহন অথৌবদি নোংশা লাল্লাউ-খোনবু হৌগৎলে। ব্রালেন পুংয়াম য়ৈ, য়াব্রা খোঞ্জেল ব্রাঙনা মুংঙাই মথে লৈতবে। নমু পোংওইবা খৈবিক্লস্থং বভ্রুবাহন হায়না কৌবা অসিদি তাইবং মরোন অহুমদা পাঙ্গল মাগা মামবু পুম্না লৈতরে হায়না য়াব্রা খোঞ্জেল ব্রাংনা থাগৎনয়ে হাইদবরা ?

মতৌ অসুম ওইরবদা অসাইথৈগী অমুশান হিংচাবনা তেনবান অনা কোকখিরবগী মালেম লৈমাইথক্তগী হৌগৎলবগা নোংশা লাল্লাউ তম্মা হুয়েন লানতানশিনখিরে। সেনা লানজিংলেন অয়াম্বসুং হুয়েন লান শোকফমদা চংখিরে। সেনাপতি লান-জিংলেন মহাক্তি নিংথৌ লৈকোইফম্বা মশেন্নে। নীলধ্বজ, হংসধ্বজ, অনিরুদ্র, সাত্যকি, কৃতবর্ম্মা, হাংকী নিংথৌ মপান্নী সত-নিসত কৌবসুং হংসধ্বজ নিংথৌ মপান্নী সুবল, সুদর্শন অনিমা, প্রবীর, সুবেক থাউমৈ মঙালচাউণ্ডম্বা পাণ্ডব, যাদব পুন্নমগী পাঙ্গল মথৌলৈবা খৈবিক্লা উনবী পুকমাল্লনা কোয়-হৎলরে। য়ায়রা নোংজুননা বভ্রুবাহন থক্তা উপ্না কাপ্পরবা মহাক্তবু চিত্রাঙ্গদা লিনকোইগী বভ্রুবাহন নিংথৌরেম্না পাঙ্গল শীণ্ডথানরুদে। হুয়েন লানশোকফমদা শঙ্কর মহাদেবগা ইন্দ্র সরারেনগা অনিমগী পান্দম মহকশাংণ্ডময়ে। লাম্মী মীয়াম চংলকপবু খোইদিং মখাইমরমদবু পুক্লিং অন্না চংলুদে। য়াউরো শায়ামলক্তা শারেন নোংশা খুাংনৌবা য়াউরো শানিংথৌনা তিল্লবহুণ্ডময়ে। ছুলাই লেংদম তোংবা পুন্নমনা য়ায়রা তেনয়াম কাপ্লকলিবা খৈবিকপু বভ্রুবাহন মতোম্মনা হেন্না থৌওইদনা নেম্বী শীংনাং পৈণ্ডম কাপথেক্লবগা লানথম মাংওইননা চংখিরে। লাম্মী মাইয়োক য়ানা লৈণ্ডম্বা খৈবিকপু কৌনা কৌনা পাউ-মেল্লুয়ে—হে লাম্মী লেংনাতিনবা পাঙ্গল থৌনা শোল্লবশিং-ও। মংখোইগী থন্নাই নমিন্নেনবু নিণ্ডজরবগা নয়ান লোনয়িমন্নাইদবু য়াওনা ইন্দানখিরো। ঐগা হুয়েন লামশোক্লবদি খর্মসুং যম

নিংথৌবু চেংলৌ শকউনববু থিনলরোইয়ে হায়ববু খওনা করিগী হুয়েন লান শোক্লগে চংলকপনো ? হকশাং পাঙ্গনস্থং শোল্লবা পায়মা নরৌশিংস্থং লৈতরিবা নংখোয়না নিংথৌ লৈকোই-ফম্ববু ওইনা নংগী সনা নরৈবাক্তা নাপল ময়াই কানা করম ঙাকচ-বনো ? বভ্রুবাহন ঐগী ইমাং শংশংবদদি খমন্নু যম নিংথৌ, ইন্দ্র সরাবেন, মহেশ্বর মহাদেব মতিক থোইনা চাউবা অহুমনা পাঙ্গল তেংবাংবিগে লাক্লবা মহাক্তস্থং বভ্রুবাহন ঐচোন্দা লান-শোক কদৌওম্লবোই হাযনা পাউমেনববু নাতাবদা পাঙ্গল মথৌ লৈবা পুম্নমদি কঞ্জাউ মখৌ লৈতনা মাইকৈ থেক মরিমক্তা লেপ্না কাপশিনখিরবগী বায়ু নোংশিং অকনবনা চঙলুঙমদে। মতৌ অস্থুম ওইরবা মহাক্তবু বভ্রুবাহন মতোম্মনা তেনয়াম কুংনা লাকপা খৈবিকপু অতিয়া নোংলোম্নক্তা উপি থবোন পৈগুম কাপথেকলে। ব্রায়বা তেনবি কাপখেকখোম্না কোরৌ নোংলাউখোনগুময়ে। অস্থুম তুলাই মশীং লাকঙমদনা কাপখেক্লে। খাম্বী মৈতাল্লাগুম্বা বভ্রুবাহন অকনবনা নিংথৌ মতিক লৈবা খৈবিকপু খোংমী মীমাচমবু ওইহললে। নিংথৌ মহক মহকশাংদা ব্রায়রা তেনবু মঙাদংনা থারুরবগী শমু মহকশাংবু নীওনা মালেম লৈদা তুহল্লে।

লানশোক মতৌ অস্থুম ওইনা নমু মীয়াম তুহল্লবদা খোংমী, লাম্নী, শগোল, শামু পুম্নমগী তাংজা লুবেনতোম্দি পামেন উনা অকংবনা নোংশিং মাংদা লেপওমদনা উনা ওইনা তাবতুগুম্নে। কোরৌ অহু নুমিৎমগী হুয়েন লান শোক্লবা অহুদি তাংজা

মীকতোনবু তিন লক্ষ লখা অহম শুনা তেঙ্গোন মপুক তিংনা মাংহললে। লেমলৈ ঙাযামলক্তা গুন্তীর লাইরেন হকচাউবনা লাইবেন মনিং তম্না কোযজবতুগুমযে। চানা লাকংমোই অকংবনা মালং নো শিৎ কনবগী নোংশিং মাঙ্দা লেপঙমদবতুগুম্বু পাপ অক্কম্বনা গঙ্গা লাইরৈমবু উববগা মদোম চেঞ্জখিবতুগুম্বু খোইমা নাপি খোইনা কংলবা মহাকপু খাম্বী মৈনোংখোংনা তাংগোই উংফুল ওইহনবগুম লানফম মথোং মুৎনা থুখাইববগী খোইমোম লেংনা তিনবা মহাক্লবু অ কি পুক্লিং চংনা য়েংনরে। যোগিনী মীশাচাবী হুম্ফ্ মবিমানাম্নং মীশা খোইনা পাম্বগী হবাউ চুবোই শাবে। শগোল, শামু, ফিবান, শেকপিন, তুলাই, লিরুং, চুংগোই, থাংশাং, চামব, কাংহাই লৈতেং পোৎলোই অসি খৈবিকপু পোৎলোই অতিংঙাবু ওইনা মাঙহললে। লাম্মী অকনবা খৈবিকপুম্নু ফানা লানফম তেঙ্গোন্নুংদা থম্না পুক্লিং মরাচাবু তম্নহন্দবে। বভ্রুবাহন পাঙ্গনবদি হুযেন লানশোক ঙম্রবগী নোংশা লালাউ-খোনবু হৌগৎলে। লাম্মী লেংনা তিনবা পুম্নমম্নুং য়াইফ খোঞ্জেল রাংনা রাংলেন পুংয়াম য়ৈবে। থোরম মতৌ অম্নম ওইনা অর্জ্জুন তেলহৈবগী লাম্মী লেংনা তিনবা পুম্নমবু লানশোক মমাং থাঙদনা মমাংহল্লবগী অর্জ্জুন, বৃষকেতু পম্মৌ মপা-মচা অনিমদা নঙাইববদা ধনঞ্জয় তেলহৈবদি কঞ্জাউ মখৈ লৈতনা দেবদত্ত কৌবা মোইবুং অথোইববু য়াম্না খোঞ্জেল রাংনা খোংথৎলে। তুলাই মখুৎনেৎতা তোংখৎলবগা লানফম তেঙ্গোন মাংদা নোংশা লান্দাননা চংখিরে। গাণ্ডিব লীরুং মখুৎশুবু লীরী

খেনচো তিংখৎলবগা ঙাই-ও ঙাই-ও হে বভ্রুবাহন কৌবা-ও ' হায়না য়ারা খোঙ্গেল ৱাংনা লাউনা লাউনা কৌকববদা অর্জ্জুন মথন্নগী চেংলৌ মিৎকোইথোং শয়েং মতানথোম শমু ওইরম থংবদা ফূইনা ফূইনা শিংলি হকশাং চোংববু চৈবেপ্তে। পার্থ তুলাই মথুৎনেৎ মহাক্তস্নুং চৈরৈ ফিরানয়াইদা খ্বা য়োংশক শাবা মহ কস্তু' ফিবাল তুলাই পুন্না নীকলে। গাণ্ডিব য়াইওইবস্নুং লীকং মঙাল লৈতে। অর্জ্জুন মাইথোং লমঙান শকস্নুং থোইনা মকয়ে। তুলাই বথ পুরিবা কোরৌ নোংশাকোন মবিমস্তু' লা'নফম শোক্লফমদা লাঙ্গোই শাথৌ য়াবিদে। শগোন মমাই ঙনশিনয়ে। অর্জ্জুন ছায়া মমিরেনস্নুং তাংজা মকুতোনবু উহন্দে। চৌংস্নুং নোংহৌ লৈতনা বিজুলি নোংথাং কুপ্পস্নুং চৈবেপ্তে। থোবম অস্নম তৌনা অমঙ্গল য়াইথিবগী খুদম মতৌ খৈবিকপু অর্জ্জুন চেংলৌ মিৎথিৎলবা মহাক্তস্নুং পাঙ্গল মঙাল চাউবা ধনঞ্জয় অকনবনা পুরিং অকি লৈতনা লানফময়াইদা লাংনা মচংখিযে।

জৈ মহামুনিবেন্না হে জন্মেজয় অথোইবাও! পম্হৌ মপা মচানা হুযেন লান শোক্লবা অসিদো হৌনা মতিক ওইরুদে। হৌনা লমদাংশাংবু নত্তনা হুয়েন লান শোক্লবা মথোক্লবগী পম্হৌ মপা-মচা ৱায়বা তেনয়াম কাপ্পা শোক্লরে। মতৌ পান্দম অমদি থাইনা লহানেনোং চৌংঙু শ্রীরামচন্দ্র লাইয়িংথৌগা মপাবী লব-কুশ অনিমাগা চেংলৌ শকখঙনদনা শোক্লকবতুগুম্লে হায়না পাউমেল্লবদা জন্মেজয় নিংথৌরেন্না অনৌবা পাউহংখিয়ে—হে মুনি অথোইব-ও! চৌংঙু শ্রীরামচন্দ্র লাইয়িংথৌগা মপারী

লব-কুশ অনিমগা হুযেন লান শোক্লবদি মবম করিগীদমকনো, রাবম থাঙ্গৈশেংনা হায়বি ও হাযনা হংজববগী খান্বী মৈরীতোন-গুম্বা জৈ মহা মুনিবেন্না হে জন্মেজয় নিংথৌরেন অথোইবা-ও! তাইবং শোংশাপানগী মবুংঙো কৌশল্যা সনা লিনকোইগী রামচন্দ্র চক্রপানি অত্থনা অশ্বমেধ কৌবা যজ্ঞ মঙম অসিগুম্ববু মশানৌ ভবত, লক্ষ্মণ, শক্রঘ্ন অহুমমকপু ঙাইবোইননা তৌরময়ে। থৌবম মতাং কদাইব্রাইদনো হাযববদি থাইনা কদৌনোং সেতুবন্ধ সমদ্র ঈবেনপুংবু থিংনা লঙ্কেশ্বব বাবণ নিংথৌ হিংচাববু প্রাণ থরাই হাৎনা সীতা শোকফদবীবু লৌকববগা চকমোম খান্বী মৈরীম্নু'দা সাক্ষি ব্রাচুম্নববগা অযোধ্যা মবৈবাক্তা হলব্রাইবকলে। যোইবু সীতা মশানৌগা অভিষেক ফম্বাল কামিন্নববগা মুংঙাই মবাং কাযনা সনা লৈবাক ঙাকমন্নববু লাংহৈ কুমশিং লিশিং অমা শুনা মাঙগী নুংঙাইথোই য়াইফা মবাং কায়না পালহোবে। মতাং অস্নুম ওইরিঙৈদা সীতাদেবী অহেনবীদি হৈরাং মচা যানববু লোইদাম থাবুম মঙা শুরবদা শ্রীরাম লাইয়িংথৌনা সীতা লাইরৈমগী লংজ-অয়োন খঙ্লুদনা বাল্মিক বন উমংলেন্দা থৌশীথোকখিববদা লব কুশ অনিমাবু নাউনৌকরে। মপাবী লব-কুশ অনিমনা হকশাং মথোকলক পাঙ্গল ময়িনলকপদা চীংঙ্ শিদবনা মশানৌ অহুমমকপু ঙাইরোইননা লাঙ্গোই শগোন থাখিবদা খোইমোম নোংদমখোনবু কনা হেনকদবগী বাল্মিকী মুনিদেব সনা কোরৌ লনশাফমদা চংখিরবগী কালবন পুম্নং ইংখোনলেন অত্থদা লব, কুশ শানৌ মচিন-মনাউ অনি মনা লাঙ্গোই

অরাক তম্না ফাওম্নবগী চীংও, শ্রীরামচন্দ্র থোইথোইবদি মশানৌ ভবত, লক্ষ্মণ, শত্রুঘ্ন অহুমমকপু ওাইরোইননা যজ্ঞ মওমশাবু থিনা চৎখিবদা পস্থৌ মপা-মচা চেংলৌ শকখওনদনা হুয়েন লান শোক্লকরবগী রাম শানৌ মচিন মনাউ অহুমমকপু মপারী লব-কুশ অনিমগী রায়রা মতেনচাদা তেনবি চিন্দা থোংনা নোংমন্নুববু বাল্মিকী মুনিবেন্না নাতাববগী রাম শানৌ মচিন-মনাউ অহুমমকপু যাওনা মুনি মন্ত্র শোম্না যাইবী থরাই হিংহলয়ে হাযদবরা ?

পস্থৌ মপা মচা শোক্লবগী লানশোক ওইওই মতৌদি অসিনে হায়না পাউমেন্নবদা জন্মেজয নিংথৌরেন্না উনবী মথোই তোংনা রাহমলকয়ে— থারম মতৌ অসিগুম্বা অর্জ্জুন পাঙ্গনবনা পস্থৌ মপা-মচা হুযেন লান শোক্লবগী লানফম য়াইথি য়াইফ-রা অনিবু য়াওনা নাতানীংলে। রারম মখৈ ফংনা হায়বি-ও। অসুম পাউহংজবগী হে নিংথৌ অথোইবা-ও। রাবম অসুম তৌনা বভ্রুবাহন পাঙ্গনবগী হুয়েন লানশোক মাওদা পাঙ্গল মখৈ লৈতবা খৈবিকপু লানফম মমাই থিনা মবৈববদা ধনঞ্জয় অথৌবদি য়াইথি খুৎতম অকুবা মহাকপু চেংলৌ মমিৎ থিৎনা উৎলবদা মহাকম্বুং পুক্লিং অকি লৈতনা লানশোক অনৌ হৌনা চংখিরে। অর্জ্জুন রাযবা ভেলহৈবা অসিদো লানফম তমথিবদা পুকয নিপা থোকপা মহাপণ্ডিত অথোইবা অহুনে। অসুম উনবী চৈরৎ লৈতনা কোরৌ নুমিৎ যুংখাকপগী নোংশা মওানমৈওম কম্বি মখৈ ফংনা চেনশিনথিবে। নোংথৌ পাঙ্গল মতিক লৈবা

হুয়েন লানশোকফমদা ব্রাম্থখিবা খৈবিক্কো ব্রায়বা চৈথাখোন অকন্বু কোকখিরবগী মালেম লৈমায়থক্তগী হৌগৎলবগা লীকং খুত্তা শুনা পাউমেনঙময়ে। হে পার্থ অকনবাও। নংবু মরম কবিগী দমক পুক্লিং অথা কায়না চংলকলিবনো, নুংঙাই মবাঙ কাযনচুম মিৎযেং শানখৈবিয়ো। নিংথৌ লেংনা তিনবা ঐখোয খৈবিকসুং লানশোক পুক্লিং পেনদবিযে। হুয়েন লানশোক অমতদি লানশোক মখৈ ফংনা তৌকখিগে হায়না পাউমেল্লবগা লানফম তেঙ্গোনযাইদা অচেন খংলৈ যাঙনা তানশিনখিরে। মাঙওই লানশোক অহানবদা হংসধ্বজ নিংথৌবেন্না লীকং খুত্তা শু, লিবী তেনগা থোংনা ব্রাযরা হান্না কাপলুবে। বভ্রুবাহন অকমবগী লান্মী মীযাম লোযনবিবা খৈবিক্কো নমু মীশিং থিঙমদনা কাপথুরে। হংসধ্বজ নিংথৌ মমাং শংশংবদা লানশোক কনা মাইয়োক যাঙমদরে। বভ্রুবাহন অকনবনা মাগী মণিপুব লৈবাক কোয়বা স্থবুদ্ধি পাঙ্গনবু পাউকৌরবগা হে স্থবুদ্ধি মন্ত্রি লৌশিংবাও। লানশোক হন্দক নোং অসিদা লানফম মাইযোক যানা শোক্লৌ-ও হাযনা পাউমেন-ব্রাগী স্থবুদ্ধি মন্ত্রি অথোইবা অত্থনা নিংথৌ সনা ময়াথংগী নোংশা লাসহৌ তন্না তানশিনখিরবগা লানশোক মখৈ ফংনা শোক্লরে। হংসধ্বজ নিংথৌরেনদি অহন মতম ওইনা লাংহৈ কুমশিং য়াম্ল- বস্থং হুয়েন লান শোক্লবদদি চহি কুমশিং তরাগী মতম মান্না মশোক্লৈযে। বভ্রুবাহন অথৌবগী লান্মী মপা ভাম্বা খৈবিকপু হুয়েন লানথোং মুৎনা পম্বেংলে। চুলাই লেংদম তোংবা

লিশিংমবু তাংজা লূবেন ককথোকলে। লাঙ্গোই মোইশাযা হকচাউ-বস্থং চামগুা শুনা মাংহল্লে। কোয়ৌ নোংশাকোন্দি শগোন লিশিং তয়ামবু শিহল্লে। স্মবুদ্ধি অকনবা মহাক্তস্মু রাযবা তেনবী মক্তবা অমনা থমোই অথিবদা থাকরবগী হুয়েন লানশোকফম্মু লানফম নমদা হুন্না চেনখিবে। তেঙ্গোন লানবুম মগুাদংবু কাংথং বাংচাই তম্না থুখাইবে।

হংসধ্বজ নিংথৌবেন্দি শ্রীকৃষ্ণ মপুবেন্না হুযেন লানশোক মতমদা অর্জুন তেলহৈববু উনবী পুক্লিং চেৎনা ঙাক-ও হায়না পাউগেল্লকপা অদুবু পুক্লিং থোকাউদনা নিংশিংলুববগী লানফম পুক্লিং হস্থোক লৈতনা শোকনৈযে। অস্তুম হংসধ্বজ নিংথৌরেনগী লানশোক মমাং খাঙ্ডমদবা অদু উববগী বভ্রুবাহন অকনবদি চকমোম লাম্মে চাকুম পুক্লিং কঞ্জাউ থোইনা রাহু শরাইথৌগুম তানশিনখিরবগী হংসধ্বজ নিংথৌবেনবু রায়বা তেনযাম য়োম্না কাপলুবে। নিংথৌ চুলাই মথুংনেৎস্থং চুলাই মতূপ মতূপ থোক্লা কবথোক্লে। হংসধ্বজ হন্নু মানলৈ চিংওল্লবা মহাকপুস্থং রাযবা তেনবী মক্তবা অমনা থমোই অথিবদা থ করবগী নিংথৌ উনবী পুক্লিং ঙক্ অমম্ মথৈ লৈতনা তুখিরে। সুবেক সেনাপতি লানচিংবনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী যাঙনা লীকং খুত্তা শুনা চেন-শিনখিরবগা লিরি থম্মোই তিংনা রাযবা তেনরাইখিববু য়োনফদবা বভ্রুবাহন অকনবগী পুকনোপ অহোম্বদা থাকবে। অস্থুম তেনবান চৈথা ফংলবা বভ্রুবাহন অকনবনা কৌনা কৌনা পাউমেল্লকয়ে। হে সুবেক অথৌবা-ও! নংবু বাযরা তেনকাপ হৈযিগুম লানশোক

ইমাং থাংদনা ওমখিরবনিগীনা ঐগী হুয়েন লানথাক অমনববু ওইরবা নংনদি করম লানশোক ইমাং থাংগে তৌরিবনো হায়না পাউমেনববু সুবেক পাঙ্গনবদি কঞ্জাউ মখৈ লৈতনা নাতারবগী ব্বায়রা তেনয়াম কাপ্পা বভ্রুবাহন নিংথৌরেনগী শামী, লাম্মী, হুলাই, শগোক তোংলিবা শগোন, শামু পুন্নমবু লক্ষা অনি শুনা ককথোক্লবগী রক্ত ঈঙাং তুরেন চেন্না মশা লৈথোম ওইরবদা বভ্রুবাহন নোংশা মচুম তাগুম্বদি মচিন মোমোন নোক্লা সুবেক অকনববু কৌ। হে সুবেক অকমবা-ও। নংদি বভ্রুবাহন ঐঙোনলম্মুদি চংলক্তনা শগোন, শামু, খোংমী, লাম্মী অচম্ববু পাঙ্গল নথৌ শানা মককলুবা অসিবু লমচৎ নহৌশারা? ব্বায়রা তেনকাপ হৈয়ে হায়নদবু ঐগী চেংলৌ ইমাংদা থানবু মউৎলবদবু মওইরবরা হায়না অম্মুম পাউমেল্লবগা সনা তেন্দোং-মুংগী তন্না তেনবি মক্তববু খন্না সুবেক পাঙ্গনবগী থম্মোই অথিকমদা থাক্লরবগী মালেম লৈদা তুনা ব্বাম্বহললে। লানশোক মতৌ অম্মুম তৌনা নিংথৌ লানফম মরৈরকপা খৈবিকপু লানফম মাইথিনহল্লে।

পাণ্ডব শাগৈ পুন্নমনা যদু শাগৈ খৈবিকস্নং মাগী লানশোক খুহুম চন্না মণ্ডল্লবগী লাম্মী অকন-অথৌ পুন্নমা মহাকপু হুয়েন লানশোকথাক ব্বাংঙাংবু মওইরবগী লানফম শোক্লফমগী হুয়েন অমরক লান্নিংশিংনা হৌগৎলবগা লানফম মাইয়োক য়ানা শোক্ল-ররে হায়রবগা শমু খুৎনা ফংনা ফারবগা পরৈ লানশা পুন্না নিংথৌ মথোংজিন্দা থমহল্লুরে। কোরৌ অহু সুমিৎমগী হুয়েন

লান শোক্লবস্নং হে নিংথৌ অথোইবা-ও! বভ্রুবাহন অকনবনা তেঙ্গান মথোং মুৎনা মঙমজেয়ে। লানফম মতৌ অস্থুম ঙম-জরবদা হুয়েন লানশোক য়াউদনা লৈরিবদি বৃষকেতু অকনবগা অর্জ্জুন পন্থৌ মপা-তোনগা নঙাইরে হায়না জৈ মুনিরেম্না হে জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও। বভ্রুবাহন অকনবগী পাঙ্গল মথোনাদো রাবম হায়হৌজৈবু লৈতবে। সতী উনবী পুক্নিং লেপ্লিগী মপা-রীদি লানফম থাম্বী মৈশালাংগুম্দা উনবী পুকনিং থোক্‌না তপয়ে। সন্ধিপুর সেনগী মপারী গঙ্গাদাস লৌশিংবনা লেংলম্বা অসিবু হে সভা লেংনা তিনবা নংখোয়দি নচিন হরি শোন্না নাতাবিযো।

অধ্যায় তবামঙা শুখিবা রাবম অসি মতুংগীবু ভগবান্ৎস্মৃর থোইগোইববু তাংজা লূদ থোং, গুরু বৈষ্ণব উনবী শামন্ লিকৌননা ভাবত রারী-শৈ অসিবু তেংথা পরেং ওইনা তেংথাজরকে। জয় য়াইফথোইবী কুন্তী পায়মা লিনকোইগী পাণ্ডু নিংথৌ মপাবী পঞ্চ পাণ্ডব মঙামনা যাইফ মহৈ লৈবা যজ্ঞ থৌবম অচেৎপবু তৌরকয়ে হায়না পাউমেল্লবদা জন্মেজয় নিংথৌরেম্না হে মুনি অথোইবা-ও। বভ্রুবাহন অকনবগী মতিক অরুবম্না তাংজা লিলাচম্বু উনবী পায়মা লিনকোইগী ইলাবন্ত মথোক্লকপবু হুকশাং পাঙ্গল থোইযে হায়রিবা অসিবু য়াথং মখৈ ফংনা হায়বি-ও। অস্তুম পাউমেল্লবগী জৈমিনী মহামুনিরেম্না হে জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও। উনবী পুক্লিং তপ্না নাতা-ও। ইলাবন্ত অকনববু বভ্রুবাহন কৌবা অসিনা মতিক পাঙ্গল অনি থোইয়ে।

মরম অহুগীনা যহু পাণ্ডব লান্মী অকনবা পুন্নমবু হুয়েন লানশোক মানা ঙম্বা মথোক্লরে। থোবম মতৌ অস্থুম ওইরবদা বৃষকেতু, অর্জ্জুন অনিমদি পুক্নি' ঈরৈ চল্লে। চেংলৌ হাইনা য়েংখিবস্থুং লানশোক পাঙ্গল ওইবিগে তাববু কনা লৈতরবগী মুংবং মখৈ লৈতনা মপাবী বৃষকেতু অকনববু কৌনা কৌনা পাউমেল্লকয়ে— হে বৃষকেতু অথৌবা-ও। হৌজিক মতম অসিদা ব্রারম নিং-শিংলুববু পস্থৌ নংবু পোকপা কর্ণ পাঙ্গনববু হুয়েন লানশোকনোং অহুঙৈদা থরাই মমিবেনবু অর্জ্জুন ঐনা মাঙহনবদো পায়মা লৌশিং লৈতবা থোবম মতৌ চাদববু থোক্লরে। মতম অহুনোংদা ঈশ্বব কৃষ্ণ মপাবী কামদেব অকনবনা অর্জ্জুন ঐগী পায়মা উনকোইমুংবু শুন্নাৎলবগী ইশাবী কর্ণ লীশু হৈববু নোংমনহল্লে। হে ইশাবী কর্ণ পাঙ্গনবা-ও। নংগা পাঙ্গল নমান্নববু তাইবং ময়োল অহুমদা কনা লৈবনো? পাঙ্গল মতৌ অসিগুম্ববু নোংমলহলয়ে হায়বগী হে ইপারী বৃষকেতু অকনবা-ও। নংবু পুক্নিং মুংভাইতববু তৌবিগুনো। তৌইগুম থোয়ম মমুং থংবদদি খোইমোম নোংদমখোন চেনক্ষদবনে। থোক্লরবা অহুনে। ইশাবীগী মপারী মুংচানববু ওইরবসুং অর্জ্জুন থরাই ইমিরেনগুম মনিংলে। ব্রারম অসিগী দমক্লা বৃষকেতু কৌবা নংবু য়াইবী থরাই হিংনবা হস্তিনা মুংভাইববু ইন্দানখিরো নিংলে।

মতম হন্দকনোংগী লানশোক মতৌ অসিবু পায়মা ঐগী উনকোইমুংদা পুক্নিং চিন্তা থোকলে। থোরম অসিমা মথক্তা লাংজ্যা লমহুই অনিমনচিংনা চেংলৌ মীৎশা চিংবা পানবোম

হকচোংবা অমঙ্গল য়াইথি খুৎতম খৈবিকপু ফত্ত মতৌ য়াম্না তৌররে। ৱারম মতৌ অমস্থ লানশোক ঐগী মতেং পাংনগে হায়না ঙাইরোইনরকপা পাঙ্গল মঙাল চাউবা কামদেব, কীর্ত্তবর্ম্মা সাত্যাকি, হংকী নিংথৌ মপারী সতনি, অনিরুদ্ধ, যাদব শাগৈরেন অসিশিংস্থং, হংসধ্বজ, নীলধ্বজ অনুশান, সুবেক, প্রবীর নিংথৌ লৈকোয় ফম্বা অসি খৈবিকপু লানফন লৈতেংপোৎ, ফিবোই ফিদাং, শেকপিন, ছুলাই, চৈরৈ ফিরাল, কাংহাই মাবেং, চুঙ্গোই, কবাক থাং, লাঙ্গোই শগোন, শামু মশীং লাকঙমদবা মথোয় অসি খৈবিকপু ককথেক হায়ফৎ য়াম তাঙ্গোই উৎফুল ওইনা মাংহল্লবগী মিৎয়েং শংনা য়েংশিনখিবা খৈবিক্তা শূন্য অতিঙাবু মওইরে। অর্জ্জুন, বৃষকেতু পন্থৌ ইপা-ইচাতবু নঙাইরে। মরম অসিগী দমক্তা কৃষ্ণ লাইমরু ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির অনিমক্কী সনা মথোংখাদা হলরাইখিরো। বৃষকেতু নংবু থরাই ইমিরেনবু মওইরবা অহুনে। বংশ শাগৈ পুন্নমক্কীস্থং চকমোম থাউমৈ ওইনৈয়ে। নবেন কুন্তী অচুম্বীনস্থং চেংলৌ নশক উদরবগা থরাই মমিরেনবু থাদোকে হায়রঙৈনে হায়না অস্তম পাউমেল্লি-ঙৈদা পোনবী লাংজ্যা কাক অনিমনা ধ্বজ ফিরানখোক্তা চেক্লা খোঞ্জেল ৱাংনা খোংখৈরমলে।

য়াইথি মতৌ অসিগুম্ববু হন্না হন্না তৌশিল্লরবগী পার্থ অকনবদি মপারী বৃষকেতু অকনববু কৌনা কৌনা পাউমেন খিয়ে—পারী নংবু চৎখি হলরাইথৌবু থিল্লগুনো, পন্থৌ ইপা-ইচা তিন্না মরৈরবদি লানশোক খুদোংথিববু য়োম্দনা থোক্লঙৈনে।

পাবী নংনা হুয়েন লানশোকফমদা নোংমনথিববদি পাণ্ডব শাগৈ পুন্নমস্নুং থরাই পণ্ডনা শিগে হায়রঙৈনে। য়ারম মতৌ অমস্নুং নংবু লাংহৈ কুমশিং য়ামদরিবগী অণ্ডাং মতৌ ওইরিয়ে। লানকম তমথিবদা লানশোক মীমাং খা‌ংনা লেপচ ঙমহিরোইয়ে। য়াবম অসি খণ্ডনা লৈপাক থুনা ইন্দানখিরো। লানশোক থোইনা মন্নবা অসিদা অর্জ্জুন ইদোম্মা মখাংলগে। যজ্ঞ মণ্ডম-থোগী দমকপু ব্রত চাকহেন অরুবদু তৌ আশিপত্র থাংশাং য়াইওইববু খন্না লৈবিবা অতুস্নুং পাবী নংবু লৈতরবগী চাকহেন অরুববু তৌরবস্নুং নিংথৌ লৈকোইফম্বদি থোইনা পুক্নিং অন্না চংলঙৈনে। পম্মৌ নপাতোন অহুমস্নু পানবা কৈউন ইন্না লাইনিং মতেং পাংলিঙৈনে। সনা য়োইকোন্নুংদা লৈরিবী মাঙ্গোন শংদেন ঙাল্লিবী পুন্নমস্নুং নিংথৌ সনা মখোংখাদা কাংহাই মরেং হুন্না য়োইনা খোগনলিঙৈনে। রাজ্য লৈবাক পুন্নমস্নুং নিংথৌ লাখোং থোংজাউরেন্দা লৈবাক পুন্না তিন্না লাইনিং তেংবাংলিঙৈনে। ব্রাহ্মণ বেদ হৈবস্নুং নিংথৌ পুরোহিত ইনাউয়োকস্নুং চৌংঙু লাইরিক থিরিঙৈনে।

পারী নংবু লৈতরবদি থোরম অসি খৈবিকপু যজ্ঞ মতোল লোমদনা কায়রঙৈনে হায়না পাউমেনববু নাতারবদা বৃষকেতু অকনবনা পাথুউন্নকয়ে--তাউ, তাউ, হে পম্মৌ ইপাতোন-ও। য়াথং নপাউমেন অসিবু করম্বনো ? বৃষকেতু নপারী ঐবু পম্মৌ ইপাতোন নংবু থাদোক নমদা হুন্না হস্তিনা লৈবাক তান্না চৎখিয়ো হায়বনো ? থোঙ্গাল মরম থোক্তনা পাউমেনবা অসিদি য়াথং অমরক হন্না

হায়বিগুনো। ঐবু তাংজা ইকাইরুয়ে। ব্রায়ম নাতখিবা খৈবিক্লা ফম্ভ মতৌ থোক্লা হায়নভৈনে। পম্হৌ ইপা-ইচাবু লাঙ্গোই শগোন ভাক-ও হায়না ইশ্বর মপুরেনগা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনগা অনিমনা লামফম শীংদা থানা থৌশীবক্লবা অসিদা প্রাণ থারাই-দমগী লানফম অমম্বু উববগা হস্তিনা সনা ইরৈবাকপু য়াঙনা ইন্দানখিরো হায়না পাউমেল্লিবা অসিবু বৃষকেতু কৌবা ঐবু পম্হৌ কর্ণ অকনবগী মপারীবু নওনা স্ত্রী নুপী ওইরবগী পাউ-মেন ব্রার ? ইপন কর্ণ লীশু হৈবনা নাভৈনৌরকভৈগী হকশাং পাঙ্গল ইথোক্লকপা মখৈবু লানফম মতম করম্বদা লানশোক ইমাই ওনবু হৌনরক্কে। ইণুং খোমলেন মংলানচান মহাক্রুস্তুং লৈথোক্তবিয়ে। থঙলে খঙলে হে পম্হৌ ইপাতোন-ও ! নংগী য়াথং নপাউমেন অসিদো বৃষকেতু ঐবু হান্না লানশোক মদোম য়াইফ-মিংলেন ওইজগে হায়না পাউমেন ব্রাবু ওইরে। ব্রারম করিগী-দমকনো ? পাঙ্গল ইথোক্লকপা ঐবু ক্ষেত্রি শাগৈ ওইনা পোক্লবদা ক্ষেত্রিধর্ম্ম অথোইববু খঙদরিবা খাচিকহিকপরা ? ব্রারম মতৌ অমস্তুং পম্হৌ কর্ণ অথৌবদো লানফম থোইনা ভকপদা থোয়মা মমায় ওন্না হৌনরক্কে হায়বস্তুং পম্হৌ ইপাতোন-ও। নংনা মখঙলিয়ে। পাঙ্গল অস্তুম ওইবগী মপারী ঐগুম্ববু পায়মা পুক্লিং য়াংনা উববস্তুং বৃষকেতু কৌবা ঐস্তুং পুক্লিং পংনা খুভম হোংবিরোইয়ে। কোলোয় নয়াথংবু য়াথং নোক্লা নোক্লা পাউমেনবা অসিবু তৌবিরগুনো থরাই শি-নফম্বু থোক্লবস্তুং পম্হৌ নংনা য়াইবি থরাই থানা নোংমনফমদা থোয়মা ইমাই ওন্দনা

মরৈরিয়ে। হন্দক হুয়েন লানশোকফম অসিবু হায়দহন্সুং লান-ফম মতৌ খৈবিকতন্সুং পন্থৌ নংবু থাথোক নমদা হুনবদি পুম্না লৈররোইয়ে। কোলোয় ইয়াথং অসিবু য়াখং শরি ব্রাবু নিংবি-গুনো। পন্থৌ নখোংখাদা সত্য শরি মথৈ ফংনা হায়জরবনে। তৌইগুম ব্রারী মতৌ অমসুং পন্থৌ নংগী বিজয় য়াইফথোইববু তাইবং মরোল অহুমনা শরুরিয়ে। য়াইফা কোলোই নমিংথোংবু মাংহন্নিংদে। হে পন্থৌ ইপাতোন-ও। নংনা য়াইবী থব্রাই মাংলবদি চীংঙু গোবিন্দ থোইখোইবদা পুক্নিং থোইনা সুংঙাইতববু থোকলুরগুনে। ধর্ম্ম নিংথৌরেম্নচিংনা ভীম, নকুল, সহদেব মখোয় অসি খৈবিক্রন্সুং চেংলৌ নশক উদরবগা উনবী পুক্নিং পেনববু পুম্না লৈররোইয়ে। বৃষকেতু কৌবা ঐদি পাঙ্গল ইথোক্লকপবু ওইরিয়ে। অহন মতম ওইনা মানলৈ চিংওল্লে। মরম অসিগী দমক ঐহুম লানফম মাইথোক য়ানা শোক্লবোগে। কৃষ্ণ ধর্ম্ম অনিমগী সনা মখোংখাদা চৎনা য়োইনা থৌগনঙম-ও হায়না পন্থৌ মপা-মচা ব্রান্নম শাংতান্ননা পাউমেন্নরিগুদা বভ্রুবাহন অকনবনা লাউনা লাড়্নিা কৌনা কৌনা পাউমেলকয়ে—হে বৃষকেতু কৌবা নংবু পুরুষ নিপা থোকপা ধণ্য য়াইফথোইবা থব্রাই মহৈ পানববু লেপ্না ওইরবা অহুনে। পাঙ্গল নংগা মান্নবদি তাইবং মরোম অহুমমক্তা পুম্না লৈভরে হায়না বৃষকেতু পাঙ্গল মতিক থাগৎপা অহুবু অর্জ্জুন তেলহৈবনা নাতারবগী য়াঙনা বৃষসেন মপারী ঙাইবোইননা হুয়েন লান-শোকফমদা চংখিরে। লাঙোই মোইশায়া শামু মচুম তাবা

অ'নিনা নাপল ময়াই কানা চংলকপাতুগুময়ে। মপারী বৃষকেতু পাঙ্গল মথোকলকপনা হে পম্বো ইপাতোন-ও! নংদি চেংলৌ মিৎকুপ মরমদং ভাইবিখিয়ো। পুক্লিং মরাং কায়না কমকম পিখিয়ো। বৃষসেন নপারী ঐবু লৈরিয়ে হায়না পাউমেল্লবগা বভ্রুবাহন মমাং শংশংবদা নক্লা চংলকলে।

চিত্রাঙ্গদা পায়মা লিনকোইগী বভ্রুবাহন অকনবনা য়াব্রা খোঞ্জেল ৱাংনা পাউমেনগুময়ে। হে বৃষকেতু কৌবা নংনা লানফম মাংদা থানা চংলকলিবা অসিবু থব্রাই মমিবেনবু থাদোক্লগে হাযনা লাকপরা? ঐনা চেংলৌ মিৎথিৎলবদি বৃষ-কেতু কৌবা নংবু যম মখুৎপাক্তা নকশিল্লকলে হায়বধু শংশং তাংনা থগুলে। অর্জুন মশুংলাংগী দমকপু বৃষসেন অকনবা নংগী তাংজা লুরেনতোনবু ৱায়রা ইতেনচাদা কবম তাগে চংলক্লবনো? থব্রাই নমিবেনবু হাৎলবগা পার্থ তেলহৈববু ৱায়রা ঐগী ইতেন-চাদা য়োন্দনা নোংমনহনগে হায়না বভ্রুবাহন অকনবদি শমু খোংথাং ৱাংনা চৎশিল্লক্লবগা লিকং খুত্তা পায়না ৱাযবা মতেনচা তেনবী অরেম্বা তারুদনা নমু পোংৱান্নবা অর্দ্ধচন্দ্র হায়না কৌবা থাজ মচেৎ কোঙ্গাই মানবা তেনবু লৌচীং মাকোং ফংনা তেন-ৱাইখিববু বৃষধ্বজ অকনবনা শূন্য অতিংগুদা তেনবি অনি থোক্লা ককৃথোক্লবগা লানপুক মরাং হৌনা বভ্রুবাহন লুব্রাই কোইরেম্বক্তা ৱায়ৱা নোংজুননা কাপলুরবগী মাইকৈ মথোং তরা-মবু নোংয়াই থামম্বাগুম্লে। মালং নোংশিৎ অকনবা মহাক্লা ৱায়ৱা তেনলক চংনা হুমজিনগুমদে। ফিরাল, তুলাই, শেকপিন, হুমাই,

খুৎশু-খুৎলাই পুম্নমবু নেম্বী শীঙনাং পৈগুম পোৎলোই মতুপ মতুপ থোক্লা কক্‌থেকলে। কোয়ৌ নোংশাকোন লাঙ্গোই মোইশা-য়া খৈবিক্কী তাংজা লুবেনতোনস্নুং য়েনদেম থারাম শোইগুম শোইথোক্লবগী ইঙাং লৌখোং চেনগুমলে। তাংজা মীকতোন লাঙ্গোই মকোকতোন রাংববু ঈঙাং থকফেন চৈবোইননা কাউবি গুমলোই তাউগুম তাউথোকলে। অস্নুম বৃষকেতু অকনবগী লান-শোক পম্বেংগোন অকনবা অহুবু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী বভ্রুবাহন নিংথৌ মণিপুব লৈমাবগী মদাইবেম লান্মী লেংনা তিনবশিংদি লানশোক মাইয়োক য়াঙমদনা চেন্নখিরে।

লানফম অমবক মরাং হৌনা বৃষসেন ব্রায়বা মতেনচা মঙা-দংনা তেমবী নমকাপ্পখিবনা নিংথৌ থম্মোই ময়াইরেন্দা থাকুরবগী চিত্রাঙ্গদা মপাবী বভ্রুবাহন অকনবদি কন্থি মখৈ ফং, কঞ্জাউ মথি ফোংনা তেনজিল পাইজা শাবা ব্রায়বা মতেনচাবু লীরী থম্মোই তিংনা কাপথিছৗকপস্নুং বৃষসেন মতেনচানা তেনবী অনি থোক্লা কক্‌থোকলে। পম্বৌ মপা কর্ণ লিগু হৈবগা পাঙ্গল মতৌ শোইনদে। হুয়েন লানশোকক্কমদা খাম্বী মৈরা চাউগুম্না মঙাল মুমিৎ থোক্লময়ে। পাঙ্গল মতিক অস্নুম ওইবা অসিনা তেঙ্গোন মপুক তিংনা নোংমনহল্লে। হুলাই লেংদম তোংবস্নুং কোটি মপৈ অহুম গুনা মাংহল্লে। লাঙ্গোই শগোল, শামু, শেকপিন, হুলাই, ধ্বজ ফিরাল, চুঙ্গোই, কবাক থাং, লিরুং-তেন, পুং-শেন পুম্নমবু শীঙবী থরোন পৈগুম পোৎলোই মশীং য়াম্না কাপথেকলে।

জৈ মুনিরেন্না হে জন্মেজয় নিংথৌরেন ও! প্রলয় মাণ্ডলাই-দমনে হায়রসিবরা? মতৌ করম্বনো ওস্লোকয়ে। অাইবং মীওই-পালগীদি লৈখিস্নুনো। খোইমোম লেংনা তিনবা মহাক্রবু উনবী লাংতক্লনা পুক্লিং অকি ফংলে। থৌরম অসুম ওইনা লানশোক মীয়াম শিরবগী হে পালোই কাক, ভূত, প্রেত, যক্ষ কিন্নর, দৈত্য হিংচাবা যোগিনী হুম্ফ মরিমসুং য়াউনা হবাউ মখে লৈতরে, মুংঙাই কুম্মৈ থোইনা শান্নরে। অাংজা মীফুতোন পুন্নমাবু ভূত প্রেত খৈবিক্লা শঙ্খ মোইবুং ওইনা 'খোংনরে। মীশা চিঙ্গাক ওই লাংজ্যা ঈঙাং থক্লা পায়মা মপুক থনলবগা মুংঙাই শক-য়েংনা, য়াব্রা খোনমান্নবা ঙাইনোকনৈয়ে। লাঙ্গোই মোইশা-য়াগী তাংজা লুরেনতোন অচৌবশিংবু লোরবগা চৈরৈ কিবুল ওকুম হুন্না হুন্না শান্নৈয়ে। নমু মীশা চাবীশি গী য়ান্না মখোঙ্গেল ব্রাংঙাবুনঙাইরে। তাইবং নমু পোংওইবশিংদি বৃষকেতু অকনববু শোংকিরবগী নমু মীশাচাবি খৈবিক্লা শারেন শামুন্নবগী হরাউ মতৌ উবগা অনিমনা অকি মখে লৈতনা লানফম হুকচেন্নখিরে। হুয়েন শোকক্ষম অহুন্দুং বসন্ত শীংলেন লৈপান্থাদা পারিজাৎ লৈনিংথৌগা পাঙ্গোং লৈময়োনগা অনিমনা মপাল ঙাংনা শাবহু-শুমলে। লানশোক মতৌ অহু য়েংনা পার্থ অর্জুন তেলহৈবদি ডুলাই রথথক্তা মুংঙাই মরাং কায়না হরাউরে। নমু মীয়াম চেনখিরবা লানশোক অসি মতুংদা বৃষকেতু অকনবদি অমরক হুয়েন লানপুক মরাঙ হৌনা তেনবী মথুংশু ব্রায়রা শেংখেৎ শাবা অমনা বভ্রুবাহন নিংথৌরেনগী পুকনোপ অহোম্বদা কোরৌ

নোংশিং মৈগুম থারুরবগী নিংথৌ মথোক্লকপদি ছুলাই লেংদম-থক্তগী মালেম লৈদা তানা তুখিয়ে। লানশোক মতৌ ওন্থোকপা অত্থবু উরবগা নমু পোংওইবা খৈবিক্তি হি হি হায়বা য়াব্বা মখোঞ্জেনবু লাউনা লাউনা মণিপুর মনিংথৌবু ছুলাই লেংবু থক্কী মালেম লৈমাইথক্তা তাখিরে হায়না মিপাই মখৈ লৈতনা চেনশিনখিবে।

বভ্রুবাহন অকনবদি ব্রাংলেন পুংজা মরম ব্রাম্থরমলুরবগী কোরৌ নোংহৌখোনগুম ঙংনা ঙংনা হৌগৎলক্লবগী য়াব্বা খোঞ্জেল ব্রাংনা পাউমেল্লকলে। ঙাই-ও ঙাই-ও বৃষকেতু কৌবা-ও। অসি কোরৌ মুমিৎমা অসিদা নিংথৌ ইপোক অথোইববু শংশং খঙ্‌হল্লগে। তাংজা নরুতোন ককৃথোক্লবগা থব্রাই নমিরেনবু খমনুং যম নিংথৌগী শমু মখুৎপাক্তা শিন্নগে। থব্রাই নমিরেনবু শিদরিঙৈ অসিদা দেব নারায়ণ অথোইববু উনবি পুক্লিং তপ্, নিংশিং লৈতোন থোংনা শোঞ্জরৌ-ও হায়না পাউমেল্লবগা লৗরুং খাংতপ লাক্লা সনা তেন্দোংনুংগী ব্রায়রা তেনবী মক্তবা পোনবী লাংজ্যা তুনা ব্রায়রা তেনা চনবা তেনওং থাজ মচেৎ শাবা তেনখোক হেরা-মণি-মাণিক্য, থাম্বা মঙাল চীংনুং নোংথাং কূপকুম চেংলৌ মিৎপু লংলবা, তেনজিল মৈরা থোকপগী ব্রায়রা মঙাল অরাবা অত্থনা মুমিৎ মঙান হেন্না মাইকৈ মথৌ তরামবু পুম্না ঙালয়ে। ব্রায়রা তেনবী মশক উবদবু অকি পুক্লিং চংনা থব্রাই মপান থোকে তৌশিল্লকলে। খোইমোম লাই খৈবিকনমুং হন্দক হুয়েন লানশোকনোং অসিদি বৃষকেতু কৌবা অসিবু নিংথৌ

রায়বা মতেনচৌন্দগী থৱাই মমিবেনবু হিংঙগ্নবোইয়ে হায়না পাউমেন্নৈয়ে। বৃষসেন অকনবা মহাক্লস্ন রায়বা তেনশক য়েংনা অকি পুক্লিং চং, পাঙ্গল নিপা থোকওমদনা পায়মা নিংদোন থুকলে। অর্জ্জুন তেলহৈবনস্নং ইপারী বৃষকেতু অসিবু লানশোক মতৌ করম্বনা থৱাই মমিরেনবু হিংহনশিবনো হায়না নুংবং ঈরৈ চন্না নিংখল্লিঙৈদা বভ্রুবাহন অকনবদি রায়রা মতেনচা মক্কববু খোইমোম মন্ত্র শোন্, হুঁকার খোঙ্গেন ঙংনা শঙাইশেন মৈবী পাইগুম তেনৱাইরকপবু ব্রহ্মাস্ত্র কৌবা তেনবি মাঙফদবা অতুদি নোংলেন ঈহৌখোনগুম ঙংনা ঙংনা লাক্লবগী অর্জ্জুন তেলহৈবা মহাক্লা রায়রা মতিক লৈবা তেনবী মক্কবা মশেনবু কাপ্পা কাপ্পা ঙাকপস্নং মঙমদরে। বৃষকেতু কৌবা মহাক্লস্নং পাঙ্গল মথৌ লৈবা খৈবিকপু কাপ্পা কাপ্পা ঙাকপস্নং ঙমদরে। পন্থৌ মপা-মচানা রায়রা তেনয়াম কাপখিবা খৈবিক্লো বভ্রুবাহন অকনবগী রায়বা তেনজিন মৈদা তেনবি তাঙ্গোই ওইনা মচাকহৎলবগা বৃষকেতু তাংজা লুরেনবু য়েন্দেম থারাম শোইগুম ককথোকলুরবগী মমাই লোইদাম থাজ মানবা অতুবু মালেম লৈদা তাখিবে। শমু মহকশাংগা থাইনরবা তাংজা লুরেনতোন অতুনা হে কৃষ্ণ বিষ্ণু রাম রাম হায়না পন্থৌ মপাতোন পার্থ তেলহৈবগী অর্জ্জুন মখোংথাদা ওনশিল্লকলে।

পার্থ তেলহৈবদি মুংশিং মথৈ ফংনা কুণ্ডব মনাশিবু পাইনা চেংলৌ মাগী শকপাম্থোং নিংথিববু য়েংনা য়েংনা উৎফুল নোংলৈ পক্পবু তৈথোকপিরগা পিরেম ঈচেন্নবা হা হা ওম্থোকয়ে!

মতৌ কবিগীনো কল্লকয়্যে। খোমলেন ঐগী মংলানচাননে হায়রসিনবা হায়না হাইহৎ লৈফাই তু, মালেম লৈদা ওম্না মিকপলে। থৱা'ই নিনমাংননা ৱাম্বরমলুবগী ধনঞ্জয় লৌশিংবদি উনবী লৈনিংশিংনা হে ইপারী বৃষকেতু কৌৰ'-ও হায়না কৌনা কৌনা কৈবা মতানপাক্তা থাংখংলবগা মাইথোং চিংনা য়েংনা হে ইপাবী চেংলৌ শক্কোই হেনবও। নংগী থৱাই নমিৱেনবু পন্থৌ নপাতোন ঐনা ঙাকলোঙমদববা অসিদা পলেম কুন্তী অচুম্বী মখোংখাদা থৌরম লঙজ-য়াম্বৰু থোকলুবে হে খোইমোম নোংদম্বা বিবিনা ৱাথেনববু কবম্বনে, ইপাবী বৃষকেতু কৌবা অসিবু লৈতববদি অর্জ্জুন কোলোয় ইমিংথোং য়াইফবা অসিবু লৈবাং অতিংঙাবু ওইশিল্লকলে শমু ইথুৎপাক্তা চেৎনা পুজরকপা বতন সনা মৈথাংবদি কোৱৌ অসি হুমিৎমদা মাংখিবে হায়না চেংলৌ মমিৎ অংমদ পিবেম ঈচেন্নবা মপারীগী কোলোয় মমিংথোংবু ফুই।। কৌববগা কৈবা মত নপক্তগী শমু মহকশাংগা থাইনরবা তংজা লুবেনতোন অতিংঙা অহুগা মালেম লৈমাইথক্তা ওনমল্লৱে। হুংশি মৈচাক তেম্বিদনা চেংলৌ মিৎশা ওন্দরবগী মাইথোং অরেম্বা চিংনা য়েং, খজাই লেংলোই চুপ্না হে বৃষকেতু নিংথিবা-ও! চেংলৌ শককোই হেনবা নংদি পন্থৌ নপাতোন ঐবু নমদা হুন্না মফম করিগুম্বদা চৎখিরবগী-কোলোয় পাউনাইদনা মাংখিরবনো। শমু নহকশাংদা অমবক হলৱাইরকখো। পন্থৌ নপাতোন ঐগী পুক্লিং ইহৌশাবু লৈতরবা ইঙা তেৱা পাইগুম থোইনা য়াংলবা অসিবু কোলোয় নয়াথং অমেংবা অহুনা উনবী

পুক্কিং তেম্না হনজিল্লখো। য়াব্রা লন মরুগুম্বা পাঙ্গল নথোক্লকপা নংগুম্ববু মফম করিগুম্বদগী শমু খুৎথুম চম্না তানফংলুসে হায়বনো ? পারী চেংলৌ শকউদরবদা থব্রাই ইমিরেনবু থাদোকনিংয়ে। লৌরুং নথুৎগুবু শমু খুত্তা পাইনা লাঙ্গোই শগোন, শামু, খোংমী, লাম্মীরক্তা থাবৈ কুমফু ওৎপগুম তৌরম্বা পাঙ্গল নথোনাদো ব্রাংলেন পুংজা মবমদবু বভ্রুবাহন অকনবগী লানশোক মাইয়োক য়ানা তৌশখিয়ো। উৎফুল নোংলৈথক্তা করিগী লৈরিবনে, হয়ে, এনা হস্তিনা লৈবাক মুংঙাইবদ হলব্রাইখিরবগা ইশাবৌ ধম্ম নিংথৌবেম্নচিংনা ভীমসেন অকনবা সহদেব য়াইমবা, নকুল অতানবা, পদেম গান্ধারী, কুন্তি, অচুম্বী, যাজ্ঞসেনী সতী সাধ্বী নিংথিবী, সুভদ্র অহেনবী, ইমৌ প্রভাবতী লৌশিংবীগা মখোয় অসি খৈবিক্লা কোলোয় পাউহং ঙম্বদা য়াথং করি হায়না পাউদমলুসি হায়বনো ? যাদব শাগৈ লেংনা তিনবরমদগী শ্রীদেবকী, যশোদা, রুক্মিনী অহুমনচিংনা লৈমা লিশিং তবামঙামা সত্যভামা, জম্বুবতী, ঔরস্থলকন্যা মখোয় অসি খৈবিক্লসুং লাইদা ঈখৌ-লাংগুম তগুপ তরাং পাউহংঙমশেনে। ব্রারম পাউখুমঙাইবু পুম্না লৈকরোইযে। কোলোই করি হায়না য়াথং পোত্থারু-সিবানে। বৃষকেতু অকনবা অসিবু পদেম কুন্তী অহেনবীনা শমু ইখুৎপাক্তা শিন্নবকয়ে। লানফম তমথিবদা বৃষসেন থব্রাই মমি-রেনবু ঙাক-ও হায়না হম্না পাউমেম্লকপগীনে। হে খোইমোম নোংদম্বা বিধি নব্রায়েনবু কবিগীনো ? হৌজিক চেংলৌ মিৎকুপমরম ইমাং শংশংবা মহাক্তা পারী থব্রাই মমিরেনবু থাদোকলে।

ৱারম মতৌ অমস্থং পাঙ্গল থোইনা মঙাল চাউবা নিংথৌ সনা চোঙলেম খানবা খৈবিক্তো মাগী মাগী নিংথৌ সনা মরৈবাক নমদা হুন্না পাঙ্গল ইতেং পাংগে হায়না লাকপিরকপা পুম্নমস্থং লান-ফম য়াইথি-ৱাবু ঙম্না লাম্নংলরে। হে বৃষকেতু অকনবা নংবু কোলোই পাউনাইদনা থৱাই নোংমাংনখিরবা অসিবু খোমলেন মংলানচাম্নে হায়রস্থ চীংঙু নোংদম্বা মথৌথানা অঙাং মতম ওইরিবা বভ্রুবাহন মখুৎপাক্তা থৱাই ঐখোয় খৈবিকপু পঙনা নোংমন-ও হায়না তৌশিকলা ? ইপারী ম্নুংচানবস্থ নিংথৌ লৈকোই ফম্বা খৈবিকস্থং লানফম য়াইথি নংনা লৈরবা অসিদা অর্জ্জুন ইতোম্মনা ৱারম অফ-থোক্লববু মতৌ করম ওইসে হায়বনো ? হে শ্রীকৃষ্ণ প্রাণনাথ অরোইবা-ও ! থৌজাল লানগোনহৈবা নংবু নত্তনা অর্জ্জুন নপাতাউ ঐগী য়াইফ থৌরম থোক্লববু পুম্না লৈতরে হায়না খোয়জিম্নুংয়া পাই, পায়মা নিংশামপি হোন্, য়াৱা মখোঞ্জেনবু ৱাংনা ৱাংনা মিকপ্লে হায়দবরা ?

তাইবং নমু পোং ওইবা খৈবিক্লস্থং অর্জ্জুন মতৌ য়েংবদা মদোম মদোম ম্নুংশি খোয়বু ওৎনা মিকপ্নরে। পার্থ অকনবদি ম্নুংশি মৈচাক তেম্বাদনা হোৱো হোৱো হে ইপারী ম্নুংচানবা বৃষকেতু কৌবা-ও ! করিগী থৱাই নদোম্মবু ব্রহ্মলোক ফম্বীরেন্দা চৎখিরবনো ? লহান নোং ইচা ঐনা পোকপা নশাবী অভিমন্যু ম্নুংচানবা মহাক্না থৱাই নোংমনখিঙৈস্থং পম্থৌ নপা ঐনা ম্নুংশি মতৌ তেম্বীদবা অম্মৃম্বদি পুম্না তৌরিরোই হায়না মালেম

লৈমায়থক্তা ওন্না ৱাম্থখিরে। মতৌ অস্থম ওইববু চেংলৌ মিৎথিৎ-লবগী বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোক্লকপনা কৌনা কৌনা পাউমেল্লকয়ে-হে ধনঞ্জয় লমকৈৎপা-ও! লানফম য়াইফ থোইব-ও! গুষাই নহকশাংদা পাঙ্গল নমিং চৎপবু ওইহিকপা নংগুম্বনা থরাই নোংমনখিরবগী দমকপু করিগী উনবী নিংশিং লৈতনা মিকপ-লিবনো? মালেম লৈমাইথক্কী হৌগৎলো। ভবানী য়াইফ-লনকু চাউবীবু উনবী পুক্লিং তপ্নাহুম ঈরাৎ পুরুমজয়ো। পার্ব্বতী লাইরৈমনা য়োন্দনা য়াইফ লনকুবিরকঙৈনে। লনকু তানফং মতুংদা বভ্রুবাহন ঐগী ইমাং শংশংবদা চংলক-ও। নিংথৌ লৈকোই ফম্বা ঐবুদি বেশ্যা হাম্বোইবী মপারীনে হায়না পাউ-মেনবা নাতাবরা? বেশ্যা মপারী ওইবা ঐগী ইমাং শংশংবদা নিংশিং পুক্লিং লৈতনা মিকপলিবা অসিবু তাংজা ইকাই লৈতনা করি তৌরিবনো? য়েং-ও, য়েং-ও, লাম্মী নওাইরোই পুম্নমস্থং ৱায়রা ইতেনচাদা মাংহল্লে। হৌজিক মতম অসিদদি নাপন মাগী ময়াই কাববু নোইহৎলবগা শমু নহকশাংবু মাংহল্লগে। বভ্রুবাহন ঐনা উনবী পুক্লিং চেৎনা নোঙ্গরঙৈদা নাপন ময়াই কানা হোই-য়াবিদে। পুক্লিং নাপন ৱাংববু নমদা হুন্না তাংজা লুরেন কক-থোক্লবা লৈরাং অতিংঙাবু পিরেম ঈচেল কংদনা মিকপলিবা অসিবু মরম করিগীদমকনো? ক্ষেত্রি পাঙ্গল অথোইববু ওইনা পোক্লবদা হুয়েন লানশোকথোবু নমদা হুন্না মালেম লৈমাইথক্তা ওনলিবা অসিবু বেদশাস্ত্র অরুবা হায়রিবগী তৌশিকলা হায়না পাউমেনববু নাতারবদা অর্জ্জুন তেনহৈবদি পায়মা নিংদোন থুকনা

হৌগৎলবগা বৃষকেতু অকনবগী তা'ঙা লুরেনতোন অত্থবু থুলাই লেংদমথক্কা হাপ্লবগা অর্জ্জুন লীরুং মথুংশু গাণ্ডিব য়াইওইববু শমু খুত্তা পাইনা রথ থুলাই মথুংনেৎপু মালং অয়াঙবা চৈরোইনন। থৌজিনখিরবগা বভ্রুবাহন অকনবগী লানফম মা'দা থানা চ খিবে।

ত্রিভুবন মরোল অহুমমক্তা য়াইফ-কোলোয় ইমিংথোংবু চাউনা চৎলকপা অত্থনে। থাইনা লহান নোং কুরুক্ষেত্র লানফম তমথিন্দা শাবৌ মচিন-মনাও চামমক্তা পাণ্ডব ইচিন-ইনাও মঙা-মক্তা থাংলেন খুৎনা ফংনা য়াম্লৈঙেদস্নুং ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণনচিংনা জয়দ্রথ, অশ্বথমা, শমদত্ত, চেকিতান, বালভৌম, ভগদত্ত, বাল্মীক, বিভীষণ, শকুনি, শৌবন, দুর্য্যোধন নিংথৌরেন চিত্রসেন, জয়সেন, দুর্ম্মুখ, বিবিংশতি, সৈত্রসেন, চণ্ডিসেন, চন্দ্রকেতু নিংথৌ পাঙ্গল মখৈ লৈতবা অসি খোবকপু লানফম ইমাং খাঙদনা মঙম্লকপা অত্থনে। কোবৌ নোংমদোনগীস্ন রাক্ষসী হিংচাবা, খোইমোম গন্ধর্ব্ব চৌংঙ, নোংথৌ সরাবেন, মহেশ্বর মহাদেবস্নুং য়াওনা তাংজা লিল-লৈপাকপুস্নুং অর্জ্জুন ঐনা মঙময়ে। স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল লাইজা ঈনা কোয়বিবা তাইবং নোংশাপাল মরোল অহুম্মকপু অর্জ্জুন ঐনা মঙাম্লিবা অসিদা নয়া খোম্লম নম্লিবনা অঙাং নাব্রা ওইবা নংগুম্বনা পাঙ্গল নতিক নত্তন কোলোয় নাপল রাংলিবা অসিবু মরম করিহৌকনো ? কোরৌ অসি নুমিৎমদি অর্জ্জুন ইথুৎ-পাক্তগী থব্রাই নমিরেনবু হেনখিফররোইয়ে। নংগী প্রাণ থব্রাই হাৎনা ইপারী বৃষকেতু অকনবগী মুংশি মৈচাক অকনববু তেম্না হুলব্রাইনগে। চৌংঙ নোংথৌ সরাবেনগী খাণ্ডবন উমং নুংঙাইববু

পার্থ ঐনা খাম্বী মৈগা থাদোকয়ে হায়ববু নাকোং নংগী খোংজাউরেন্দা নাতাদবরা হায়না নোংলেন ঈহৌখোনগুম ঙংনা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা লানকম য়াইদা লাংনা নোংশা মচুম তাগুম চংখিরে।

হুলাই মখুনেৎ রত্ন সনা লুপা চেংলৌ মিৎপু লংনা নিংথি মণ্ডাল নাইবা অতুদা ভোংখৎলবগা থুৎশু মথৌ লৈবা খৈবিকপুম্বুং রথ হুলাই থম্না হাপচেমমে। হুলাই চিথেক মরিমদা হনুমন্ত মশক শাববু চৈরৈ ফিরাল পরেং থেৎ, চান্দুৱা থকখললৈনা য়ান্, মিয়েংশেল হুলাই চাকলেন ওই, রথ মণ্ডাল নাইবা অতুদা আসন মোস্তেক থানা ফমফম্লবগা হুয়েন লানশোকফমদা লাইজ ঈখৌ লাংলবগা লাইজ ঈথক্লবা সনা খুজাই ইখিনতৈ জাৎ শাগৈ ফবা কোরৌ নোংশাকোন মরিদংগা লাঙ্গোই শয়াংথক্তা বথ হুলাই নিংখিববু হাপ্না লীরুং মণ্ডাল চাউবা গাণ্ডিব মথুৎশু য়াইওইববু অর্জ্জুন শমু খুত্তা পাই, নায়াল লেমলৈ ঙারুম শাবনা চুপলেন নাপ্পা লং, কিরিটি লুহুপ মণ্ডাননাই, পাগরী কোকশেৎ লমহাই নাই, পুম্নুং লানপোৎ শেৎনা ফুরিৎ হকয়োম্নরবগা পোহাল থবাক ঙঙ্গোই হেল মন্ত্র মরেং শি, লাইবক খেনলাইথোংদা সিন্দুর ভোমথিল হেননৌ থোই, নগুন শুংদাই অহুমনা হকচাং কৈজৈ লাক্, শায়োং তাপ্পাউ শি, তানচপ মণ্ডাল নাইনা নোপুর খোংশি থোল্লবদা মশাবী ধর্ম্ম নিংথৌরেম্না সন্দেশ ওইনা হুকপিরকপা লৈহাউ পরেং লীক নিংথিবা অতুনা পার্থ হকচাং খাওম্না শয়াং উপোংমৈ থোকপনা ভগুপ ভথোৎ নিংথি পুক্লিং

হুবনা হকচাং মঙাল নাইবদা নোংপোক চীংলুখুমগী সেস্ক্রেং লমহৌ য়াইগুময়ে। পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবগী লৈতেং ফিশেং মনিংথিদো হে জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও! মুনি ইচিনলেন অমতনদি কনা হায়ঙমগবনো হায়ঙমলোই। চীংগু নোংথৌ সরারেনগী মপারীনিগীনা সরারেন মহকশাংগুময়ে। হকচাং থোইনা মঙাল চাউবা অর্জ্জুন অকনবা অহুনা হুয়েন লানশোকফমদা উনবী চৈরং সৈতনা চংলকপা অহুবু চেংলৌ মমিং থিংনা য়েংঙম্বা খৈবিক্তো পুক্লিং অঙক চং, চেংলৌ মমিং কুপ্তনা য়েংনবে।

অর্জ্জুন তেলহৈবদি লানফম খাম্বী মৈশা লাংনা চংখিরিঙৈ মহাক্লা তেনবী লক্ষা লক্ষা থোক্লা কাপচিনখিরবগী লাম্মী মশীং লাকঙমদনা মালেম য়ুবাক ফাইতুহল্লে। অস্থম পার্থ অর্জ্জুন অকনবগী মিংয়েং মতৌ লীকাপ তেনকাপ পুন্নমবু চেংলৌ মিংথিংলবগী লাম্মী লেংনা তিনবা লানফম মাইয়োক য়াঙম্বা খৈবিক্তি পার্থ মাংদা লেপঙমদনা মিপাই হুকচেন্নখিরে। শগোন, শামু, শেকপিন, ভুলাই, চৈরৈ ফিরাল পুন্নমাবু নেম্বী শীংনাং পৈগুম কাপথেক্লবগা বভ্রুবাহন অকনবা মহাকস্থং রায়রা তেন্না থারুরবগী শমু মহক-শাংবু নীক্লা হকশাং য়ুহারাগুম থাংহল্লে। লাম্মী লেংনা তিনবা পুন্নমগী তাংজা লুয়েনতোন পুন্নমদি মালং নোংশিং কনবদা পামেন উনা অকংবনা কেনখিবগুম কোকয়াম লৈমায় শীল্লে। মতৌ পান্দমদি তেন্না মপৈ য়াম্ববু খাম্বী মৈনা কংবহুগুমলে। লানফম কনা অমগী তাংজা, মকোক কক্, অথৌ লিচা হেপ্পা

কনা অমগী খুকলু কাঙ্গোই শম্না তাংজা লুরেনতোন মশেনবু য়াম্না তিম্নরে হায়দবরা ?

অর্জ্জুন ব্রায়রা মতেনচানা নোংলেন মখোং ফুইগুম্নবগী অতিয়া মকোই অচৌববু ইনলেন চাউগোই উপ্ক্রম খুমহৎলবা পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবদি অমরক নোংশা লালাউ খোন্দাম্না তানশিনখিরবগী লান্মী লেংনা তিনবা পুম্নমদি মীয়াম কয়া মরুম্না য়াইবী থব্রাই থা নোংমনখিরে। লান্মী কয়ামরুম থব্রাই লাইখংননা চেনথোকখিরে। হুয়েন লানশোকফম অত্নুদি ঈঙাং লৈতেংননা মীশা লৈখোম ওইরে। ঈঙাং থকফেনঈ অত্নুনা শগোন, শামু মরুতোন্, মীয়াম তাংজা লুরেনতোন খৈবিক্না কাউবী শুমলোই তাউগুম ঈথক চৈরোইননা তাউথরে। অর্জ্জুন লানশোক মতৌ অসিগুম্ববু থাইনা লহান মাংদা চেংলৌ মিংমাং খন্না উখিদরিরে। ব্রায়রা মথুংগু ব্রাংঙা মহাক্না মাইকৈ চিথেক মরিমকপু উপ্না থনলবগী চেংলৌ মিংথোক মন্না অহিং থামন্বগুমলে। পার্থ লানফম মথৌনা অত্নুবু চেংলৌ মিংথিংলবগী মণিপুর লৈকোয় ক্সা বভ্রুবাহন অকনবনা অর্জ্জুন তেলহৈববু কৌনা পাউমেল্লকয়ে—হে পার্থ অকনবা-ও ! নংগী লানশোক নথৌরাং অসিবু করম্বনো ? বভ্রুবাহন ঐঙোনলমবুদি চংলক্তনা লান্মী মীয়াম তিনবা ব্রাংঙাবু য়াইবী থব্রাই হাৎনা নোংমনহনবা অসিবু ব্রারম ওইজথৌ করম্ববু লৈরিবগী তৌশিকনো ? বভ্রুবাহন কৌবা ঐদি লানশোক অস্তুম তৌরোইয়ে। পার্থ কৌবা নহাকমকপু য়াইবী থব্রাই হাৎনা শোক্রবা মহাকমকপু

নমিয়ামপান খৈবিকমকপু চেংলৌ নমিৎ থিৎনা উহল্লগে হায়না ব্রায়রা তেনবুম মরিদংনা খোইমোম মন্ত্র শোন্না কাপখিরে। তেনবী মপুম মবিমা অহুনা হুলাই রথ পুরিবা কোরৌ নোংশা-কোন মরিমবু ককখোকলে। ব্রায়রা মক্তবা অমনা সেকপিন শান্না চোংঙবু কাপথেকলে। তেনবী অথৌবা তরেৎতংনা লীরুং খোংজিত্তোনবু শমথৎলে। ব্রায়রা তেনবুমনা খ্‌বা য়েংশক শাবা ফিরাল লৈতেংপোৎপু শোইথোকলে। থোরম অস্থম তৌনা অর্জুন মিংচৎপবু শমু মখুৎ পান্দবগুম থম্লবগী ধনঞ্জয় তেলহৈবদি কঞ্জাউ ময়াই কা, কম্থি মতোল লোম্না শাউথৎলকলে। ব্রায়রা তেনবুমনা তেনবী চামা থোক্লা কাপখিবম্লুং বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোক্লকপাগী ব্রায়রা মথুৎশুনা শমু মহকশাংবু য়ৌহন্দনা অতিয়া লমথাংমদা তেনবী মতুপ থোক্লা মালেম লৈদা তাহল্লে। লান-শোক মতৌ অস্থম তৌনা য়াইবী থব্রাই কাউ, ব্রায়রা তেনয়াম কাপ্পা শোক্লবদো লানফম ঙমজথৌ খৈবিকপু লৈতরে।

পন্থৌ মপা-মচা অনিমগী লানশোক মৈশাখোন অহুবু চেংলৌ মিৎথিৎলবদা কোরৌ নোংমদোনগী খোইমোম লাইরুপ পুন্নমদি উনবী পুক্লিং ঙক্লা শোংকি মিপাই চংলে। পাঙ্গল মতিক চাউবা পন্থৌ মপা-মচা অনিমদো তিল থোইদিং মরমদবু অব্রা পোথা নাইনদে। কোরৌ নোংথিলনা থাম্লদে। ইম্লুং শোইবা তোক্লদে। নুমিৎ শীংবুম তরেৎনিবু অব্রা পোথা নাইদনা শোক্লববু পাঙ্গল ময়েং তানদে। অনৌ অনৌ পাঙ্গল মম্লাই কানহুম চাউখৎ হন্থোক লৈতনা মশোকনৈয়ে। মতিক

পান্দম লৈতে। শারেন নোংশা খ্ংনৌবা অনিনা পাঙ্গল হকথেং ফংনা লাক্লবগুম কৈরেন চরাম্নবা অনিনা শারেন শামুন তান্নবগুম লানশোক মতোল লোম্নদে। বভ্রুবাহন অকনবনা হে পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈব-ও। নংনা পলেম চিত্রাঙ্গদা অহেনবীবু বেশ্যাশিংগেন তাইঙ্গবীনে হায়না য়াথং ময়েক থোক্লা পাউমেন রাগী বভ্রুবাহন ইখুৎপাক্তা লানফম মাইথি রাবু লেপ্পা মতারঙৈনে। সন্তী মতিক অৱবীবু নিংশিংলুদনা ইম্থোক্লবা নংনদি অৱা মৈশা কনবদা য়োন্দনা মতারঙৈনে। পুক্লিং রাচুম শুবীশিংবু গুণ মতিক মাংহনবা অহুনা হয়েং তুংগী লামন্ মহৈস্নং তাইবং মবোল অহুমক্তা কোলোয় নমিং থিববু ফত্ত রারৈচেন্না মরৈরৌঙৈনে। নমু পোংওইবা পুম্নমনা পুক্লিং রানিন পিবরোইয়ে। রাযবা ইতেনচা অসিনা মাংগী য়াইফ কোলোয় নমিংথোংদো কোবৌ অসি মুমিৎমদা য়োন্দনা মাংহল্লগে। পাঙ্গল মিংচৎ থোইবা নংনদি বভ্রুবাহন কৌবা ঐবু অঙাং খোম্নম্ নম্লিবা নাৱা নথৌনাবু লৈতবনে হায়না মখঙজৈয়ে। অঙাং নাৱা অখূবা ঐগী রায়রা ইতেনচাদা উনবী পুক্লিং তপঙমলোইদৌববু মাল্লে। ঐগী য়াথং ইপাউমেন অসিদো রারম অওইবনে। য়াথং ওইদ-রানে হায়ববু উনবী পুক্লিং তপ্পা য়েংজৌ-ও। বভ্রুবাহন ঐবু হুয়েন শোক্লগে নিংহিক্লবদি পাঙ্গল তেংবাংবিনবা ঈশ্বর কৃষ্ণ মপুরেনগা ভীমসেন অকনবগা অনিমবু য়াংনা পাউকৌরুখো। নিংথৌ রায়রা ইতেনচাবু ভীম কৃষ্ণ অনিমকপু তাইনা রায়রা তেনৱাই লৎপিথিগে। পাঙ্গল থিজিক নিঙাইবা

খুৎশু মথৌ ব্রাৎপা অসিশিংনদি উনবী ঐগী ইনিং থুংনা লান-শোক পুক্লিং পেনফাৎতে। থৌরাং অথিনথৌবু তৌরগুনো। চীংঙু নারায়ণবু য়াংনা পাউকৌহল্লুরো। বভ্রুবাহন কৌবা ঐদি সতী অচুম্বী মপারীনিগীনা খুৎকন পাঙ্গল লীকাপ তেনকাপ পুম্নমবু অনৌ অনৌ মচাউখৎলক্লিবা অহুনে। ভীমকৃষ্ণ অনিমবু পাউকৌরুদনা থব্রাই নমিবেনবু মফম করিগুম্বদা হেনখিগে নিং-লিবনো। ব্রারম অম্নুম পাউমেন-ব্রাবু নাতারবদা ধনঞ্জয় অকনবদি প্রলয় মাংলাইদমদা য়োইময়াই তাউদনবা মুমিৎ তরানিথোই থোইথোকপগুম কঞ্জাউ মথি নাই, কম্থি মখৈ ফং, পুকচেল মতোল-লোমনা মাইকৈ চিথেক মরিমা মহাকপু লানমীৎ কোরি হৌ, অখাবনা হাইনা হাইনা য়েংখিববু চেংলৌ মিৎয়েং তারুবা লান-ফম মাইয়োক য়ারিবা খৈবিক্তুদি থব্রাই মমিরেনবু শমু মহক-শাংদা পকঙমদা মিরেন থাবু খঙ্না চেন্নখিয়ে হায়দবরা?

তাইবং নমু পোং ওইববু ব্রারম করি হায়হৌশিবনো? অর্জ্জুন মমিৎয়েং অসিদি থৌহ্র মুং মকন মহাক্লবু থাঙ্ঙমদনা তুমখিঙৌনে। পাঙ্গল অম্নুম ওইবা অর্জ্জুন অকনবনা কোলোই ময়াথংবু ব্রাংনা ব্রাংনা পাউমেল্লকয়ে। হে বভ্রুবাহন নয়া খোম্নম নম্লিবা নতিক পাঙ্গনম্নুং লৈতরিবা নংগুম্বনা অর্জ্জুন ঐবু থৌওই মীথা লৈতনা য়াথং অরাক তম্লিবা অসিবু অঙাং নাব্রা অসি পংবশিংগী নাপন ময়াই কানা পাইশা। ব্রাবু করম মানবনো? অর্জ্জুন ঐগী ইতিক অরুববু তাদ-ব্রাগী তৌশিক্লা কোরৌ নোংম-লোন্দা কাখিরবম্নুং ইন্দ্র সরারেনবু মঙমলুবা মালেম লৈখাম্নুংদা

চংখিরবমু নাগলোক তাংজা লিল-লৈপাক মহাকপু শমু থুৎথুম চন্না মঙন্নকপা তাইবং নোংশাপা সমক্রু লাইজা ঈনা কোন্নরিবা মথৈ কোলোয় ইমিংথোনবু চাউনা চৎলকপা কৃষ্ণ লাইমরুগী লোয়ন মপাতাউস্নুং মওইবা পাঙ্গল থোইনা চাউবা ঐবু রারম চুমদবনা য়াথং অরাক তন্না মহায়'রিবা অসিবু বেশ্যা শিংলেন তাইজবীগী মপারীবু করম ওইদবনো ? পার্থ অকনবদি গাণ্ডিব লীরুং মথুৎশুবু লিরি খোংজি তিংথৎলবগা রায়রা মাংফদবা তেনবী অথোবা অমবু শয়েংপানবু তিংনা কাপখিববু বভ্রুবাহন মথোক্লকপনা পুক্লিং চিংনা লৈতনা তাংশং হেন্না থওইদনা অত্র লম্মখাংমদা কাপথেক্লবগী ধনঞ্জয় মিংচৎপদি কঞ্জাউ মৈপোক থোক্লে। মমিং কোরি হৌ, পিশুম পাকোই লৈনা য়েং, মুখ মথা চীন্না রায়রা মক্তবা অমবু সনা তেন্দোংমুংগী লোরবগা লীরী তেনগা থোংনা কাপখিহিকপস্নুং বভ্রুবাহন অকনবনা অঙাং সনা থোগুম অতিয়া নোংলোনথক্তা মমাংহন্নে। পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবদি লোইদাম কালেন থাগী কোরৌ মুমিৎ য়ুংখাক্লবগী নোংশা মঙাল নাইগুম্না মাইথোং ঈঙাং হৌ, হকচাং মতু চুং, চুলাই শাথৌ শিনখিরবগা রায়রা অমক লৈতবা মুমিৎ মঙাল অরাববু কোমহানঙম্বা অমবু পান্দম মিংয়েং থৌনা কাপখিহিক-পস্নুং বভ্রুবাহন অকনবনা পুক্লিং থৌওই লৈতনা মকাপথেকয়ে। তেনস্কাপ অচ্ছ মতুংদা চিত্রাঙ্গদা মপারী পাঙ্গল মথোক্লকপা মণিপুর লৈমাবনা রায়রা মক্তবা অমনা অর্জ্জুন চুলাই মথুৎনেৎ মুমিৎ মঙাল অরাববু ঙমজথোইবা মহাকপু রায়মা হাউকাপ

ফংদনা তুলাই মখুৎনেৎ অদুবু মতুপ অনি তাহল্লবগী শৈব্যসাচী তেলহৈবদি খোংমী নমু মী মচংকুম লেপ্লা লৈরবদা অর্জ্জুন হৈনা থাং, তুলাই শাথৌ ইনলিবা নিংথি মতৌ চংখোনবা রথ তুলাই অরোনবা অমত্তংবু কোয়ৌ নোংশাকোন মরিদংগা য়াংনা লৌরকলুরে।

রথ তুলাই মখুৎনেৎ অরোনবদো চোয়নৌ সনা পুম্না লুপয়ে। মিৎয়েংশেন লিক্লাই থাময়ে। হনুমন্ত মশক শাবা ফিরান লৈতেং-পোৎনা তুলাই চিথেক মরিমক্তা লৈতেং মিৎপু লংনা রথ মখুৎনেৎ নিংথি মতৌগুম্ববু লৈতবা অদুদা ধনঞ্জয় পাঙ্গনবনা তুলাই মখুৎনেপু গুরিবা কোয়ৌ নোংশাকোন মরিমক্তো লাঙ্গোই শাথৌ য়াবিদনা শগোন মমাই ওন্থোকয়ে। গাণ্ডিব লীরুং মখুৎশুম্নুং অর্জ্জুন শমু মখুৎপাকতগী মালেম লৈমাইথক্তা লীরুং ফৈনা তাখিববু খঙলৌদে। ব্রহ্মাস্ত্র ব্বায়রা মতেনচাম্নং তেনবী মঙান মকয়ে। চৈরৈ ফিরান য়াইদা য়েকপা য়োংলেন মশক শারিবা থরাই নিংশা পানবা মহাক্লবু নীল্লা নীক্লা চোংনা চোংনা য়োংলেন মশক ওল্লে। থমোই নিংদোন থুক্ চেংলৌ মিৎশা চীং, পানবোম শীংলি হকশাং চোংনা অমঙ্গল য়াইথিবগী থুদম মতৌ খৈবিকপু শুনা থোক্লরবা মহাক্লবু পার্থ লানশোক মহৌশাগী পুক্লিং থৌওই উৎশিত্তনা তুলাই শাথৌ থোইনা হুয়েন লান শোকক্ষমদা চংলবগী ব্বায়রা তেনবী অথৌবা চামাদংবু তেনকাপ ফূইনা কাপশিনথিববু বভ্রুবাহন মহৎশাংদা থাক্লরবগী বভ্রুবাহন অকনবদি কঞাউ মৈরা থোক্লা ব্বায়রা মখুৎশু তেনবী মক্তবা চহুম চহুম দংবু ফূইনা ফূইনা

কাপ্লবগী পুন্নুং চংবী লাকোম্নুংদা নোংলেন ঈয়াম তাবগুম তেঙ্গোন মীয়াম মুৎকে তৌশিল্লকলে। অর্জ্জুন শম্ন মহকশাংস্নুং নীক্লা নীক্লা থাণ্ডম্লবদগী তেনবান অনা কোক্লকলবগা কঞ্জাউ মখৈ লৈতনা নাগ বান তাংজা লীনগী তেনবু কাপশিনখিবথু বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোকলপনা পোনবী গরুব তেনবু কাপ্লকলবগী নাগা অস্ত্র খুৎশু তেন পুন্নমবু নোংলোন অতিংঙাদা মাংহললে।

পার্থ অকনবদি পুক্লিং কঞ্জাউ থোইনা শিব নোংপোক মহাদেবগী ব্রায়রা মতেনচাবু সন্ধান পান্দম য়েংনা ব্রায়রা তেনব্রাই-খিববু চিত্রাঙ্গদা মপারীনা বৈষ্ণব মরনকু ব্রায়বা তেনবী মক্তবা অমনা নিংথৌ মহাকশাংবু য়োহন্দনা তেনবী লেম্ন! মাংহল্লবগী পার্থ তেলহৈবনা ব্রায়রা চক্র শাবা তেনবী অমক লৈতবা অমবু কাপখিহীকপস্নুং বভ্রুবাহন ব্রায়রা মখুৎশু জিনিমুখ কৌবনা কোরৌ নোংথাং লমতুপ্‌মদা মাংহললে। অর্জ্জুন মতেনচা ব্রায়রা শেনখেৎ শাবা অমবু লীরী তেনগা থোংনা কাপখিহীকপস্নুং নিংথৌ ব্রায়রা মখুৎশু লোইদাম থাজ মানবনা নোংলোন অতিংঙাদা কাপথেকলে। অর্জ্জুন খুৎশুতেন ব্রায়রা নাহুন শাবা অমবুস্নুং নিংথৌ মথোকলকপগী তেনবী মরতি শাবনা খুৎশু য়াইদা শম্না মককথোক্লবগী পার্থ অর্জ্জুন মুখৎশু চীংঙ্‌ ব্রহ্মা মরনকু তেনবী অথৌববু কাপখিহীকপস্নুং খোইমোম গন্ধর্ব্ব মনোংয়াইনা চীংঙ্‌ বিষ্ণু তেনবু কাপ্না তেনবী অতিংঙাবু ওইহল্লে। ধনঞ্জয় অথৌবগী তেনবী কাক মচিন শাবা অমবুস্নুং হংস কাংঙা চিনশাবনা বভ্রুবাহন মহকশাংবু য়ৌহন্দনা য়োৎতুম পুমচিন

শাবনা অর্জ্জুন শমু মখুৎশু বভ্রুবাহন অকনবগী ব্লায়রা মতেনচা তেনবী কাউ থাঙ্গোন শাবা অমনা অতিয়া লমথাংমদা কাপথেল্লে। লানশোক মতৌ অস্থম তৌনা অর্জ্জুন তেলহৈবগী তেনবী মক্তবা খৈবিকপু ব্লায়রা অয়েম্বা তেনবী অতিংঙাবু ওইনা মাংহল্লে। বভ্রুবাহন মণিপুর লৈমাবদো বিশারথ অথোইবা মহাকী লৈরাং পান্দম মালয়ে। তাইবং নোংশাপান্দা পার্থ অকনবা মাগুম্ববু কনা লৈবনো ? পাঙ্গল অস্থম ওইবা অর্জ্জুন অথোইবা মহাকপু বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোল্লকপনা পাঙ্গল শীংথাননা নিংলুদে। মতৌ অস্থম ওইনা পম্থো মপা মচা অনি মক্তো পাঙ্গল ময়েং তানদনা হকশাং মশেন য়েংনরে। পাঙ্গল হকথেং ফংনা লাক্লরে।

লানশোক পান্দম্নবা অমদি থায়না লহাননোং খ্বা য়োংনিংথৌ বালি পাঙ্গনবগা স্থগ্রীব মশানৌগা শাবী মচিন-মনাও অনিমনা লাক্লবহুমগুলে। পার্থ অর্জ্জুন মিংচৎপনঃ অমরক কঞ্জাউ মরাঙ হোৌনা লীকং মখুৎশুগী লীরি খেনচোনমদা তেনবী লিশিংমবু ব্লায়রা তেনগা থোংনা কাপখিহীকপবু বভ্রুবাহন মখুৎশুনা ব্লায়রা লমথাংমদা কাপথেকঙম্নবগা পম্থো মপা পোকমাবা অর্জ্জুন মিংচৎপবু কৌনা পাউমেল্লকয়ে। হে ধনঞ্জয় য়াইফবা-ও—নংদি নপারী ঐগী ইমাং শংশংবদা তিল থোইদিং মরমদবু লানফম মাইয়োক য়ানা থাংজঙমদরবা অসিদা পম্থো নংগী পায়মা ঊনকোই নিংগা ব্লারম করি খম্না লৈরিবনো ? পাঙ্গল নথৌরাংবু চমশিল্লকলবা অসিনদি হুয়েন লানশোক ঐবু ঙমজররোইয়ে হায়না পাউমেনব্লাবু নাত্তারবদা অর্জ্জুন মিংচৎপদি য়াইবী কলহৌ নীল্লকপবু

চকমোম খাম্বী মৈরাম্নুংদা ঘিফু থাদ্ট হৈজিনবত্নগুমলে। মাইকৈ চিথেক মরিমক্তা চেংলৌ মমিৎ অনিমনা খানা খানা য়েংলবগা থাইনা লহান মাংদা খোইমৌম পরশুরাম পাঙ্গনবনা তাকপিরম্বা অর্জ্জুন রায়রা মখুৎশু অমগা চীংঙু নোংপোক মহাদেবনা পিনবা খুৎশু মথৌ হেনবা অমগা কোরৌ নোংমদোনগী ইন্দ্র সরারেম্না পিনরকপা তেনবী খোইনা থৌবা অমগা খুৎশু মথৌ হেনবা খৈবিকপু খম্না খম্না রায়রা তেনরাইরবা মহাকতম্বুং কোরৌনোংলোন অতিংঙাদা শমু মহকশাংবু য়ৌহন্দনা মকক্থৎলে। ঙমখৈ পান্দম লৈতে। বভ্রুবাহন কৌবা মঙোন্দদি অঙাং শান্নথৌগুম মথোক্লে হায়দবরা?

হৈ মুনিরেম্না হে জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও। অর্জ্জুন পাঙ্গনবা অসিগা মান্নবা রায়রা লীগু হৈববু তাইবং মরোল অহুমমক্তা মান্নবনিগীনা মাগী হুয়েন লানশোকমাংদা খোইমোম লাই হিংচাবনচিংনা মমু পোংওইবা খৈবিক্তগী লানফম মমাই ওন্দবা পুম্না মহাকপু অর্জ্জুন লানশোক মমাং খা'না কনা লেপঙমদে। খোইমোম লাই তাইবং নমু পোংওইবা খৈবিকী থৌরাং মরৌশিংসুং শুনা মখঙ্‌য়ে। মতিক অস্নম ওইবা পার্থ অকনবা অসিবু মচা মানা পোকপগী মমাং শংশংবদা পাঙ্গল ময়েং তানা থোক্লবা অসিবু অহান মাংদা গঙ্গা দেবী লাইরৈমগী মীচৈ অরুম্বনা তৌশিক রানা মহৈ খুৎশু তেন খুৎলাই য়াইপুবা খৈবিকপু উনবী পুক্লিং ওক্লা মকাউবরা? অর্জ্জুন মহকশাংবু য়েংবদি পাঙ্গল নাপন মরাইদি মাংবিদনা মরৈয়ে। মপারী বৃষকেতু অকনববু হুয়েন

লানশোকক্ষমদা নোংমল্লববু মপারী মুংশিরাদা অর্জ্জুন থরাই মমি-রেনবু থাদোক্লগে তৌররাবু মাল্লে। মতৌ অসুম তৌনা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইবদি থাদোক্তনা মাংখিয়ে। অর্জ্জুন লানশোক অয়িনবা লানক্ষম মমাই লৈদবা অত্থবু উরবগী মপারী নিংথৌ মথোক্লক্ষপদি চকমোম লম্মৈ চাকপগুম শাউরক্লে। চীংঙ, নোংদমথোম খেৎ-ফদবনা তৌশিকলা বভ্রুবাহন নিংথৌ অকনবদি গঙ্গা দেবী মরনকুগী জল লৈমা অহেনবীনা থাজ মচেৎ শাবা তেনবু ওইনা বভ্রুবাহন সনা তেন্দোংমুংদা লৈরুবা অত্থবু নিংথৌ মতিক খঙ্লুদনা শমু মথুৎপাক মহাক্লা অথন্নবা মরম্বু তেনবী থুংনা ফংনা লৌথোকপবু থোকলুবে।

রায়বা তেনবী থাশাবা মহাক্তি পোনবী রাহোংতুনা রায়রা তেন্না চলয়ে। রতন মৈথাং কোন্না চ্বা মিতম য়ালয়ে। লিক্লাই মিংযেংশেন অনিমনা তেনথোং মিৎপু লংয়ে। রায়বা থোইনা থৌবা মহাক্লা হুঁকার খোঞ্জেল ঙংনা, মন্ত্র লাইশোন চৈরোইননা লীরী খোঞ্জেল তিং, লকা তেনমৈ চপ্, লীচীং নারী ফংনা রায়রা তেনরাইখিববু পার্থ অর্জ্জুন অকনবগী রক্ত ঈঙাং থকনিংবনা রায়বা তেনবী মদোম্মনা হুরাউ মথৈ লৈতনা লোইদাম ইঙা থাগী নোংলেন ঈহৌখোনগুম ঙংনা ঙংনা চংখিরে। শঙাইশেন মৈবী পাইগুম নোংশিং চৈরোইননা পাইশিল্লকপা অত্থবু উরবগী তাইবং মরোল অহুমমক্তি অকি পুক্লিং চংনা পায়মা নিংদোন থুকয়ে। পার্থ তেলহৈবা মহাক্তি পাঙ্গল লৌশিং থোক্তরে। মুংবং ঈরৈ চন্না হন্দককী রায়রা তেনরাই পাইশিল্লকপা অসিদা অর্জ্জুন

কোলোয় মিংচৎপা ঐবু য়াইবী থৱাই থাবগে ভৌববু লেপ্পা মালয়ে হায়না অস্তুম নিংথল্লিভৈদা রায়রা তেন য়াইশিল্লকপা অহুদি কোরৌ নোংবু খোন, মালেম লৈবু উপ্পগুম তেনজিল মৈরী থোক্, মালেম লৈবু নীক্কা কোরৌ নোংখাকখোনগুম মুমিৎ মঙানগুম্না চংখিরবগী কোরৌ নোংমদোন্দা লানশোক কুম্মে য়েংবা খোইমোম লাইরূপ পুম্নমনা হন্দক মতম অসিদি পার্থ ভেলহৈবদি থৱাই মমিরেনবু হিংঙম্নবোইবরা খঙ্দে হায়ববু লেপ্পা উরবগী শ্বেত হুম্মাং তুখোং-হৌ, হকচাং মতু চুংনা থৱাই লাইখঙ্নরে। হিঃ হিঃ ধনঞ্জয় লমকেৎপা অসিবু থৱাই লাইশেং ঙমভৈনে হায়বা উদরে। অস্তুম নিংথল্লিভৈদা গঙ্গা মীচৈতেন থাজ মচেৎ শাবা অহুদি তেনবী চৈরৎ লৈতনা চখিরবগী পার্থ তেলহৈবদি পাঙ্গল ময়েং তারবা মহাক্কবু লানক্কম মমাই ওল্লহৌনদবগী পুক্লিং মতোল লোম্বীদা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইববু থাদোক্তনা সনা তেন্দোংমুংগী তেনবী মক্তবা খৈবিকপু রায়রা তেনরাইখিবা খৈবিকপু বভ্রুবাহন মখুৎশু অহুগী রায়বা মতেনজিন্দা চেন্না চেন্না মচংলক্লবগা পার্থ অর্জ্জুন তেল-হৈবগী তাংজা লুরেনতোনবু খঙলৌ ঙমদনা য়েন্দেম থরাম শোই-গুম শোইদোক্লবগী কুণ্ডল মনাশি মহাক্কা থা-নদনা মালেম লৈমাইথক্তা তাখিরে। অর্জ্জুন রায়রা ভেলহৈবা অহুদি গঙ্গা মীচৈ মাংক্ষদবনা লৌশিং পাঙ্গল থোকঙমদববগী লানক্ষম মাই-য়োক্লনা নোংমনখিরে। পার্থ তাংজা লুরেনতোন শমু মহকশাংগা খাইনরবা অহুনা কৃষ্ণ বিষ্ণু রাম রাম হায়না অর্জ্জুন থৱাই মমি-রেনবু মুৎখিরে হায়দবরা ?

থৌরম অসুম তৌনা বৃষকেতু পন্থো মপা-মচাগী তাংজা লুরেনভোন অনিমক্তো হুয়েন লানশোকফমগী লানফময়াইদা লাংনা তেঙ্গোন লৈতেং ওইনা মতারে। তাইবং নমু পোংওইবা খৈবিকতি হা হা মতৌ করিগীমো ওন্থোকয়ে, খোমলেন মংলানচানগুময়ে হায়না লৌশিং মথোক খণ্ডনা উনবী পুক্লিং গুক্লরে। খোইমোম লাই খৈবিকস্থং পুক্লিং ঈরৈ চয়া মরৈরে। লোইদাম মেয়া থাগী একাদশী তরামাথোইনি পানবা সন্ধ্যা সময় মতমদা অর্জ্জুন কোলোয় মিংচৎপনা থরাই হকচাং থাইনববু উরবগী য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবা লোইদাম থাজ পাখংবা অনিমস্থং লুমিং মমায় মকয়ে। থবী মমাই তাইয়ে। তোংচেং কায়নৌ থরাম্মিচাক খৈবিকস্থং লৈচিন নোংফাই য়াংনা থুমহৎ-পতুগুমলে। মালং নোংলৈয়াংস্থ শিৎপিদে। মালেম লৈবাক নীক্লা তেৎনৌ য়ুহারায়ে। কোয়ৌ অহু সুমিৎমদি পোনবী উচেক, য়াউয়ৌ শা পুম্নমস্থং চেক্লা মচিঞাকপু থংবিদে, শজিক নানৌ রায়বিদে। মৈবী শঙাইশেন পাইনা ধুম্রকেতু থোকয়ে। শনি অকনবগী মিংয়েং রাইথুংফমস্থং ওইগুময়ে। গন্ধর্ব্ব অশৈ শকপনা ইশৈ থোঞ্জেল থোকপিদে। বিদ্রাধ জুগোই শাবীনস্থং শমু থুৎথোক নৌবিদে। মুনি .লাইবু নিংবা খৈবিক্লস্থং লাইমিং মহৌশাদা ধ্যান ময়েং তানা থোক্লরে।

জৈ মুনিয়েম্না পাউমেনখিয়ে হে—জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও। পার্থ অর্জ্জুন তেজহৈষগী রাথোক মতৌ ওন্থাকপা অসি য়াথং হায়-

হৌৈঙবু লৈতরে। থৌরম মতৌ অসুম্না অর্জ্জুন তাংজা লুরেনতোন অসিবু নমু পোং ওইবা খৈবিক্লা ফৈবা মতানপক্তা থাঙ্গৎলবগা হা হা ধনঞ্জয় অকনব ও। থৌবম ঐখোয়বু করম ওয়শিবনো? য়াইফ-কোলোয় নমিংথোং মিংচৎ মবোন য়াম্ববু মাংখিরে। তাইবং মরোল অহুমমক্তা শোক্লবস্তুং পাঙ্গল নংগী নয়েং তাববু পুন্না লৈরক্কবনে। চোয়নৌ সনাচৌংদা চৎখিরবস্তুং খোইমোম গন্ধর্ব্ব অথোইবনচিংনা চীংগু নোংথৌ সবারেন অনিমবু শমু খুৎথুম চন্না মঙমলুবা কুবের লনমাবা মহাকপুস্থং মঙমলুবগী ধন লনয়াম খোম্না মবৌরুবা অতুনা ধনঞ্জয হায়না কোলোয় নমিংথোংবু চাউনা চৎলকপা নত্তবরা? লঙ্কা লৈবাক মুংঙাইবদগী বিভীষণ পাঙ্গনববুস্থং অর্জ্জুন নংনা মঙম্নকয়ে। হনুমন্ত ঙমকদবা মহাক-পুস্থং লানফম মাইথি নংহলয়ে। ভীষ্ম দ্রোণ কর্ণনচিংনা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনবুস্থং পাঙ্গল মঙাল চাউবা পুন্নমা অসি খৈবিকপুস্থং অর্জ্জুন নমাং থাংদনা মঙমলকপা নংনা বভ্রুবাহ মথুৎবাক্তা পাঙ্গল নয়েং তানা করম নোংমল্লরবনো? হে খোইমোম নোংদম্বা হবি মপুবেন অথোইবা-ও। নংনা শংলৌ থৌরাং করম তৌনা য়েনলাং ঙমদম পিগে হায়বিবনো? ভক্ত নদাই-বেমশিংবু থৌজাল লনকু হৈবা নতৌ থোইনা মেংবা নংনা লোইন-নপাতাউ নুংচানববু পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবা অসিবু হন্দক মতম অসিদা কবিগী থাদোকপিরবনো? থায়না মাংগী মতমঙম থৌরম মতৌ অকম্বা অসিদা থৌজাল নহৌশাবু তৌবিঙেনে। লংজ মাগী অয়োন-বাবু করি লৈরবগী তৌশিক

ৱানো ? হে খোইমোম নারায়ণ অথোইবা-ও ! নংদি য়াৱা মৱন লৈতবশিংগী মচি লনমরু অচেৎপবু ওইবিরিবা নমু মী অতোন তারবশিংবু লানবিরিবা থৱাই অপকৃমাগী মপুরেনবু ওইরিবা নংমা সুংশি ইস্থোক্লবা অসিবু লানবিগে হায়বগী মীওই লাংওন মশক ওইনা অৱা পোৎলুম থোনঙমদবা খৈবিকপু ওম্না ককথৎপিরিবা হে মাধব অথোইবা নংবু নত্তনা পাঙ্গল ঐখোয়বু করি ওয়সে হাইবনো ? মরম অসিগীদমকপু হে নারায়ণ শিদবা নংবু উনবী পুক্লিং চেৎনা খুরুমজবনে। হে শ্রীভগবন্ত থৌজাল লনকু হৈবা-ও। নংঙোন্দা শমু ঐখোয়বু ইখুৎ লোম্না হায়জবনে। হে শ্রীহরি মপুরেম ব্রজচাঁদ অহেনবা যদু শাগৈরেনগী শিরোমণি তাংজা কোকথকীবু ওইরিবা হে গোপ নিংথৌরেন হে বামন বনমালি গোপালজি অথোইবা-ও ! থৌজাল লমকু হৈবা নংবু নত্তনা পাঙ্গল ঐখোয়গী ওইজথৌৱ পুম্না লৈতরে। ৱারম মতৌ অস্তুম তৌনা লাম্মী লেংনাত্তিনবা খৈবিক্কো পিরেম ঈচেম্মনা অস্মুম ভেংথানবা নঙাইরে। অর্জ্জুন বৃষকেতু অনিমক্তি হুয়েন লানশোকফমদা থৌহু লেঙদ-মুংগুম মরৈরে।

বভ্রুবাহন অকনবগী লাম্মী লেংনা তিনবা পুম্নমদি মুংঙাই মখৈ লৈতনা মীনোক খোঙেল ৱাংনা নৃতক চুকোই শারে। ৱাংলেন পুংয়াম য়ৈনা তেঙ্গোল মনিল নাইরে। বভ্রুবাহন নিংথৌ অকনবদি পন্থৌ মপা অপোকপগী তাংজা লুরেনতোনবু ককথোক্ল-বনিগীনা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদি অৱা মখৈ লৈতনা পুক্লিং

ঈরৈ চলয়ে। হৃরাউ মুংশি থানাওমদনা নিংথৌ সনা য়োইকোমুংদা চংখিরে। ব্রাহ্মণ পুরোহিত মনাউয়োক্তা নম্ মীওই চংখোনবা খৈবিক্লা য়াথং অকথোক্লা লমওকওময়ে। কোলোয় শঙ্গাইনুংগী পত্নি থম্বাল মানবী পুন্নমনা দিহুতি খুত্তা শু ধূপ-মেক্রুক ফান্না ইক্ থাউমৈ মৈরা মণ্ডান নাইনা নিংথৌ য়োইনা থোগন ঙাইঙময়ে। পলেম মমা অনিমনা হে ইপারী চেংলৌ শক্কোই হেনব-ও! য়াইফ মথোই তোংনা লানফম মাইপাক ৱাবু তানফংবা মালয়ে হায়না নিংথৌ মপারীবু খজাই লেংলোই চুপলুবে। মোমনু নুজা পুন্নমাদি হে মহাসতী-ও। অথোইবী-ও! নংদি। চীংঙু থোইনা লাইবক ফবীবু ওইরে। তাইবং মরোল অহুম্মবু ঙমজবা অর্জ্জুন কোলোয় মিংচৎপবু নপারী নিংথৌ মথোক্লকপনা তা-জা লুরেন কক্লা নোংমলহল্লে। বৃষকেতু অহেনবস্থং য়াওনা য়াইবী থৱাই মাংহল্লে। ঈশ্বর কৃষ্ণ মপাবী কামদেব মথোক্লকপনচিংনা পাঙ্গল মথৌ লৈবা খৈবিকপু নিংথৌ মথোংজিন্দা পুন্না থমলে। মরম অসিগী দমক্লা চীংঙু থোইনা লাইবক ফববু ওইরে হায়না অর্জ্জুন কোলোয় মমিং পন্না সতী মতিক থাগৎপবু নাতাববগী উলুপী চিত্রাঙ্গদা অনিমদি লুৱাই মাগী কোইরেনথক্তা কোরৌ নোংশিংজং মহাক্লা ফেম্বরকপা মহাকপু মচিন য়াথং থোকঙমদনা মালেম লৈমাইথক্তা শীংলেন লৈনা খুইগুম তুকথখিরে। মুংশি মথোং খঙদনা অসুৱ ব্রাস্থরমলুখদগী উনবী পুক্লিংশিং অকনবনা কোলোয় থোঞ্জেল ৱাংনা হা হা মতৌ করিগীনো, মরম করিগীদগীনো হায়না

য়োইবু শমু মহকশাংবু হাইহৎ লৈফায় তুববু তোকপিদনা অময়ক মালেম লৈমাইথক্তা তুখিরে।

মুজা মঙাইবোই পুম্নমক্নুং লৈমা চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনিমাগী মুংশি মতৌ উনা উনবী পুকথোং‍কায়না মদোম মদোম মিকপ্পববদা য়োইহৈ লেংনা তিনবীবক্তগী পায়মা লৌশিং থোইবী অমনা নিংথৌ সনা মখোংখাদা অচেন খংলৈ য়াংনা ব্রাকৎলুয়ে—হে নিংথৌ অথোইবা-ও। পলেম নমা সতী অচুম্বী অনিমদি অর্জুন মুংশি ব্রাবু নাতারবদা থব্রাই নিনমাঙননা হাইহৎ লৈফাই তুখিবে। ম্নাইবী থব্রাই হিংবা অমন খমলৈ কুম্বা অনিমবু ব্রারম মতৌ খঙলমদে হাযনা পাউদমলুববগী বভ্রুবাহন নিংথৌ মথোক্লকপদি তগুপ তরেং অচেন খংলৈ যাঙনা পলেম মমা অনিমক্কী যোইবু শমু মখো খাদা ভক্তি চৈবোইননা পুকুম্নবগা ব্রাবম মবেং শিন্না পাউদমজৈযে— হে পলেম ইমা অনিমা-ও! থৌবম ব্রাথোক ওইনা ব্রারম তৌনখিবদি কোবৌ নোংশাকোন লাঙ্গোই চুদা হেনবা অমদ বু মণিপুর ইবৈবাক অসিদা চংলক্লবগী পন্থৌ শংলৌ মথৌবাংদি খঙলুদবগী খোংলোই থৌশি মীশিংনা লাঙ্গোই অবাক তন্না নিংথৌ ইমাং শংশংবদা ফারক্লবগী শগোন মরাইবক্তা লাইবিক খুৎতুম হা লকপবু পাকবদা পন্থৌ ইপা পোকমাবা অর্জুন কোলোয় মিংচৎপগী কোরৌ নোংশাকোনবু ওইরমঙম্নবগী ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোই-বম্নুং হুন্দোক্তনা নোঙ লোইহা-পোৎ সনা লনমরুনচিংনা কোরৌ নোংশাকোন মহাক্কা পন্থৌ ঐবু পোকপনে হায়ববু পলেম ম্নাথং নপাউমেল্লগী খঙ্জরবা অহুনা ভক্তি পুক্লিং চৈরোইননা ম্নাউব্রা

লনয়াম পুনা কৎচরুববু হোইয়াঙমদনা য়াথং অথা কাইনা চৈহৎ-লবগা শমু মখোংফাং মহাক্লত্থম তাংজা ইবাইবক্তা কাউঙময়ে। ব্রারম ওইরবা মহাক্তবু পম্থৌ ঐবু পোকপগী খয়া লৈখোংখাবু চীংঙু লাইবক ফবনা তানফংজরুরে হায়না মনিংজবগী পুক্লিং ব্রাবৌ লৈরুদে। বভ্রুবাহন কৌবা নংদি ইচা ঐনা পোকপবু নত্তে। বেশ্যা শীংলেন তাইজবীগী মপাবিনে হায়না হন্না হন্না মহায়জিল্লকলবগী পুক্লিং কপ্পাউ লাকঙমদনা হুয়েন লানশোক্লবা থোকলুরে।

লানশোক খমথেং অহানবদা লাম্মী মাগা লোইনরকপা লানফম মমাই লৈদবশিংবু নোংমলহল্লে। লানশোক অত্থু মতুংদা বৃষকেতু অকনববু নোংমলহল্লে। লানশোক অত্থুম ওইরবদা পম্থৌ ঐবু পোকপা লাইজ ঈত্থুনবিবা মহাকপু প্রাণ থব্রাই হাৎপা থোকলুরে। ক্ষেত্রি লমচৎ হৌনবদা হুয়েন লানশোক্ল-চিল্লবনিগীনা উনবী পুক্লিং অয়িনববু ঙাকঙমদরে। ব্রারম অম্তুম তৌনা হুয়েন লানশোক হৌনখিয়ে। হে পলেম পোকমাবী-ও! থৌরম অস্তুম ওইবদা নপারী ঐগী লংজ অয়োন ব্রা করম্ববু লৈরিবনো নিংথনবিয়ো হায়না পাউমেপ্পববু নাতারবদা পলেম মমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীনা মুংশি চৈবোইননা পাউমেল্লকয়ে— হে ইপারী বভ্রুবাহন কৌবা মংদি ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইবদি মঙাকয়ে। পম্থৌ নপা অপোকপনে হায়ববু খঙনা প্রাণ থব্রাই হাৎপা অসিদা ধর্ম্ম নয়মচৎ করম্ববু ওইরিবনো?

জৈ মুনিরেন্না পাউমেল্লকয়ে—হে জন্মেজয় নিংথৌয়েন-ও! পলেম মমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীগী য়াথং চৈহৎ-রাদি অম্বুম লৈজহনখিগে। অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবনা হন্দক হুয়েন লান-শোকফমদা নোংমল্লবা অসিবু গঙ্গা মীচৈ অরাম্বনা তৌশীক-রাম্নুং ওইরে। রাবম মন্নুং থংবদি বিধি রায়েনবগী নোংদম মতুং ইন্না মতাববা অহুনে। মচা মানা পোকপগী শমু মখুৎপাক্তা পন্থৌ মপা শাংমাবনা য়াইবী থরাই থানা নোংমল্লভৈনে হায়বম্নুং রাবম কনা খঙলুঙমসে হায়বনো, থৌরম মতৌ অসিগীদমক্তা বিধি নোংদম মবায়েনবু মহেনঙমদবা মকোয়ে। চীংঙু নোংদম-খোন অসিবু কনা হেনঙম্‌দবা অহুনে হায়ববু খঙ্‌না হে নিংথৌ অথোইবা-ও। তাইবং নমু পোং ওইবা অসিবু য়াইবী থরাই হিংনা লৈরিভৈদা থৌরম মতিক ওকপবু তৌজভৈনে। নমু মীহকশাং অসিবু মীপোক পংনা তানকংঙমদে হায়ববু খঙনা ভক্তি ধর্ম্ম অচেংপবু খঙনা পুক্নিং লাইরেক চনফবোই। ভগবন্ত ঈশ্বর মপুরেনগী মতিক অকবা খোইমোম কোলোয় মমিংথোংবু মতম পুংজা নাইদনা শোঞ্জভৈনে। তাইবং নমু পোংওইবা ঐখোয়বু অসি হয়েং হোজিক হৌরেল নাইদনা পাল্লিবা মশেননে। কাল তমথিবনস্নুং অফ-ফত্তশীংদি মথাজিল্লকলবা অসিদা তালোই মরুম সুংচানবী মপারী মমোম নুংওনবী মরন পুকৈ থনবা পুম্নমবু নুংশি হলরাই য়েংলমদনা মচৎখিবা মশেননে। য়াউরা লনমরু তোংজা মরম্নাইদি চীংঙু গোবিন্দ মতোম্মবু হেন্দরে। থৌরম অসি খঙবশিংনা খুভম মানা পাম্ববু হেন্দরে। রারম

অসিগীদমক পুক্লিং হেরা থৌবু তৌগুনো। ওইজ তোংজা থৌবু কৃষ্ণ লাইমরু পুনা ঙাইরে। য়াইবী থব্রাই হিংনা লৈরিঙৈস্নু অমন খমলৈ কুমখিরবস্নুং ঈশ্বর মপুরেনবু হেন্দরে। ব্রারম অসি খঙনা চূপলেন নাপ্প য়ুংনা নাতারিবা মীওই লাংওনবু চংখোনবশিং-ও! চৌংঙ্ মতিক শকপা কৃষ্ণ মিংলেন শোনববু পুক্লিং অতন নাইগুনো। মহাভারত অখোইবগী ব্রারী পরেং শীন্না তেংগাখিবা অসিদো অমৃত লৈহী অথুম্বনা নোংলেন ঈনৌ ওইনা চুথরিবা অদুনে। ব্রাবম তাজ ফংলবদি লাইথুং পোৎলুম কোকপা পুণ্য মথোইতোংবনচিংনা পুন্সি চাহি চাবনু তান-ফংজৈয়ে। ভারত পুবাণ অরিবগী নমু মীরোন ওইনা শান্তিপুব সেনগী মপারী গঙ্গাদাস সেন লৌশিংবনা ব্রারী পবেং থিনা লেংথোক্লময়ে। হে সাধু চৌংঙ্ লাইবক ফবা খোইমোম লাইবু নিংবশিং-ও। নংখোইদি নচিন হরি হরি শোন্না নাতাবিয়ো।

হে শ্রীমদনগোপাল। নচু শংবানবা-ও! নিংথি লৈতেং ওইরিবা ফিগে সনা শেৎপা, শিংলেন মালা পবেং লিকপু হকশাং খাওন্নবা মাধব শ্রীকৃষ্ণ অহেনবা নংবু হেন্দরে। তাংজা কোক্তা থোংনা অধ্যায় তরানিপান শুবা বিরচন তরামাপন শুরকপা পুণ্য মরম পুন্নমবু য়াথং মরেং শীন্না তেংথারক্কে। জন্মেজয় নিংখোরেন্না পাউহংলকয়ে—হে জৈ মুনিরেন-ও! পলেম মমা অনিমনস্নুং বভ্রুবাহনবুস্নুং ব্রারম করি হায়না চৈহৎপা থৌরম করম তৌনা য়াকহৎপনো? বভ্রুবাহন অকনবস্নুং পন্থৌ মপা অপোকপগী য়াইবী থব্রাই হিংনবা শংলৌ করম থৌরাংবনো

হায়না পাউহংজবগী হোইদা হে নিংথৌ অথোইব ও। ঊনবী পুক্লিং তপ্না নাতা-ও। মতৌ অস্তুম তৌনা চিত্রাঙ্গদা অচুম্বীদি থরাই মমিরেনগুম্বা পার্থ অকনবা মহাকপু লেপ্না নোংমল্লে হায়ববু নাতারবদা খাম্বী মৈ তবেং অবাবদা ঘিক্ থাউ হৈজিন-বগুম নুংশি কপ্পাউ থোইনা পাউমেল্লকয়ে— হে দুবাচাব লমচৎ মতৌ থোইনা ফত্তববা বভ্রুবাহন কৌবা নংনা পম্থৌ নংগী লাইজা ঈল্লুনবা মহাকপু মচা মানা পোকপবু ওইবা নংনা করম য়াইবী থরাই হাৎপা পম্থৌ নপা হাৎপগী পারী শমু নহক্শাংদা পাপ ফম্বী ওইনরিডৌনে হায়বগী পুক্লিং চিংনা রাম্বুং করম লৈবনো ? নিংথৌ ইপারী-ও ? নংনা পাঙ্গন নিপা থোকয়ে হায়না কোলোয় নমিং চৎলে হাযবিবা অসিবু শিংলেন অরেম্বা মিংচৎ লৈবাং অতিংঙাবু মওইরডৌনে হায়না পাউমেল্লবগা অলঙ্কার লৈতেং পোংলোয় পুম্নমবু লৌথোক্লবগা হে প্রভু ইবুংঙো। কোলোয থোইনা মিংচৎপ-ও কোবৌ অসি নুমিৎমাগী মথৈবু চেংলৌ ইমিৎ অনিমা অসিগী মিৎয়েং রাইথুংফম্বু লৈতবে। তাইবং নোংশাপান অসিবু লৈরাং অতিংঙাগুম মনিংলে। অভাগিনী চীংঙু লাইবকথিবী ঐখোয়বু নমদা হুন্না মফম করিগুম্বদা চৎখিববনো ? হে স্বামী অবোইবা-ও ! নংবু নত্তনা তাইবং নোংশাপান অসিদা নুংশি পোথাফম্বু লৈতনা করম পাললৌ-শিবনো ? হে বভ্রুবাহন ইপারী নংবু ওম্থোকয়ে। পায়মা নরৌশিংবু করম লৈতরবনো ? কল্লকয়ে। স্বামী ঐবু লোইবা অসিগী মশাবী ধর্ম্ম নিংথৌরেনগা ভীমসেন অকনবগা সহদেব

নকুল মরিমনা ব্বারম নাতাখিরবদি থৌরম করম তৌগবনো? কুন্তী সতী অচুম্বীনস্নুং মপারী নুংশি-ব্বাগী য়াথং ফত্ত অখাথোক্লা চৈহৎঙৈনে হায়বস্নুং করম নিংশিংলুদবনো? কোরৌ নোংশাকোনবু যজ্ঞ শগোন ঙাক্লা চৎখিবগী অক মহৈ ওইনবা ধর্ম্ম নিংথৌ-রেন্দি চাকহেন অরূবা মহাকপু চেৎনা হেনহৌয়ে হায়না নাতায়ে। অর্জ্জুন ঐবু লোইববু য়াইবী থব্রাই মাংহল্লবা অসিদা থৌরম অসি খৈবিকপু হে ইপারী বভ্রুবাহন কৌবা অসিনা শিংলেন অরেম্ববু ওইহল্লে। মহাপাপপু হেল্লবা শমু নখুৎতোন অসিনা পম্মৌ নংবু পোকপনে হায়ববু খঙনা তাংজা লুরেনতোনবু করম ককলুবনো? পুক্লিং ব্রাখল লৈতবা পায়মা লিংচেল ফত্তবা নংগুম্ববু গর্ভ ঐগী পিবুকনুংদা চংনা করম তৌনা নাউনৌরবনো? পম্মৌ নপা হাংপগী পুক্লিং অব্রা লৈতববু ওইরবদি পলেম নমা চৌংঙু লাইবকথিবী ইবিঙাগী পারী নমাং শংশংবদা তাংজা ইবিংঙাগী লুরেনতোনবু ককথৎলররো। পম্মৌ নপানে হায়ববু খঙদরবা খাম্বী মেতাস অশিবগুম্ব নংনা য়াইবী থব্রাই হিংনা লৈরিভৈ অসিদা কোলোয় নমিংথিববু তোকফররোইয়ে। য়াইবী থব্রাই থংনা নোংমলখিরবস্নুং নরক পুখ-কোমদা তারঙৈনে হায়না অর্জ্জুন মশাবীবু নুংশি-ব্বাগী মপারীগী নিংথৌ মতিক অথোইববু য়েংলুদনা নমু মীমাং শোম্মা নোইহৎলে। মতৌ অস্তুম ওইরি-ঙৈদা পলেম উলুপী লোম্নবীনা তুংগী মহৈ অচেৎপবু খন্না পাউ-মেল্লকয়ে—হে চিত্রাঙ্গদা অচুম্বী-ও। ইপারী নুংচানবা নিংথৌ লৈকোয়কম্ববু য়াথং অথা কায়না চৈহৎপব্ব তৌহীগনো? থাইনা

লহান নোং প্রাণনাথ অরোইবা অর্জ্জুন ব্রায়রা তেলহৈবনা হায়রম্বা ব্রাবু লৈবনে ? ঐনা লানফম তমথিবদা নোংমল্লে হায়ববু তাঙনা শানখংনবা শেনবী কবো হৈগী তাউজিং হৈপাল মাবু য়াথং ব্রাশক্লনা থারমগে। তাউজিং ইনাউয়োক অসিবু ব্রাশক য়াথং কাইফরোই। থব্রাই ইমিরেনবু লৈতরে হায়না নাতাবদা তাউজিং মনা অমবু লৈরবদি ম্বাইবী থব্রাই শিদরিয়ে হায়না লৌশিং পান্দম খংন-ও অসুম পাউমেনববু লৈয়ে। য়াঙনা মিৎয়েং শানখৈকসে হায়না তাউজিং হৈপান তানয়েংলুববু হৈবাং মনা অমবু খাক্লনা তাউজিং পুম্না কংঙম্নবগী চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনিমদি থব্রাই লাইখঙননা মালেম লৈমায়থক্তা থিকলেন থাগা ফুনা তুখিরে।

উলুপি নৌশিংবীনা হে চিত্রাঙ্গদা অহেনবী-ও। ব্রারম অসিবু নিংথৌ ইপারীনা তৌশীক ব্রাপুনরোই। স্বামী অরোইবা মহাক্লা মতৌ অয়োন লৈরবগী থৌরম থোক্লব্রাবু মাল্লে হায়না অসুম নিংখন্নরবগা লৈম্না পুকনিং ব্রাচুমশুবী অনিমদি মুক্তা লেংনা চৈনবা পুম্নমবু ঙাইরোইননা হুয়েন লানশোকফম্ব তাম্না মিপাই হুকচেম্নখিববু অর্জ্জুন মশাবীবু শমু মহকশাংগী তাংজা লুরেনতোনগা তিন্নদনা লৈঙম্ববু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী স্বামী কোরৌ মনোংথৌগী হকচাং মচু ওন্, উংফুল লৈদা পক্, ঈঙাং লৈতেংননা লৈঙম্ববু অহুবু উরবগী শমু মখোংফাং লৈরাং অতিংঙাবু ওইরবা অনিমবু ফৈরা মতেনপক্তা থাঙ্গৎলবগা তাংজা ইকাই নমদা হুন, চৈরৈ মফি শেৎঙমদা, তাংজা মশম খোমঙমদা, শমলাং ফাথাননা

মীকপলে। হা হা প্রাণনাথ অরোইবও! হস্তিনা লৈবাক অতাম্বদগী মণিপুর লম্না থাপ্পা অসিদা নপারী নাব্রা অথুবা অঙাং খোমনম নমলিবগী শমু মথুৎপাক্তা করম নোংমল্লবনো?

থাইনা লহান নোং দ্রুপদ নিংথৌবেন্না মমোম দ্রোপদী অহেনবীবু কাউচানগে হায়ৰেদা নিংথৌ লৈকোইফম্বা খৈবিকপু পাউকৌবরবগা য়াথং ব্রাশক থোইনা পাওমেনয়ে—রাধাচক্র অকনববু দ্বার থোঙলেনখৈদা পুন্না থম্ববু ঙম্লবা নিংথৌ পাঙ্গল থোইবা অহুদা দ্রৌপতি অচুম্বীবু কাউচানগে হায়না ব্রাশকলুববগা রাধাচক্র অকনববু পাইহনবদা নিংথৌ কনাগুম্বা অমতনা চক্র কনা লেঙ্‌ঙমদববু প্রাণনাথ অবোইবা নংনা অব্রা ইশৌ লাংদনা তেবা মপৈ য়াংগুম রাধাচক্র অকনববু থাংনা মপুনঙম্লবগী দ্রুপদ নিংথৌরেন্দি পৃিং হরাওহোইনা মমোম দ্রৌপদী অহেনবীবু হে স্বামী অথোইবা নংঙোন্দা কাউচানবা নত্তবরা? মরম অহুগী দমকপু নিংথৌ লেংনা তিনবা পুন্নমনা থৌরম ব্রাশক থৌদি ঙমলুদনা পুক্লিং থন্‌বন্ ব্রাগী পার্থ অকনবা নতোম্মদা ব্রাথোক লম্না হৌরকপা খৈবিকপু পাঙ্গল নখুৎপাক্তা লানকম মাইথি নংহনবা নংনা মরম করিগী দমক হৌজিক মতম অসিদা নচা নংনা পোকপগী অঙাং মথুৎপাক্তা থব্রাই নমিরেনবু করম থাদোক্লবনো? ব্রারম মতৌ অমস্তুং চীংঙ্ গোবিন্দ মথুৎপাক্কী সুভদ্রা অহেনবীবু খুৎঙম থীনা মুললুরবগা সুভদ্রা গর্ভ পিবুকন্নুংদা নপাম্নী অভিমন্যু লমকেৎপবু নাউনোবা নত্তবরা? থৌরম লৈবা খৈবিক্তা য়াইফ নমাং থাংদনা মঙমলুবা থব্রাই মপুরেন নংনা

পাঙ্গল মতিক মতুনা লৈরাং অতিংঙাদা পংনা নোংমনলবা অসিবু কল্লকয়ে।

থোৱম মত্তৌ অমস্তুং বিরাট মরৈবাক্কা মুমিৎ নিংথা হেন্নবা চেংলৌ নশক ওন্না লোৎলুঙৈদস্তুং কৈদা চৈরৈ কিশেৎমনা কাউয়েন য়ামঙাকলুঙেদস্তুং বিবাট নিংথৌ মপারী উত্তম মথোক্লকপবু লাঙ্গোই শাথৌববু ওইনা ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণ, অশ্বত্থামা, বিকর্ণ কৃপাচার্য, দুর্যোধন নিংথৌবেম্নচিংনা শানৌ-মচিল মনাও চামবু উববগা উত্তব নাৱা অথুর্বাদ অকি পুক্নিং চংলবগী দুলাই নিং-হুলনববগীদা হে প্রাণনাথ অবোইবা নংনা শমু খুৎঙম খিনা ক্ষারুববগা দুলাইশ। শানিং তোংহল্লবদা কোলোয় মিংচৎ থোইবা নংনা দুলাই শাগোক তো না ৱায়য়া নংগী নতেনচাদা পাঙ্গল লৈবা খৈবিকপু মঙমলুববগী বিরাট কাউয়েন মষণচা পুম্নমবু থোম্না লৌবিরম্বা হে ইবুংঙো পাঙ্গল নঙানচাউবা নংনা হুয়েন লানশোকক্কমগী উৎফুল নোংলৈথক্কা নপারী বৃষকেতু অকনবগা পন্থৌ নপা-নচাবু নমু মীমাচমগুম করিগী হকশাং অরেম্বু ওইনা করম লৈঙম্নবনো হায়না কন্না কন্না অর্জ্জুন থরাই মমিরেন হিংলরোই-দববু শংশং তাঙন, মউরবগী বভ্রুবাহন মপারীবু কৌনা পাউ-মেল্লকয়ে—হে বভ্রুবাহন কৌবা-ও। পাপী লমচংনবা নংবু করিগী পুক্নিং চিংনরিবনো ? পন্থৌ নংবু পোকপগী তাংজা লুরেম-তোনবু ককলুরবদা পুক্নিং চিংনা ৱাবু লৈতরবা অহ্নে। থাংশাং নথুৎঙ অহ্না পলেম নমা ইবিংঙাগী তাংজা লুয়েনতোনবু য়াঙনা ককথৎলরো। তাইবং নোংশাপান অসিদা ইপাবী নংগা মান্নবু

অমা লৈতরে। ব্রারম মতৌ অমস্তুং থাইনা লহানবোংদা পরশুরাম ভৃগুপতি কৌবনস্থং পম্বৌ কোলোয় ময়াথংদগী পলেম তাংজা লুরেনতোনবু ককথৎয়ে। অদু লৈরাং মতম মানগুম নংস্মুং তাংজা ঐখোয়গী লুরেনতোনবু ককপদা পুক্লিং চিংনবৈবু লৈতরে হায়না চেংলৌ ইমিং থিৎনা উরে।

হা হা অর্জ্জুন ইশাবী থব্রাই ইমিবেনগী ইবুংঙো-ও। নংবু নগুনা নুজা চীংগু লাইবক থীরবী ইবিংঙাবু কবি য়াইবী থব্রাই হিংনা লৈরসিবনো হায়না থমোই মৈচাক থোইনা তেংথারবগা কোলোয় অমরক হন্না বভ্রুবাহন মপাবীবু কৌনা পাউমেল্লকয়ে— মহাপাপ অথোইবদা উনবী পুক্লিং চঙ্লবগী মণিপুব নরৈবাক অসিদা লৈঙম্নরোইয়ে, হস্তিনা লৈবাক নুংঙাইববু ইন্দানখিরচৌ। হে কৃষ্ণ সনা মখোংখাবু উরবগা অর্জ্জুন থব্রাই মমিবেনবু থাইনবগী নুংশি মৈচাক কোকডমগবরা থঙ্দে, পম্বৌ নপা হাংলবা নংগী চেংলৌ নশক য়েংন৷ লৈঙম্নরোইএ। রুক্মিণী, সত্যভামা, সুলক্ষনা, জম্বুবতী, কুন্তী, দ্রৌপতী, দেবকী য়োইবু লেনা তেনবী মখোয় অসি খৈবিক্তী খুয়া লৈখোংখাদা য়োইনা পুরুমজরুরবহুম নুংশি থোকাউঙমঙৈনে হায়না পাউমেনববু নাতারবদা মপারী বভ্রুবাহন অকনবনা ভক্তি পুক্লিং অনোনবনা ব্রাহোমজরকয়ে— পলেম ইমা নবিঙানা কোলোয় ইয়াথংবু উনবী পুক্লিং ভপ্না নাতাবিয়ো। ইতৌ অরানবা ব্রারম পুন্না লৈখিদে। ঐগী লংজ মতৌ থঙল-বগা য়াথং অখা থোক্না চৈহৎপি-ও।

থৌরম মতৌ অহানবদা পম্থৌ ইপা পোকমাবনে হায়ববু শংশং তাওমা খঙ্জববগী যজ্ঞ মণ্ডমশা মহাকপু পুনা মালেম লৈদা তু, পুক্নিং ভক্তি চৈবোইননা কংচকববু লানফম মীয়াম-মাংমহক্তা তাংজা ইরাইবক্তচুম পম্থৌ য়াইবী কলহৌ নীক্লা খোংপাক চৈথা কন্না কাউওময়ে। ভক্তি কোলোয় ইয়াথংবু নাতাবিদে। লমচৎ মতৌ অসুম ওইরবা মহাক্তবু পুক্নিং ব্রাবৌবা লৈকদে। পম্থৌ শমু মখোংখাদা য়াথং অগেংবা পুক্নিং অনোনববু চৈরোইননা হন্না হন্না পাওমেঞ্জববু কঞ্জাউ মখৈ লৈতনা পলেম নমা বেশ্যা হাম্বোইবী শিংলেন তাইজবী মপাবী নংবু পাঙ্গল নতিক লৈত-বগী তুয়েন লানশোক কীবনা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম অথোইববু শমু নমদা হুন্না অর্জ্জুন ইপাবানে যাথং শবিরাদা পংনা পাউমেনলবনবিগৈদা করিগীনো হায়না সভা মীয়াম মাংদা য়াথং অথা থোক্লা চৈহৎয়ে। অর্জ্জুন ঐগী ইপারাদি তাইবং মবোল অহুমমক্লা শংশং তাংনা খঙ্লিবা শুভদ্রা পাযমা লিনকোইগী অভিমন্যু পাঙ্গল মপা লৈতবা অতুনে হায়না য়াথং পাউমেন-ব্রাদগী হুয়েন লান শোক্লখিবদা পম্থৌ শাংমাবা অর্জ্জুন তেলহৈববু লানফম খুদোংথিবা মহাকপু থোকখিরে। হে পলেম সতী অচুম্বী-ও! নংবু নপারী. ঐগী লংজ অয়োন য়েংদনা পংনা য়াথং অথা থোকপিগনো হায়না পাউমেঞ্জবগীনে। তৌইগুম থৌরম অমা অমা ওইরবসুং চীংগু লাইগী নোংদম্না পম্থৌ ইপা হাৎলবনিগীনা মিংথি ব্রাবৈ চন্না মহাপাপ অথোইববু পুনা নরক ফম্বী ওইনগে তৌববু শমু

মাংদা থানা মরৈরে। হয়েং মীওই লাংওন অমবক্তা পোক্লকঙৈনে হায়ববু পুম্না লৈতরে। পন্থৌ ইপা শাৎমাবা অর্জুন ভেলহৈবা অসিবু শ্রীকৃষ্ণ শিদবগী লোম্বন মপাভাউ অচেৎপা মহাকনে হায়বসুং শংশং তাঙ্না মখণ্ডজরে। পলেম চিনকোই নয়াথংনা য়াথং হায়হৌভৈবু লৈতবে। নপাবী মহাপাপী ওইববা ঐবু লান্ন-থোঙজিন লৈতরবা অহুনে। ব্রাথোক মতৌ অমসুং ইপন ধর্ম্ম নিংথৌরেম্না য়াথং সিদ্ধি থোক্লা চৈহৎঙৈনে। ইয়ু কুন্তী হন্নু ময়াই কারবীনসুং নুংশি মখৈ লৈতনা থম্মোই মৈচাক থোইবঙৈনে খোইমোম নোংদমখানবু হেনগুমদরে। পন্থৌ ইপা হাৎয়ে হাযবগী তাইবং নোংশাপান্দা তন্বা নিপাক্প মোমসু নুজা ওইবী পুন্ননা য়াথং মীনোক চন্না চৈনঙৈনে। গুপ্পা মফম করি করিগুম্বাসুং ঐগী য়াইফ থোবম লৈরব্রোইয়ে। হা হা হে কৃষ্ণ থোইখোইবা-ও ! পন্থৌ য়াইবী থব্রাই হাৎকে হায়বগী লৌশিং ব্রাথল পোকহনবা অসিবু নংনা থৌজাল লানগোনবি-দবগী তৌশিক্লা হায়না পাউমেঞ্জববগা মহাক মতোম্মগী শেংনা মবমচৎপু পায়মা উনবোইনুংদা ওন্না ওন্না নিংখঞ্জরে। পন্থৌ ইপা হাংপগী মহাপাপ অথোইবা অসিবু থৌরাং মতৌ করম কোকশিবনে। ? ব্রারম অমা অমা ওইরবসুং শমু ইহকশাংবু মালেম লৈমানুংদা চংনা ইদোম য়াইবী থব্রাই থাদোক্লগে। থোরম মতৌ অসি নত্তনা থব্রাই য়াইবী শিদনা লৈরবদা অফ মহৈ করি লৈবরোইয়ে। অমুম নিংথঞ্জরুবগী বভ্রুবাহন পাঙ্গনবা মহাক্লা অমন থমলৈ কুম্নবা শংলৌ মথৌরাংবু শীওবী ভামজৌ

পৈ, ঘৃত থাউফু মশীং খিঙমদনা হৈজিল্লবগা খাম্বী মরাং হৌনা চাকহল্লে।

অস্তুম উনবী পুক্লিং লেপ্না চকমোম মৈরীমুংদা চংনা চোংশিল্লগে হায়না শংলৌ থৌরাং-ব্রাবু পলেম মমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীনা চেংলৌ মিংখিংলবগী হে ইপাবী-ও। নংবু পাপ থৌরম অরুম্বাবু তৌন কয়ম য়াইবী থরাই থাদোক্কে হায়না লাংলিবনো? পন্থৌ নপা হাৎলবা মথক্ত। নহাক নতোম্মগী থব্রাই নমিরেনবু লৈবাং অত্তিংঙাদা হকশা, অবেম্ববু ওইনা মাংলগে হায়না মহাপাপ অচৌবা মথক্তা পাপচু মথৈ লৈতবা মহাকপু শংলৌ অমরক থৌরাংলিবনো? মরম করিগীনো? ব্রাথল মরৌশিংবু লৈয়িগীদি পন্থৌ ইপা হিংনবা থৌরাং পাঙ্গল অচেৎপা কবম্ববু লৈরিবনো হায়নচুম উনবী পুক্লিং তপ্না নিংশিংঙৈনে। খাম্বী মৈরীমুংদা চোংশিনগে অস্তুম নিংখল্লিবা অসিবু মরম কবিগীনো ওস্থোকয়ে হায়না পলেম মমা রাণীখবী চিত্রাঙ্গদা অচুম্বীনা মপারীবু উনবী পুক্লি তপহল্লবদা তাংজ। লিলা চন্তু উলুপী পলেম মমা লোম্নবীনা হে চিত্রাঙ্গদা অচুম্বী-ও। ইপানীগী য়াথং মশাউমেনবু নাতাবদি মতৌ অয়োনবা থৌবম অবানবা মহাকপু কয়া লৈতে। ব্রারম অসিগী দমকপু পংনা য়াথং চৈচৎপি-ঙনো। হে বভ্রুবাহন ইপারী নংস্তুং খাম্বী মৈরীমুংদা চ না করিগী নোংমমলুগবনো কোলোয় ইয়াথংচুম উনবী পুক্লিং তপ্না তাউ-ও। পন্থৌ য়াইবী থরাই হিংনবা শংলৌ থৌয়াং থিন্দনা পাতালপুর মালেম লৈথামুংদা চঙনা অমৃত মণি য়াইরেন শিদববু লৌরু-

ঙম্নবা পন্থৌ ইপা তাংজা লিলা নিংথৌ আনন্তশেষ তোকলেন লিশিং পানবা মহাক্কা পলেম নমা ঐগী কোলোয় ইমিংথোংবু খংহল্লু ও। মণি য়াইবেন শিদববু য়োন্দনা পিরকঙেনে। অমৃত শিদ-লৈহি অথোইবা মহাক্কা লৈবিবদি ইপন তাংজা লিলা-নিংথৌদি লৈখিস্লুনো। কর্কক তাংজা লিলা অঙম্বগী তাংজা মতোকলেন্দা মণি যাইবংচান মহাকপু লৈয়ে। কোলোয় মমিং-থোংবু বাস্থকী হায়না কৌবা তাংজা লিলা অঙম্বদা অমৃত শিদমহি অথোইবা মহাকপু মশীং চানিপাল শুনা লৈয়ে। তক্ষক তাংজা মতোকলেন্দা নব সহস্র মশীং মাপন শুনা লৈয়ে। শীঘ্র তাংজা লিলা অঙম্বদা মণি য়াইব'চানবু হাজাব লিশিং তরা শুমা লৈয়ে। আনন্ত লিলা মতোকলেন্দা লৈরিবা মণি য়াইরেন শিদবা অমৃত লৈ মহি অথোইববু মশীং থানা কনা হায়ঙমসিবনো ? পাণ্ড হায়না কৌবা তাংজা অঙম্বদা য়াইরেন লিশিং শুনা লৈযে। মহাবিতভা হায়না কৌবা লিলা মিংনাইবদা লৈরিবদি মণি মশীং লাক্কা হায়-ঙমলোইয়ে। নাকেথব তাংজা মতোকলেন্দদি অমৃত লৈ-মহি অথোইবা মহাকপু মশীং চামাতবানিথোই শুনা লৈয়ে। চিনকোই য়াথংমুংদগী খাম্বী মৈবী থোক্লকপনা তাইবং নোংশাপানবু পুম্না থনঙেনে। ভাস্কর লিলা মিংচৎপদি মশীঙ চামাতরামঙা শুনা লৈয়ে। আনন্ত তাংজা লিন-নিংথৌগী লিলা মতিক অরুববু কনা হায়হৌসিবনো ? ফেনা তোকলেন লিশিংথক্কা নারায়ণ শ্রীকৃষ্ণ অথোইবা মহাক্কী কম্বী যিমঙইননা তাইবং নোংশাপান পুম্নমবু পুনা লিলা শান্নরিবা অতুনে।

ভাংজা লিমৈবাক পাতালপুর মুংঙাইবা অমুদা হৌজিক লিলা মমিং থাখিবা ভাংজা মকমলেন্দা হুয়েন খাম্বী মৈশা কনববু পাম্নমা মখোয়গী মনিংশানা কামথোক্লকপবু তাইবং নোংশা-পান্দি লৈখিস্নুনো। গন্ধর্ব্ব পাঙ্গনবনচিংনা খোইমোম লেংবা তিনবা পুন্নমনা কনা উনবী পুক্লিং তপঙমদবা অমুনে। থৌরম মতৌ অসিগীদমক্লা মণি য়াইয়েন শিদবা মহাকপু লোকুঙমোইবরা খঙদে। শংলো থৌবাং ঙম্বনা থোকয়ে। অমৃত শমু খুৎথুম চললুরবদি য়োন্দনা পম্বো নপা ইবুংঙোবু য়াইবী থবাই হিংঙৈনে পায়মা ঐগী উনকোইনুংদা নিংখললুববু ভাংজা লিনগী মরূপপু পাঙ্গল খুৎথুম চম্নবা মিৎয়েং শানথৈরুদে, থৌম্নাং মতৌ খঙলুদে।

হে খোইমোম নোংদম্বা-ও। চৌংঙু নথৌথাবু করম নোংদম-লিবনো হায়না পাউমেনববু নাতারবদা হে পলেম ইমা নংদি লিলা মরৈবাক্তা চংলুগে ভৌবগী থৌরম পোৎলুম পুনা নিপচিল-লুরে নপারী ঐনা পায়মা উনকোইশুংদা নিংলুবদি ভাংজা লিম্নৈপাক মহাকপু হুয়েন লান শোক্লকুবদি মণি য়াইরেন শিদববু পংনা পিরকলোইয়ে। থৌরম মতৌ অসিগীদমক্লা ঐবু মালেম লৈখানুংদা চংনা হুখেন লান শোক্লরুরে। পলেম নমা ইবিংঙাদি পম্বো মহকশাংনা লৈরিবা সনা য়োইকোনমুং অসিবু চেৎনা ঙাক-ঙম-ও। পম্বো য়াইবী থবাই হিংনবা পাঙ্গল নিপা থোক্লা লিলা মবৈবাকপু লানফম খুৎথুম চম্নবা শংলো থৌরাংজরুগে আনম্ভ মরৈবাক পাতাল মরোলমদি লৈখিস্নুনো। ঐনা মালেম লৈখা-রোন্দা চংখিরবদি পাতাল মরোল তরেৎমবু ঙম্না মণি য়াইরংচান

মহাকপু পুরকৌঙেনে। হন্দক পম্থৌ য়াইবী থৱাই হিংনবগী শংলৌ ইথৌৱাং অসিদা পাঙ্গল নিপা থোক্লববু তাইবং মবোল অক্তমনা খংলৌবস্লনো। ইপন থৱাই লনখাইনববু হকপা যোইংই ঙম্লবা শংলৌ ইথৌবাংবু লৈ বদি তাংজা লিল্লৈবাক পাম্পু হাযদবস্লুং চীংঙ, নোংথৌ সবাবেন্নচিংনা যম অশি থৱাই মহাকপুস ৱারম শীংথাননা নিঙলুদে হাযনা পাউমেনববু নাতাৱবদা পলেম মমা চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনিমনা হে বব্রুবাহন ইপাবি-ও। কোলোয নংগী নযাথং অসিবু খিজিক্তং নাপন মযাই কামল্লে। ভক্তি পুক্লিং অনোনববু নত্তনা পৌরম নাপল সম নাপল ৱা ববু কৌসব দি খুভম তমথিবদা পুক্লিং ঈবৈ চনবদ্ যেন্দনা মথোব্রকৈ়নে।

তাংজা মথৈ লৈতবা লিলা ছুখৌথোইবা তাকশিংবু করম ছুযেন লানশোক্লকগবনো, চেংলৌ মখোযগী মশক উবক মহাক্তা উৎকল নোংলৈ ওইনা মাংঙৈনে। তাংজা মকমাল দি কারৌ নোংশিংজস্লুং বাযু নোংশিৎ অকনবনস্লং চ ঙমদে। নগী পাঙ্গল নথৌৱাংনা লিলা মৱৈবাক্ত। চংনা তাংজ মখোয়গী মাইযোক যানা ছুযেন লান শোক্লকৈঙেনে হ'যবদি। তুগুনো হায়না পাউ-মেল্লবদা হোইদা পলেম চিনগোই নয়াথন লিলা মতিক লুইযে হায়না পাউমেল্লিবা অসিবু পাযমা ঐগী উনকোইনুদা নাপি মগুংমানগুম নিংলুইয়ে। মরম কবিগীনো পাঙ্গল ঐগী ইতিক সপ্তদিক মাইকৈ তবেৎমবু পাঙ্গল ইমাং খাংদনা ঙমঙৈনে। পুক্লিং অৱা চংনা কম্রি মিংলুবনো? তাংজা লিলা মৱৈবাকী দমক ব্রহ্মা মহেশ্বর অথোইবনচিংনা ইন্দ্র সরাবেন যম অশি থুৱাই মহাকস্লুং

গন্ধর্ব্ব পাঙ্গনবা কুবের লননিংথৌ খোইমোম লনকৈ ঙাকপা নিপানমম্বুং য়াওনা চৌংঙ্ লেংনা তিনবা অসি খৈবিক্না মিচং পাঙ্গল ওইরবস্তুং অঙাং শান্ন-থৌগুম্বনে। লানকম ইমাং থাং-ঙমলোইয়ে। পলেম পায়মা উনকোইন্নুংদা পুক্লিং শোংকি চংলুগুনো হায়না নাপল ময়াই কানা পাউমেনবু নাতারবদা পলেম মমা অনিমনা ব্বারম মচি ওইববু খল্লবে। থৌরম মতৌ অস্থুম তৌনা থাদোকখিববদ লৌশিং ব্বাখল রপবু থোকলুরভেনে।

বভ্রুবাহন ইপারী অসথু উনবী পুক্লিং তপ্পবা থৌঋাম-শিনখিসে হায়না নিংথন্নবগা হে ইপারী মণিপুর লৈমাবা-ও! পাঙ্গল নখোয়্রকপা নবু খাইনা লহানমাংদা পলেম নমা ঐগী-দমকপু পঙ্থৌ তাজা লিননিংথৌনা উনবিরকপা কোলোয় মমিং-খোংবু পুণ্ডরক হায়ন কোবা লৌশিং কোয়ৌ নুমিৎ শগোল-শেনগুম্ববু লৈয়ে, মাবু য়াংনা থৌশীনসে লেপ্পা থৌরাং পুক্লিং পাংলকভেনে হায়রবদা পলেন নখোয়গী পায়মা উনকোই-ন্নুংদা অস্তুন নিংথল্লবদি শংলৌ থৌরাং শীনভেবু পুম্না লৈতরে। অমৃত মণি য়াইরেন শিদববু পায়মা মরৌশিংনা থৌরাং থুংত্তুম চন্দ্রকরবদি নপারী ঐনা পাতালপুর মালেম লৈথান্নুংদা চংনা পাঙ্গল থুংঙম থিনা মমুললুভেনে হায়না পাউমেল্লবগা মদাইরেম পুণ্ডরক্ষ লৌশিংববু কৌনা ব্বাহমখিয়ে। খোইয়ম নংবু শংলৌ থৌরাং থিন্দনা তাংজা লিল্লৈবাক্না ম্নাংথং ইপাউমেনবু নিংথৌ মাংদা থানা য়াঙনা পাউদম্বিক্ল-ও। মনোংয়াই বভ্রুবাহন ইপা-রীগা অর্জ্জুন ইশাবীগা পন্থৌ মপা-মচা অনিমনা হুয়েন লান

শোক্লবা থোক্লবগী ইশাবী অর্জুন তেলহৈনবু মপাবীগী শমু মথুং-পাক্তা নোংমল্লে। থৌরম মতৌ অদুদগী ইপল তাংজা লিল-নিংথৌনা পোৎলোই শনউনবিরকপা চেরে ফিখুৎশ মানলৌ ফিরাংচান কোলোয়বা খুদোপ সনা তানচপা হংখনি অলঙ্কার লৈতেংপোৎ পুন্নমবু অর্জুন ইশাবীবু লৈতেংনা অসিদা নুঙ্গা শমু ইহকশাংবু হকশাং লৈরাং আতংঙাবু ওইরগা অদুনে। চৈরৈ হক্তা থোংনা লৈতেং পোৎলোই শেংনচাইবু লৈতেংবে হায়না পন্থৌ সনা মখোংথাদা কৎপিরমলু-ও। থেঙ্গল লনকুবিগে হায়রবদি মণি য়াইরেন শিদবা অমৃত লৈহি অথুম্ববু য়েন্দনা পিরক-ও হায়না পন্থৌ নাকোং থোংজাউরেন্দা কোলোয় য়াথং চীক্লা হায়বিরু-ও।

অস্নমা পাউমেল্লবদা মদাইবেন পুণ্ডরক নগশিংবনা হোইদা হে রাণীশ্বরী তাংজ লিনলৈমা-ও। কোলোয় নগাংবু য়াথং লুদ-থোংনা চংঙৈনে। তৌইগুম রাবম মতৌ অমদ অমন থমখিরবশিংগীদি শমু মহকশাংবু মাক হাথনা খুয়া লোংজুম্নবা কেমণ্ডল্লডৈনে। মবম অদুগী দমকপু তাংজা অমৌ হূত্র ওথোক্লবগা লিলা য়াথং পিনা চিক্লমখিগে হায়না পাউমেল্লবদা মণিপুর লৈমাবদি পুক্লিং হরাউ থোইরৈ। কোলোয় নংগী নয়াথং অসিবু নয়াথং মতিক ওকপা মহাকনে। তৌইগুম বৃষকেতু মপারীবু য়াইবী থব্রাই হিংদনদি অজ্জুন পন্থৌ শাংমাববু অমরক অমন থমলৈ কুমখিডৈনে। রারম মতৌ অসিগী বৃষকেতু ইশাবীবু হাম্না লিলা য়াথং পিনা চিকপিরমখো হায়না পাউমেল্লবদা মদাই

পুণ্ডরক্ষ অঙম্বদি য়াংনা বৃষকেতু অর্জ্জুন অনিমবু তাংজা চিনকোয় চন্না লিলা য়াথং পিরুরবগী পম্বৌ মপা-মচা অনিমক্তি মতৌ নিংথি মহৌশাবু ওইনা চেংলৌ মাইথোং মকপা হকশাং মচু ওনববু পুন্না লৈতরে। য়াইবী থবাই লেংদনা লৈরিবা তানাঙাইবে। বাবম মতৌ অসুম তৌনা বভ্রুবাহন মনিংথৌবু তাংজা চুদা থোংনা পূকুন্নবগা লিলা মরৈবাকপু য়াংনা ইন্দানখিয়ে।

কে'যৌ মুমিং কয়ানিনবমদা পাতালপুর নুংঙাইববু বাইথুং-লুরে। চোয়নৌ সনা লৈওইনন, লৈঙম্বা তাংজা লিনগী মকুপ্পু চেংলৌ মাংদা থান উকরে। মচু মুনা ঙৌনা য়েকপা ঙাংনা শংনা হেংনববু লিল মকুপ কয়ানে। সনা চুদা-নবস্তুং তাংজা মশীঙ থিঙনরে। লিলা নিপাকুপ মশীং লক্ষা লক্ষা শুনা লৈঙম্ববু চেংলৌ মশক উবদা পুক্লিং শোংকি চংববু ওইয়ে। তাংজা মবৈবাক্ত গিংয়েং শানখৈখিবদা হবাউ মথৈ লৈতনা নুংঙাই মবাং কাইয়ে। খোংনাং বংশীবটকী পামেন উথোং খুদিংদা সনা মৈখাং কোন্না মালেম লৈপুং ওইনা থোয়ৈয়ে। উমং অথোই অথোইবা খৈবিক্তসুং বসন্ত শিংলেন লৈপাম্বাগুম লৈরাং মশীঙ য়াম্না শাৎলে। মফম য়েংশিনখিবা খুদিংদা নিংথি থোইনা পুক্লিং হুইয়ে। ছয় ঋতু তরুকমনা মূর্ত্তি শংশং থোকনা লৈয়ে। উনথম হকচীক লাংবা কানবা অশাউ থাবু নাইদনা লোইদাম থাবম খুদিংদা শিংলেন লৈপাম্বাবু মওইয়ে মলয়া পবন মালং নোংশিৎ অমেংবনসুং উমং লৈরক খায়না তোংলেং তপ্পা শিংচিনয়ে। লৈরাং মনম নুংশিববু নাতোল মালং নোংশিৎথোংদা বাইথুংলবনা মীওই লা ওন

খৈবিক্কী থৱাই ময়োন চোংনা মুংঙাই পুক্লিং চাউখৎনৈয়ে। মশক মতৌ অসুম ওইবা পামেল উমং অদুদা পুখ্রি লাইজ ঈয়োক-কোম অচীকপা মনম মুংশিথোইবা শিংলেন থম্বাল ইংখোললেন অমা লৈয়ে। লৈরাং লৈকা খুদিংদা খোইমু য়োমদম পৈনা য়াকানৈয়ে। খোংনাং উশা খুদিংদা কোকিল চেক-নিংথৌনচিংনা চেক্লা মঙাইরোই পোনবী মচিশাং পুন্নমনা খোঞ্জেল মুংনৌ থোক্লা খোংখৈনৈয়ে।

তাংজা লিল-লৈবাক্কী উং নিংথিবদো অমরক কনা হায়হৌ-সিবনো? তাংজা চন্দ্রবা লিলা অমোম মরুপ্পা চুলাই মখুৎনেং মক্তবদা তোংনা হবাউ পুক্লিং চৈরোইননা পামেন উমং খুদিং কোয়না চৎয়ে। নিংথি মীপুক চুবা উমং চাউথোইবা অদুদা মতিক কনা হায়ঙমদবা তীর্থ কোলোয় মমিংথোংবু ভগবতী হায়না কৌবা খোইমোম লাইফম অচীকপা অমা লৈয়ে। নমু .পাং ওইবরক্তগী চীংঙ্ লাইবক ফবশিংনা তীর্থ ঈবেনপুং অদুদগী লাইজ লিক্লামবু ভানফংলুরবদি পুক্লিং অমক কোক্ল হকচাং থোইনা শেংনৈয়ে। খোইমোম লাইফম অচীকপা অদুদা চোয়নৌ সনা মৈখাংবগী শিমরীং মূর্ত্তি মহকশাং অমা লৈয়ে। চীংঙ্ সনা মখোংখাদা উনবী পুকনিং চেৎনা ঈবাৎ পুকমনৈয়ে। তাংজা চন্দ্রা লিলা অমোম মরুপ পুন্নমনসুং সন্ধ্যা লাইনিং অচেৎপবু তৌনা কৎচরবগা তন্না তন্না য়াইফ অরান্না ফংজৈয়ে। শিংলেন থম্বাল লৈরম য়াম্বা শ্বেত রক্ত অঙাং অঙৌ, মহৈ-মপাল কস্তুরী কুমকুমচিংলিবা চন্দন মনম

মুংশিবা, পঞ্চামৃত পোৎলম অচেৎপা থৈবিকপু সনা শেনবাক পুককোই থম্না কৎপবু কোবৌ নোংজা খুদিংগী লমচৎ মহেশাবু ওইনৈয়ে। ভগবতী লাইজা ঈরিকলাইনা শিবলিঙ্গ মহকশাংবু ঈরু শান্দোংলবগা খোইমোম মণ্ডান অবাববু কনা মিৎয়েং শানথৈগুম্নদে।

তীর্থ কম্বীনাক্তা অমৃত শিদ মহিগী নবকুণ্ড হায়না কোবা পুখ্রি মতৌ ওস্থোকপা অমা লৈয়ে। তাংজা লিনগী মকপ কয়ামরুম্না উনবী পুক্রিং চেৎনা গাকয়ে তাইবং নমু মী মচংশিংনদি নবকুণ্ড পুখ্রি লাইঙনাক্তা চংদুগে তৌববু পাঙ্গল কনা লৈতে। তাংজা লিলা অকনবা লাম্নী কোটি মপৈ অহুম গুনা গাকপবু নোংশিং মথিনাইবা মহাক্রবু শিৎচিনওদে। মতৌ অসুম ওইবা থৈবিকপু চেংলৌ মিৎথিংলবগী পুক্রি' হবাউ থোইনা নিংথৌ সনা মখোংখাদা চংখিবে। আনন্ত তাংজা লিলনিংথৌম্বুং সভায়াইদা লাংনা যম্ফমগুময়ে। লিলা অগুম তাংজা মিংনাইবা দৈক্ষক কর্ক হায়না কোবা, সবেৰ্থ, ভাস্কব, বাসুকী, বদ্র তাংজা মতিক চাউবা মখোয় অসি থৈবিক্রুচি না লিলা লক্ষা লক্ষা গুনা কোটি কোটি মহাকী অর্ব্বুদ মপৈ পিগুমদববু ওইবে। মদাইবেম পুণ্ডরক্ষ লৌশিংবদি নিংথৌ সভামাংদা শমু মথুৎ লোম্না বাকৎ-চখিয়ে— হে নাগাপুব তাংজা লিননিংথৌ-ও। নিংথৌ উনবী পুক্রিং তপা নাত্তা-ও। থাইনা লহান মাংদা নমোম উলুপী নিংথিবীবু অর্জ্জুন তেলহৈবদা লুহোং নাক্তা থানা পিখিবী অচুগী কোলোয় ময়াথৎনে। নিংথৌ নংগী মাকলৌরেন পার্থ অকনবগা

মপারী বভ্রুবাহন অকনবগা হুয়েন লান শোক্লবরগী অর্জ্জুন পাঙ্গল ময়েংতানা অমন থমলে কুম্বব্ থোক্লুরে। থৌজান নরনকুনা য়াইবী থরাই হিংনবা মণি য়াইরেন শিদবা মহাকপু পিনবক-ও হায়না নুংশি মতৌ কন্থু লৈতনা পাউমেনজবকয়ে হায়না মমোম লৈমা লনউনপোৎ অলঙ্কার চৈরে ফিরোই খৈবিকপু নিংথৌ মাংদা থানা কৎলবগা কোংোয মতিক ওকপবু ম্রথং মরেং শীন্না পাউদমজগে। অর্জ্জুন মপাবী ননোংয়াই বভ্রুবাহন অকনবনসুং লানশোক মতৌ অহানবদা পন্থৌ মপা হাৎলবগী পায়মা উনকোইনুংদ নুংশি মথোং খঙ্দনা ইপন থরাই হিংনবা ইযু থৌজাল নবনকুবু যাংনা নোংদম্বিবক-ও হায়না ভক্তি অনোনববু হন্না হন্না তৌজবকয়ে।

রাবম মতৌ অমসুং অর্জ্জন পন্থৌ ইপা শাৎমাববু য়াইবী থরাই হিংদববদি পাণ্ডব শাগে পুন্নমাসুং মাঙলভৈনে। শ্রীকৃষ্ণ শিদবগী লোয়ন-মপাতাউ অচেৎপনিগীনা ঈশ্বব মপুবেন্নসুং পুক্লিং মুংঙাই লৈববোইযে। রাবম মতৌ অসি খঙনা নোংদম্বিবক-ও। হে নিংথৌ অথোইবা ও। থৌবম অওই ওইদা অনিমক্তদি সনা নংগী টনকোইনুংদা য়াংনা নিংখনবিয়ো। অর্জ্জুন পাঙ্গল মথৌ রায়বা ভেনকাপ নাপল মতৌ পুন্নমবু নিংথৌ নংমা শংশং তাক্লা খঙ্লিবা অহুনে। পার্থ মতৌ অসিগুমবু ননোংয়াই বভ্রুবাহন অকনবনা য়াইবী থরাই মাংহল্লে। কর্ণ লিঙ হৈবা মপারী বৃযকেতু অথৌবসুং কামদেব অকনবনচিংনা যাদব সেনাপতি খৈবিকসুং পাণ্ডব শাগে পুন্নমসুং চানলাঙ্গামোই অকংববু থাম্বী

মৈনা চাকহৎপহ্নগুমলে। বভ্রুবাহন পাঙ্গল মতিক অৰুববু য়াথং হায়হৌভৈবু লৈতরে হায়না মদাইরেম পুণ্ডরক্ষ লৌশিংবনা কোলোয় পাউদমজববু নাতারবগী আনন্তশেষ তাংজা লিন-নিংথৌদি নুংবুং ঈরৈ চন্না লৌশিং মথোং খণ্ড্দরবগী কোলোয় য়াথং থোকগমদরে। মতৌ করিগীনো ? তাইবং মরোল অহুমবু গমজবা মাকলৌরেন অর্জ্জুন পাঙ্গনবনে। চোয়নৌ সনা চাংগী মপুরেন নোংপোক মহাদেবস্তুং গমজবা মগাক্কুমববু মপাবীগী শম্ভু মথুৎপাক্তা লানফম মাংদা তাবে হায়না পাউমেনবা অসিবু পুক্নিং চিংনা পোকয়ে। ইন্নুং খোমলেন মংলানচাগুময়ে। হে ইদাইবেম পুণ্ডবক্ষ লৌশিংবা-ও। কোলোয় নয়াখংবু য়াথং অমবক পাউমেনহৌ-ও। পায়মা ঐগী উনকোইন্নুংদদি থাজ-পুক্নিং লৈরুদে।

ব্বারম করিথৌগী বভ্রুবাহন মপারীগা হুয়েন লান শোক্লকবনো ? মচা মানা পোকপানস্তুং করম য়াইবী থব্বাই হাৎহিকপা ব্বারম থাঙ্গৈ নাইনা পাউদম-ও হায়না পাউমেল্লবগী হোইদা হে নিংথৌ অথোইবা-ও ! পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবা মহাক্লা লাকপদি মশাবী ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্না শাগৈ থব্বাই হাৎলগী মহাপাপ কোক্লবা যজ্ঞ মঙম তোগে হায়না লাঙ্গোই শগোন থারকপদা যজ্ঞ মঙনশাবু ভাকহল্লকপদগী হুয়েন লানশোক হৌনখিয়ে। মপারী মণিপুর লৈমাবনা শগোল মাংদা থা, ভক্তি পুক্নিং চৈরোইননা কৎচরুববু অর্জ্জুন তেলহৈবনা ইচা ঐনা পোকপনে হায়ববু নিংশিং পুক্নিং লৈতনা লাইবক খেনলাই থোংদা খোংপাক চৈথা লুম্না কাউরবগা পলেম

মমা পোকমাবীবুন্ন বেশ্যা শিংলেন তাইজবী চন্নুনে। নংস্নু অর্জ্জুন ইপাম্নীবু নত্তে। পার্থ ইপাম্নীদি অভিমন্যু হায়না কৌয়ে। চক্রব্যূহ থোংলেনখৈ অচীনবদা চংনা হুয়েন লান শোক্ল-রবগী কুরুক্ষেত্র লাম্মী মশীং থিঙমদবা পুন্নমবু খাম্বী মৈচাক উৎপু ওইনা মাংলম্নবগা দুর্য্যোধন নিংথৌ ফত্তবনা হ্যায় ম্নায়েন ফত্তববু তৌনা তুলাই লেংদম তোংবা তরুকতংনা ম্নাংনা থৌজিনথিরবগী ম্নাইবী থল্লাই মাংহল্লে। নোংশা মচুম তাওম্বা ইপাম্নী অভিমন্যু মুংচানবা অহুহুম মক্ষম করিগুম্বদা চৎথিরবনো হায়বগী উমবী পুক্লিং নিংশিংলুবদা মুংশি থমোই মৈচাক থোইম্নে। অস্নুম ম্নাথং অথা থোক্, উনবী থেল্লোই নীক্লা ইস্থোক্লবগী ননোংম্নাই বভ্রুবাহন পাঙ্গনবনা চকমোম লম্মৈ চাক্লুম কঞ্জাউ মথৈ লৈত্তনা থাজ মচেৎ শাবা ব্রায়রা মত্তেনচা মক্তববু কাপ্পা অর্জ্জুন তাংজা লুম্নেনতোনবু ককলুম্নে হায়ববু নাতারবদা মদাইরেম তাংজা অওম্বা ধৃতরাষ্ট্র পায়মা লৌশিংথোইববু কোনা লিলা লেংনা তিনবা নংখোম্ন পুন্নমকম্নুং নাতা-ও। পস্থৌ মপা শাৎমাবরু মপাম্নোগী শমু মখুৎপাক্তা নোংমলহল্লে হায়না পাউদম্নবা অসিবু ব্রারম মতৌ ওস্থোকপনে! পাণ্ডু পাঙ্গনবা মপাম্নী অর্জ্জুন তেলহৈবা অহুবু নিংথৌ ঐনা ম্নাইবী থল্লাই পিনা নিংলিবা অহুনে। সাধু মীওই চংথোনবনে। পংনা অমন থমলৈ কুম-ফম্নোইয়ে। ম্নাইবী থল্লাই হিংনবা মণি ম্নাইরেন শিদববু পিনিংয়ে। ইমোম উলুপী লিংথিবীবু লুথ্রা চৌংঙ্ লাইবকথিবীবু ওইরঙৈনে।

মুংশি খোয়বু থিংলে। অর্জ্জুন থরাই হিংন-পোং অচেংপা মহাকপু লৈরিবদা করম য়াইবী থরাই মাংহনসিবনো ?

ৱারম মতৌ অমস্নুং অমৃত শিদ-লৈহি অথোইববু পিথি-দহিল্লবদি বভ্রুবাহন পুক্লিং কপ্পাউ থোইনা তাংজা ঐখোয়গী লিলা ইরৈবাক অসিবু চেংলৌ মিংকুপমরমদা উফুল নোংলৈ ওইনা মাংহল্লঙেনে। মতিক পাঙ্গল অরূবা মহাকপু নিংথৌ ঐনা মথংয়ে। অর্জ্জুন ৱায়রা তেলহৈবা অসিবু পাঙ্গল মপা লৈতে হায়না পাউমেন্নরিবা অহুনে। দেবাসুর লাই হিংচাবা গন্ধর্ব্ব, কিন্নর. শঙ্কর মহাদেব, কুবের লনমপা, কুরুক্ষেত্র লানফম অচিনবদস্নুং ভগদত্ত, শমদত্ত, জয়দ্রথ, বাল্মীক, বিভিষণ, ভীষ্ম, দ্রোন কর্ণ, কৃপাচার্য্য, বিকর্ণ, অশত্থমা, ভুরিশ্রবা মখোয় অসি খৈবিকপু পাঙ্গল শিংথানদবা অর্জ্জুন পাঙ্গনবনে। মতৌ অমুমগুম্বা মহাকপু বভ্রুবাহন মপারীনা লানফম মমাং খাণ্ডদনা মহাংলে হায়রিবা অসিদা মতিক পাঙ্গল মথঙ্নরঙেনে। হৌজিক মণি য়াইময়োনবু পিদনা হলহ্রাইখিরবদা পস্থৌ মুংশি মৈচাক্লা লান্দোই ময়াই কাবা শাগুম পুক্লিং কপ্পাউ থোইনা মরাকঙেনে। বভ্রুবাহন কপ্পাউ মাংদা থম্না কনা লেপওমগবনো ?

ৱারম অসি খঙ্না মাগী উনবী পুক্লিং পেল্লনবা মণি অমৃত শিদবা অসিবু তাংজা ইরৈবাক্তা য়াইরেন মফম ওইনৈয়ে হায়বগী লিলা ঐখোয় ইহাকপু অমর শিদববু ওইরিয়ে। মণি য়াইরং-চান অসিবু তাইবং নোংশাপান্দা য়াইরেন খুত্তা থ়ম্না পিথিরবগা নিংথৌ নংগী তোংজ মহৈ করি লৈবনো ? সনা উমকোইমুংদা

পুক্লিং অৱা চংনা নীংখল্লুগুনো। নমু অমন খমলৈ কুমখিরবশিংবু অমরক য়াইবা থৱাই হিংহনবদি খোইমোম বিধি নোংদম্বা মহাক্লবু ঙম্লমদরে। ৱারম অসিগী দমক্লা তাংজা ঐখোয়গী কনা লমদাংশাংবু য়েংদা খনবিয়ো। অমৃত শিদ-হীবু তাইবং নোংশা-পান্দা পিখিরবদি লিলা পাঙ্গল লৈতনা মমা ৱাৎলঙৈনে হায়ববু পায়মা লৌশিং থোইবা তাংজা ইনিংথৌ নংস্থু মখঙ্‌লিবনে। চীঙোই নৱাথংনা য়াথং করি হায়হৌসিবনো ? তৌইগুম তাইবং নমু মহকশাংদি পুন্সি চেংজেল লাংদমস্থং লাংহৈ কুমশিং য়ামদে। অমন খমলৈ কুম্লবদস্থু অমরক য়াইবা থৱাই হিংলগুনো হায়না নোংম্লবা বিধি মৱায়েলবু পাতালপুর খুননিংথৌ-ও ! নংনা ৱায়েল নোংদম কায়হনবহুম লেপ্পা থোকলে। থৌরম মতৌ অসিগী তয়ম পায়ম উনকোইস্থংদা নিংখল্লুববু মণি য়াইরেন মহাক্তি পিনদে। নিংথৌ সনা উনকোইস্থংগী ৱাবম অওকপদি মতৌ-ও। থৌরম অমস্থং তাংজা ঐখোয়গী লিলা ইরৈবাক অসিবু গরুর চেক-নিংথৌগী মীচৈ অরাম্ববু ফংদরে। মাতঙ্গ মুনি অথোইবগী য়াথং মীচৈখোম্লস্থং গরুর চেংলৌ শক উনরুগুনো হায়রমলে। মুনি থৌজাল মৱনকুনা তাংজা ইরৈবাকপু নুংঙাই মৱাং কায়না য়াঙোইবিয়ে। মতৌ করিগীনো লিলা ইনিংথৌ নংবুহুম পুক্লিং শোংকিচংবনে। অতৈ কনা অমবু উনবা শোংকাং নীকলুদে।

মুনি য়াইময়োম্লা তাইবং নোংশাপান্দা চৎখিরবদি খগপতি পোনবা চেক-নিংথৌবু য়োন্দনা তানকংলুরঙৈনে। তাংজা ঐখোই

পুন্নমস্তুং য়াংনা চেক্লা মচিঞ্জাকপু মওইরবৈনে হায়না মন্ত্রি কোলোয় ময়াথংবু নাতারবদা আনন্তশেষ লিল-নিংথৌনা নিংথৌ য়াথং নোক্লা হায়রকয়ে—লিলা ইঙাইরোই লেংনা ভিনবশিং-ও! নংথোয়বু য়াথং ব্রাতানবদি ব্রারম ফত্ত থোকলে। থৌরম অরাইববু ব্রারম অচেৎপনে নিংশিংলে। নমু মীপুমনা য়াইবী থব্রাই হিংনববু শংলৌ থৌরাং ব্রানা মহৈ কনা লৈরোই হায়না পাউমেল্লিবা অসিবু ধর্ম্ম লৌশিং অচেৎপবু নমদা হুন্না কত্ত লিনচেন অমকপা থনজিল্লে। ময়োন তোংলৌরেনবু থোয়মা নম্মুক্লা মপাল কুয়োম লাবু থৌরম অওকপনে নিংলুংঙুম থঙ্লে। নংথোয়গী নহৌশাগী ব্রারম অওকপা মহাক্কা চেৎনা লৌশিং ব্রাতানগে তৌববু পুন্না লৈতম্লে। অর্জ্জুন য়াইবী থব্রাই হিংনবদি মণি য়াইরেন শিদববু হায়দবস্তুং নিংথৌ থব্রাই ইমিরেন মহাকপু পুক্লিং চিংনা লৈতনা লৌশিং মথৌরাং ব্রাথল নংখোয়গী নহৌশা অসিবু কোরৌ অসি হুমিৎমগী মখৈ লাইজা ঈরেনপুংদা লুপশিল্লো। নমু মী মপং অপংবশিংগা লৌশিং ব্রাতানবদি থৌরম মতিক ওক্কে। পুক্লিং ঈরৈ চলহল্লে।

পার্থ থব্রাই হিংনবা অমৃত শিদববু পিথিদনা শংলৌ পল-হুন্নবদি গোবিন্দ শ্রীকৃষ্ণ শিদবনা কোলোয় করি হায়রগবনো? কৃষ্ণ সনা উনকোইস্তুংবু পুক্লিং হুংঙাই লৈতরবদি তাংজা লিল-লৈবাক অসিবু কত্ত-মতৌ থোক্লা মাংলবস্তুং কনা থংলুদরিয়ে হায়না পাউমেন-ব্রাবু নাতারবদা ধৃতরাষ্ট্র, মন্ত্রি ব্রায়েনবনা হে নিংথৌ আংথাইবা-ও। সনা উনকোইস্তুংদা পুক্লিং অব্রা চংনা নিংলুঙনো। অর্জ্জুন ব্রায়রা তেলহৈবদি কৃষ্ণ লাইমরুগী

মপাম্ভাউনিগীনা চেংলৌ মিৎকুপমবংদবু য়াংনা য়াইবী থৱাই হিংহল-ঙৈনে। মণি য়াইরেন শিদববু পিনা অক-মহৈ কানরোইয়ে। গোবিন্দ শ্রীকৃষ্ণ শিদবনা গরুর চেক-নিংথৌবু বাহন শাদোং ওইনরকঙৈনে। তাংজা ঐখোয়গী লিলা য়াইমযোনবু পোনবী মচিগ্গাকপু ওইনা য়োংশিনখিঙৈনে। অম্বুম পাউমেনববু নাতারবদা নিংথৌ উনবী পুকনিং লৎনা ৱাহয়কয়ে—হে পুণ্ডরক্ষ লৌশিংবা-ও। কোলোয় ঐগী ইয়াথংনে। তাংজা অণ্ডবা মন্ত্রি য়াথং মপাউমেন জগন্নাথ মপুবেন্না অর্জ্জুন থৱাই মহিংলঙৈনে হায়না পাউমেন্নবা অসি খৈবিকপু চিত্রাঙ্গদা ইমোম উলুপী লৈমা নিংথিবী অনিমস্তুং বভ্রুবাহন অকনবদম্মুং ৱারম থাঙ্গে শেংনা থ হন্ন-ও। উনবী নংখোযবু পুক্নিং তপ্পা ঈশ্বর গোবিন্দ খোই-খোইববু নিংশিংজৌ-ও হায়ক-ও। থৌজাল মৱলকুনা ত্রিভুবন মরোল অহুমবু লানবিরিবা অহুনে। কল্ল উপাল-শিদবা শ্রীকৃষ্ণ পামেল-শিদবা শ্রীকৃষ্ণ লাইমরু অহুবু পার্থ মনাক শংশংবদা লেপ্পা মরৈরঙৈনে।

অম্বুম ওইরবদা অর্জ্জুন মতৌ ঙমদববু পূম্না লৈরোইয়ে। ৱাবম অসি থঙনা যাংনা হলৱায়খিরো হায়না পাউমেন্নবগী পুণ্ডরক্ষ লৌশিংবদি নিংথৌ সনা মথোংখাবু তাংজা লুদা থোংনা থুরুম্নবগা য়াংনা মরান ওন্দেরক্লবদা বভ্রুবাহন নিংথৌ মাংদা থানা শমু মথুৎ লোম্না আনন্তশেষ তাংজা লিন-নিংথৌমদি মণি য়াইরংচানবু পিনিংয়ে। মদাইরেম লিলা অণ্ডবা ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রি ৱায়েনবনা য়াথং ৱাতানবদা ৱাথল মতৌ লৈতনা অমৃত য়াই মহীবু পিরক্লে হায়না পাউদববু

মাত্তাববদা বভ্রুবাহন কঞ্জাউ লম্মৈ চাক্কুম মমিৎ কোরি থোক্লা চেংলো খানা য়েংখিবদো থৌছু সুং মকনবু তুম্না পামেন উপুনশিবু মাংহল্লোই তৌবগুম য়াথং অথা থোক্লা পাউমেল্লকয়ে— পস্থৌ ইপা হিংনবা শংলো থৌরাং ব্রাবু তৌরিবদা তা'ঙ্গা কনানা মণি ম্লাইমহীবু গুম্বলহীক্লীবনো ? ব্রহ্মা মহাদেব মহাক্লসুং শিংথানরিবা বভ্রুবাহন ঐবু থাইনা লহাননোং পস্থৌ অর্জ্জুন তেলহৈবনা চীংগু নোংথৌ সরারেনগী খাণ্ডবন তলা উমংলেনবু থাম্বী মৈথাকবগুম হন্দক নাগ-পুর তাংঙ্গা লিল-লৈবাকপু তাঙ্গোই উৎফুল নোংলৈ ওইনা মাংহল্লগে। জৈ মুনিরেম্না হে পরীক্ষিত নিংথৌ মপারী জন্মেজয় নিংথৌ অথোইবা-ও। উনবী পুক্লিং তপ্পা নাত্তা-ও। থৌবম মতৌ অসুম্না অমৃত তাবা মহাক্তি পিরক্তে। মহাভারত অথোইবা অসিবু উনবী পুক্লিং পিনা নাতারবশিংদো পাপচু পুম্না কোক্ল য়াইফ মরাং কায়নবু কংজৈয়ে। ষষ্ঠিপুর সেনগী মপারী গঙ্গাদাস সেন লৌশিংবনা লেংলমশৈ অসিবু হে সাধু মী ওই চংখোনবা নংখোয়দি নচিন হরি হবি শোম্না নাত্তাবিয়ো।

হৌজিক অধ্যায় তবামাপল শুখিরবা অসিদা পুরুষ নিপারক্তগী মত্ন সনা মৈথাংকোনবু ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ শিদবু তাংঙ্গা লুদা থোংনা থুরুমজরবগা থৌরম অসি মতুংগী ব্রারম অয়াম্বু তেংথা মরেং ওইনা তেংথারকে। জন্মেজয নিংথৌ অথোইবনা হে জৈ মুনিবেন-ও! বভ্রুবাহন পাঙ্গনবগী কঞ্জাউ মতৌ ওস্থোকপা থৌরম মানা তৌবা পুম্নমবু য়াথং মবি থিনা হায়বিয়ো। পূণ্য থৌবম করম্বু তৌনা পোক্লকপনো ? পাঙ্গল মতিক চংখোনবু ওইববনো হায়না

পাউহংলবগা মুনি পুক্লিং হরাউথোইনা হোইদা হে জন্মেজয়-ও! উনবী পুক্লিং তপ্না মাতা-ও। বভ্রুবাহন পাঙ্গনবদি খাম্বী মৈতরেং অবাবদা ঘি হৈজিনবগুম কঞ্চাউ মথৈ লৈতনা লাম্মী অথৌলিচা হেপ্না লাঙ্গোই শগোল, শামু, ফিরাল, ঢুলাই, ৱাইরা তেন্দোং, তাশোন খংনং লানফম লৈতেং পোৎলোই অয়াম্বা, পুং, পেরে, মোইবুং, শিঙ্গা খোঞ্জেল মনিল নাইনা চতুরঙ্গ তেঙ্গোন মঙাল চাউনা যাত্রা থোংশানখিরে। থোইদিং মথাইমরমদবু পুক্লিং চিংনা লৈতনা বাহু শবাইথৌনা থাজ পূন্না যোৎকে তানশিনখিবগুম তাংজা লিল-লৈবাকতা চংখিবে। নোংশা লান্দাখোনবু খোঞ্জেল নোংখাক চৈয়োই-ননা লাউরুবে। য়ালেন পুংয়াম যৈবগী লোইদাম ইঙা থাদা কোবৌ মোংনা ঙংবগুম তেঙ্গোল মনিল নাই, বভ্রুবাহন যায়া মখোঞ্জেলবু হে তাংজা লোইদাম ইঙা থাদা কোবৌ নোংনা ঙংবগুম তেঙ্গোল মনিল নাই, বভ্রুবাহন য়ায়া মখোঞ্জেনবু হে তাংজা লিলা লমকেৎ-পাশিং-ও। নখোযবু পাঙ্গল নতিক লৈরবদি ঐগী লানশোক মাইযোক য়াবরো। ধৃতবাষ্ট কৌবা মন্ত্রি য়াখল হৈযে হায়বদো মাবু হান্না লিলা মতুপ তরেৎ মঙা থোক্না ককখিগে। তাংজা লিলা লৈবাক অসিবু তবা চথোম ওইনা য়োৎশিন্নগে হায়না লাকপনে। ভগবতী তুথুনলেনবু মকুবদা তাংজা লিনগী ঈনা লৈতেং মিৎপু লংহনগে হাযনা কোয়ৌ লোং-শিংজংনা কেস্থরক-পগী নোংখাক খোঞ্জেল ঙংগুম লাউনা পাউমেল্লকয়ে। পাঙ্গল ময়াই থেক্না মণি য়াইরংচানবু লোগে। পাতালপুব নবৈবাক অসিদা কোলোয় মিংচৎ য়াবু থম্নগে। য়াথং তক্তি চতৌনা

নিরইভেদা পিয়ক্কবগী পম্থৌ য়াইবী থব্রাই হিংনবা অমৃত খুৎথুম চন্না মুনখিগে হায়না লাক্লবনে।

অস্তুম পাউমেন-বাবু নাতারবদা আনন্তশেষ তাংজ লিন-নিংথৌনা মদাইরেম লিলা লৈবাক পুম্নমগা ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রি লৌশিংবগা কৌনা পাউমেল্লকয়ে। মণি য়াইময়োনবু পিদয়বগী বভ্রুবাহন পাজনবদি কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা অর্জ্জুন য়ায়রা তেলহৈববু লান-শোক মাংদা থা, তেনকাপ মমাং খাংদনা মগুম্নবা মহাক্কী লান-শোক মাইয়োক য়ানা শোক্লগে তৌববু তাংজা নখোয়বু কনা-লৈবনো? কোরৌ অসি মুমিংমদি লানফম য়াথোক অচৌববু লেপ্পা ওইরইভেনে হায়না নিংখল্লে। অস্তুম পাউমেল্লবদা ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রি লৌশিংবনা তাংজা ইনিংথৌ-ও। নংবু করিগী পুক্লিং চিংনা পোল্লুবনো? হৌজিক লিন লাম্মী পুম্নমবু পুনা হুয়েন লান শোকলুইভেনে? তাংজা ঐখোয়গী হূয়েন অমৌ মৈদা য়াইবী থব্রাই কনা খাংঙমগবনো, পুক্লিং অরা চংনা নিংলুগুনো। য়াংনা নিংথৌ মাংদা থাদা কারক্কে হায়না অস্তুম পাউমেনলবগা লানফম লৈত্তেং পোৎলোই শেং, লাম্মী মীয়াম পুনা কঞ্জাউ মৈরা থোল্লা চৎখিরে।

তাংজা মতিক লৈবশিংদো লিলা তোকলেনথক্তা মরী চামা· চামা গুনা লৈতেং মিৎপু লংলে। তাংজা হূথৌ থোইবা খৈবিকপু হুং হাং লাউবা য়ারা মখোঙ্গেলবু ভংনা ভংনা চৎখিবদো কোটি মপৈ লক্ষা তরুক শুখিরে। হূরেন মগান মতিক্লা অতিয়া নোংলোন মকোয় য়োনা লৈতেংনৈয়ে। তাংজা কনানা মরৈতম

লিলা কনানা মখৈ তিং পায়মা মনিংশাবু কু কু লাউবা য়াউরা মখোঙ্গেনবু মনিল নাইনা হুয়েন লানশোক্লকরে। তাংজা মশম কাম মশেন লাম্মী য়াগা য়াগা ফংনা চিক্লয়বগী কোয়ৌ নোংখাক খোন-ঙমলে। তাইবং নমু পোংওইবগা তাংজা লিলাথিগা হুয়েন লান শোক্লবদো খৌরম মতৌ ওন্থোকপনে! তাংজা লিনগী মরুপ্পা লিলা মম্না কাম্না কামথোকয়ে। নাগপুর তাংজা লিল-লৈবাক্তো য়াইয়া তেনবাইখিবনা তেনবী লৈচিন ওইনা পুম্না চেংলৌ মিৎ-থিৎলমলে। মশক অম্নম তৌনা হুয়েন লান শোক্লববু অমম মখে লৈতরে। নমু মীগী মরুপ্পা য়াম্না অমন থমলৈ কুমলে। হুয়েন খাম্বী মৈচাক কনবা অহুবু খোইমোম লাই হিংচাবা মহাক্লবু কনা খাংঙমদবা অহুনে।

অম্নম বায়রা তেনবাই ঙমদনা লীক্লং থুত্তা পায়, মাইকৈ চিথেক মরিমবু কোয়না য়েংনা লৈরবগী বভ্রুবাহন খাম্বী মৈতান অয়াথঙবদি কঙ্গাই মৈরা থোক্লববু যম অসি খুরাই মহাক্কা মীওই লাংওন কনা কনাশিংবু অমম থমলৈ কুম্নাইদমদা নমু মীয়োগে হায়বগী যম মীহাৎচৈবু শমু খুত্তা ঙনা তানশিল্লকপা-হুঙমলে। চেংলৌ মিৎকুপমরুমদা বায়য়া তেন্দোংমুংগী থাজ মচেৎ শাববু লৌনা পান্দম মিৎয়েং চুম্না তেনবাইখিববু বায়য়া তেনবাই অমরক্তা লিলা লক্কা লক্কামবু মতুপ তরেৎ মঙা থোক্লা কবথৎলুয়বগী লানকম মালেম লৈমাইথক্তা থম্না তাহল্লে। বভ্রুবাহন পাক্লনবদো লিলা লানশোক্লগে তৌবদা মত্তিক পাঙ্গল চাউথৎয়ে। লানকম মথুৎঙস্তুং খুৎলাই মশীং য়াম্না নিংশিংলকলে। তেৎনৌ

য়োংস্থং ব্রাইফাবা থৌহু ন্নংগী শুক অকুইবা তেংনো হুমপাল লোঙবা থৌরৈ শীংজং শাবা থেঙ্গু চক্র অকোইবা তেংনৌ ফেনতিন ন'হুন শাবা তেনবী কৌতাং কোনমাবা খাম্বী মৈগী তেন নোংলেন চাইজি তেনস্থং খুংশু মতিক লৈবা খুংলাই মশীং ম্লাম্বা অসি থৈবিকপু লানফম তেঙ্গোমস্থংদা কাপচিল্লে। ব্রায়রা তেনবী অমমন্না লিলা লক্ষ্য লক্ষ্য শুনা তুপথংলে। তাংজা কনানা মতুপ মঙা থোকলে। লিলা কনানা তরেং মাপল শুখিয়ে। শুপ্না লানশোক মতৌ কপ্পু লৈতরে। তাংজা লিনগী ঈনা হুয়েন লান-শোকফমদো ঈঙাং তুখুন ওইনা চেললে। মশা লৈখোম ওইরে। তাংজা মকোক তুপখিববশিংনা লিলা মতোকলেন মহাক্না ঈঙাং খকফেন চেনবগী য়িথিন চাউকোই লোইনা তাকথোকলে। তাংজা লিলা পুন্নমা অহুনা বভ্রুবাহন মাইয়োক ম্লাঙমদরে। হুয়েন লান-শোক মতৌ অহুবু কোরৌ নোংমদোন্দগী খোইমোম লেংনা তিনবা পুন্নমনা চেংলৌ মিংখিংলবগী হে অর্জ্জুন মপারী-ও! নংবু থোইনা হুয়েন লানশোক মতৌ চংখোনয়ে হায়না পাঙ্গল মতিক থাগংয়ে।

ধৃতরাষ্ট্র মন্ত্রি ব্রাপি হায়বা অহুস্থং তাজা মকোক হাইনা তুপখিরে। লিলা লাম্মী কোটি লক্ষ্য লক্ষ্য তিনলবা অর্ব্বুদ মপৈ অহুম শুনা নোংমল্লে। তাংজা মপারী লিলা মনোংম্লাই শাগৈ ঙাইরী পুন্নমবু কনা চেংলৌ শকখণ্ডনদরে। লানশোক মতৌ অম্নুম তৌনা বভ্রুবাহন ব্রায়ন্না মতেনকাপ্তা তাংজা মতুপ থোক, লিলা মপৈ য়াম্না ককথংখিবনা মাইকৈ চিথেক মরিমবু চেংলৌ মিংথোং মমলে। মালং নোংশিং অকমবা মহাক্না

ৱায়ৱা ভেনলক খায়না শিংচিনগুমদে। তাংজা মিংচিত্তোন লিলা মমৈত্তোন তাংজা মৱৈতোন থৈবিক্তা থারুববু ৱায়ৱা ভেনবুম কাপথোকখিবা পুম্নমনা ভেনবী অরেম্বদা ওইহন্দরে। তাংজা মিংচিত্তোন তাংজা লিনগী মরুপ খৈবিক্কি অসুম লানশোক খুভম থিববু ওইয়ৱদা তাংজা কনানা অমৃত শিদ-হীবু য়াংনা লৌরুরবগী লিলা মতুপ থোক্লা ভারবা পুম্নমগী তাংজা থক্তা খিকলবগা খোমলেন তুমগনলুবগী চেংলৌ মমিং পাওনা হৌগংলক-পগুম হাংখি ময়েং তাবা পুম্না লৈতনা অমরক হুয়েন লান শোক্লহৌক্লে। তাংজা তোকলেন ৱাংনা থাং, হূরেন খাম্বী মৈরোইননা লানশোক মাংগী মতমগুম কোইনা কামশিল্লকলে। তাংজা মপৈ মপৈ লিলা ময়া খিনা তানশিল্লকপবু পুক্লিং শোংকি চংবা মশেন্নে। মৈবী শগাইশেম পাইগুময়ে।

মণিপুর হুয়েন লানজিংলেন খৈবিক্তি লানফম কনা মাইয়োক য়াগুমদরবগী বভ্রুবাহন মমিংথৌবু তাম্না চেনশিল্লকলে। মাইথোং চায়রুং কং চিনবাল লৈতোন খৎচ গুমদনা হুয়েল লানশোকনগে হায়ববু পুম্না লৈতরে। তাংজা লিনগী মরুপ্তি হূরেন খাম্বী মৈশা লাংগুম কাম্না ইনশিনলকলে। থৌরম ঐখোয়বু মতৌ নত্তনা পাতালপুর তাংজা লিললৈবাক্তা চংলকলে। লৈরাং অতিংঙাদা অৱা ইশৌ লাংশা লায়ংলরে। বভ্রুবাহন মতোম্মনা পান্থৌ মপা হাংংয়ে। তাংজা ঐখোয়না হাংখিরবা লিলা ইরানখাকপু ওইরবা অশিশিংনমুং অমন খমলৈ কুমদরিবগুম অমরক হুয়েন লান শোক্লরহীক্লে হায়না পুক্লিং শোংকি চংনরে। লানফম মতৌ

অসুন্না উনবী লাংতক্লববু বভ্রুবাহন অকনবনা চেংলৌ মিংথিংলবগী কোলোয় য়াথং নোক্লা পালমেল্লকয়ে— হে মণিপুর লাম্মী অথৌবশিং-ও। নথোয়বু নিংথৌ ঐনা লৈরিবদা করিগী পুক্লিং অকি চংলুবনো? অর্জ্জুন পম্মৌ ইপা শাংমাবা মহাকপু য়াইবী থরাই হাংলবদা তাংজা লিলাথি অসিশিংবুদি নাপীমস্থং মানগুম্বনে হায়না পাউমেল্লবগা উনবী পুক্লিং চীক থৌরাং মচি থন্না পোনবী রাহোংতেন অমবু লীরী ভেঙ্গা থোংনা কাপশিনথিরবদা লিলা কোটি লক্ষাবু চেক্লা মচিঙ্গাকপু ওইনা য়োংহংলুরে। পোনবী চামনথিবু ওইনা কাইদোকলকপা খৈবিকতা অমৃত শিদ-হীমু থিকলবগা তন্না তাংজা শিদরিবগুম অমন্নক হুয়েন লান শোক্লম-হীকয়ে। লিলা কোঙ্গাই মরূপমবু পোনবী চিন্দা য়োংলক্তে মরূপ কোঙ্গাই হিংলকপনা লানকম মাংদা থানা শোক্লয়ে। নমু মীগী মরূপতুম লক্ষা কোটি কোটি শুমা নোংমন্নয়ে।

তাংজা তন্না তন্না হিংথংলকপা অহুবু চেংলৌ মিংথিংলবগী বভ্রুবাহন পাঙ্গনবদি লোইদাম কালেম্বাগী কোরৌ মুমিং মুংথাক-পগী নোংশা মণ্ডাল মৈগুম কঞ্জাউ মৈচাক থোইরকলে। লান-কম মতৌ তমবথিদো সমদ্রু ঈরেনপুংগুময়ে। খুংগু মথগু মহৈস্থং পম্মৌ মপা পার্থ ভেলহৈবা মহাকপু মতিক অমি হেনথোকয়ে। মতৌ পাঙ্গল মহাকস্থং মীওই কনাগা মান্নদে। চোয়নৌ মনা চীংদগী নোংশা মতম মানগুময়ে। লানকম মথুংগুস্থং খুংগু মশীং য়ান্না থগু হৈয়ে। হুয়েন লানশোক তমথিবদদি পণ্ডিত নিপা থোকপবু ওইরিবা অহুনে। চেংলৌ মিংকুপ মরমদা তাংজা

লিল পুন্নমবু ওন্নবা তেনবী মখুৎশুখু নিংশিংলুন্নবগী ৱায়ন্না তেন্দোংম্নুংগী তেনখোক সনা য়োম্বা হেন্না মণি মিৎয়েংশেন থাম্বা পোনবী ৱাহোংতূনা ৱায়ন্না তেন্না চনবা চুহি থুমখোই তেন মক্তবা অহুবু বভ্রুবাহন পাঙ্গনবনা মাইকৈ চিথেক থন্না য়াংনা কাপশিনখিন্নবগী তাংজা মশীং লাকওদবা খৈদিকপু লিলা হকশাং পুন্না লুপলে। অমরক খুৎশু মচী ওইবব থন্না পিপি-লিকা কৌবা ৱায়রা ককচেং তেনবু কাপখিহীন্নবগী লিলা মহাক পুন্নমদো মিৎয়েং শানখৈখিবা খৈদিক্তা ককচেং লুচাউবীচা ৱাঙাং পুনা ঙাইরে। চুহি থুমখোই পাম্বগী তাংজা লিলা পুন্নমদি ককচেং য়ানা ফংনা চীকলুববু থোকলুরে। চুহি থুম-খোইবনে ককচেং লুচাউবীচানে ৱায়রা তেনজিল অথুম্নলে হায়ববু তাংজা লিলা পুন্নমনা কনা থঙবা ওমদরে।

লামশোক মতৌ অসুম বভ্রুবাহন পাঙ্গনবনা ৱায়ন্না ককচেং তেনবু হন্না হন্না কাপশিনথিন্নবগী তাংজা মকোকতোন লিলা মমৈতোন তাংজা মকোকলেন খৈদিক্তা ককচেং চিঙ্গোই চন্না য়াউজরে। লামকম তেঙ্গোদন্নুং অহুসুং চুহি ঈচেন্নরে। তাংজা লিনশক উদনা ককচেং য়ানা ফংলুববু লিলা মমাই মমিৎ তাংজা মপুক মনম খাক্তনা হকশাং পুন্না য়োমলে। হয়েন লানশোক অসুম তৌনা আনন্ত মমৈবাক্তগী তাংজা লিলা খৈদিক্তা ককচেং চিনকোই চন্না নোংমলহল্লে। অমৃত শিদ-হীবু লৌনা তাংজাথক্তা খিকপিগে হায়ববু কনা উনবী নিংশিংতমদরে। ধৃত-রাষ্ট্র মন্ত্রী ৱাপি হায়বা মহাকন্নুং থন্নো কাংহুম ওনওম থাংলে।

বভ্রুবাহন য়ায়রা মতেনচাদা নোংমনবগী তাংজা মশীং লাক্লা কন্না হায়রুঙম্লরোইয়ে। তেনবাল অনা খাংঙমদনা লৈরিবশিংনা মন্ত্রী লৌশিংবা অহুবু য়াথং অথা থোক্লা হায়হৎপবু নিংথৌ সনা ময়াথংবু ইন্দুনা তাংজা ঐখোয় পুম্নমবু অব্বা মথৈ লৈতনা লাম্নংহল্লে। নমু মীখুবাক্তা কম্নম নোংমলশিবনো? লিলা তালোই ইরুন্দী ইপারী ইমোম নুংচানবীবু চেংলৌ শকউ ফংদরে। লাংঙন ঐখোয়গী ইপোকলকঙৈগী মথৈবু অব্বা অস্নুম লাম্নংলকপদি পূম্না লৈরক্তম্রিয়ে হায়না কোৎলোই য়াথং ঙংহৎনরে। ধৃতরাষ্ট্র মহাকস্নুং অব্বা-মৈশা খাঙ্ঙমদরবগী ভগবতী তীর্থ ঈরেনপুংদা লুপ্না লানফম মৈশা খাঙ্নরে। তাংজা লিলা পুম্নমস্নুং ঙম্না অব্বা পোত্থানয়ে।

বভ্রুবাহন পাঙ্গনবদি লিলা মতৌ উরবদা য়াব্বা মখোঞ্জেনবু খাক্লা খাক্লা নোক্লরে। জৈ মুনিরেম্না হে জন্মেজয় নিংথৌ! পূণ্য লিনচেন চেনবা-ও! থৌরম মতৌ অস্নুম তৌনা পন্থৌ মপা হিংনবা শংলৌ থৌরাং চেৎনা হুয়েন লান শোক্লকবগী তাংজা লিল-লৈবাকপু ঙমজৈয়ে। লিলা লান্মী পুম্নমস্নুং লানশোক হেনজিম ঙমদনা মদোম মদোম চেম্নখিরে। মন্ত্রি য়াপি হায়বশ্নুং তাংজা মতোক হাই-ফংনা নিংথৌ মাংদা চেনশিল্লক্লে। লিলা ফনাশিংগী ঙকশম মরৈতোন তাংজা মকোক মমৈতোন য়ারেন মতা হেনবা চেংলৌ মিৎকোয় থোং পুম্নমবু তাংজা মশক থি, লিলা মঙং মাংনা ককথৎ য়ানথোক্লকপবু নিংথৌ চেংলৌ মিৎথিৎলবগী ধৃতরাষ্ট্র লৌশিংববু কৌনা পাউ-মেল্লকয়ে। মতৌ করিগীনো তাংজা নখোয়বু নমৈন থুপ লিলা তোক-লেন হাইফৎনা হুয়েন লাঞ্জেম্নরকপা অসিবু নিংথৌ ইমাং শংশংবদা

কোলোয নাপল ৱাংখিবদো হৌজিক য়াথং মহে করি লৈহল্লবনো? থৌরম অসি খঙ্না কোলোয় পাউমেনবদো য়াথং মতুং ইনবি-দবগী অৱা মথৈ লৈতবদা তাররে। নিংথৌ সনা ময়াথংবু পুক্লিং থোওই লৈতবগী লমচৎ মহৌশাদি থৌরম মতৌ অসিনে।

হৌজিক মণি অমৃত শিদবা মহীস্তুং কোলোয় য়াথং অনোনববু লৈরোইননা পিকুভেনে। মণি যাইরংচান মহাকপু পিনা য়াইথি ময়েং তাববু থোকহল্লে হাযনা নিংথৌ সনা ময়াথংবু থোকহল্লে হায়না নিংথৌ সনা ময়াথংবু নাত্তাববদা মদাইরেম ধৃতরাষ্ট্র কৌবা অচ্চনা তাংজা মক লুক, ভক্তি য়াথং মেওনা হায়জখিরে— নাগেশ্বর লিলা ইনিংথৌ-ও। ঐগী ইতৌ অয়োনববু লৌথিরগুনো। ননোংয়াই বভ্রুবাহন পাঙ্গনবগী নিংথৌ মাংদা থানা কনা চংলু-গল্লোইয়ে। আনন্তশেষ তাংজা ইনিংথৌ নহাক্লা অমৃত শিদ-হীবু পুনা নিংথৌ মাংওই চৎপিয়ো। নদাইবেম ঐদি হৈনা মতুং ইগুগে। লিলা ইনিংথৌ-ও। নংবু নত্তনা য়াইবী থৱাই ওাক্কে তৌববু কনা লৈতবে হায়না পাউমেনববু পুন্না লৈতরিয়ে হায়না পাউমেল্লবগা আনন্তশেষ তাংজা লিল-নিংথৌদি চৈরৈ কিরোই মক্তবা, চোয়নৌ সনা লন-মক, লুপা কোনলাংচান, কর্পুর মমম সুংশিবস্তুং পানা কা পুংবু লেম্না মণি অমৃত শিদ-মহী অথোইবা মহাক্কা চেংলৌ মিৎকুপমরুম বভ্রুবাহন নিংথৌ মাংদা থানা চংখিরে।

মণিপুর লানফম তেঙ্গোল্লমদি য়াইফ মথোই তোংলবগা সুংঙাই মরাং কায়রবগী পুক্লিং হরাউথোইনা বাত্রভাও পুংয়াম

য়ৈরবগী তেঙ্গোন মনিল নাইনা লৈঙময়ে। মণিপুর লৈমাবপা তাংজা লিল-নিংথৌগা চেংলৌ শকথিনরে। বভ্রুবাহন পাঙ্গনবু কোলোয় য়াথং অশ্বমেধনা পাউমেললুয়ে—হে ইনোংয়াই মণিপুর লৈমাবা নংবু তোঙান মীচাপোক কনা নত্তে। পলেম নমা চিত্রাঙ্গদা অহেনবীগা ইমোম উলুপী নিংথিবীগা অনিমবু হক-শাং তোঙানবনে হায়না নিংলুগুনো। চেংলৌ মশক অমতনে। বারম অসিগী দমক পাঙ্গল মথোকপা নংবু নিংথৌ ইনোংয়াই ঙাইরী থৌজান অচেৎপা মহাকনে। থৌরম অসি খঙ্না ময়ু নিংথৌ ঐগী ইতৌ অয়োনববু লৌবিগুনো। পম্মৌ নপা হিংহনগে হায়বগী দমক নংমা লানফম পুক্নিং ইন্না শোক্নরবা অসিবুসুং থৌরম মতৌ ওম্মোকপা মহাকনে হায়না সন্দেশ খুদোল পুরকপা থৈবিকপু অমৃত শিদ-হীগা চৈরোইননা বভ্রুবাহন মথুৎপাক্তা শমু খুৎশিন্নরে। পম্মৌ মপা অর্জ্জুন বায়রা তেলহৈববু নিংথৌ ঐগী মাকলৌরেন মুংচানবা মহাকনে। মাবু য়াইবী থরাই হিংনবা শংলৌ থৌরাং থিন্দনা তৌরুরো। হে পাঙ্গল মীওই চংথোনবা-ও! মণিপুর নয়েবাকপু য়াংনা ইল্লানখিরো। অমন থৱৈ কুম্নবা নমু মীহাক-শাংবু মতম নোংশাং কুইনা থমকদবনে হায়না পাউমেল্লবদা বভ্রুবাহন পাঙ্গনবনা হোয়্নদা হে পলেম ইমা পোকপা ইয়ু থোইমোম লাইওইনবা-ও। নংগী নিংথৌ সনা ময়াথং অমৃত ঈথিক্নবগুম পাউমেনবা অসিবু নাতারবদা থোইনা মুংঙাই পুক্নিং পেললে। ইয়ু থৌজাল নয়লক্নুনা লেপ্পা পম্মৌ ইপা শাংমাববু য়াইবী থরাই হিংলথেনে হায়ববু শংশং তাংনা খঙ্জরে হায়না

সনা মখোংখাদা হন্না হন্না খুকম্নবগা মীযাম ঙাইরোইনন। নিংথৌ মরৈবাকপু য়াংনা ইন্দানখিবে।

কোরৌ হুমিং কয়ামরমদা মণিপুর মচৈ বাক্পু ৱাইথুংলুদবিঙৈ আনন্ত তাংজা লিললৈবা মহাক্তদি মচা ঙংম লিলা অঙম্বদা নিংথৌ ঐবু মণিপুব লৈবাক্তা য়াংনা চৎলঙৈ হায়না কোলোয় য়াথং ইস্থোক্লবগী নিংথৌ লমচৎ মতুং ইন, পোংলোই মশীং য়াম্না তাংজা লিলা পুন্নমবু ঙাইরোইননা লাক্লে। থোবম অসি মতুংদা মদাইবেম ধৃতবাষ্ট্র অঙম্বনা মরান লোনয়িময়াইদা ৱাইথুংলবগা মপারী দুর্ব্বুদ্ধি কুবুদ্ধি কৌবা অনিমবু কোলোয় মমিং পন্না পাউমেললুয়ে পাবী নবিংঙাবু লৈরিবৈঙদা মাইপি ইয়েং তানা লান্নংবা অস্তম্বদি তাংজা ইতিক ওইদে। লিলা ইতোকলেন হাইফৎলকপা অসিবু চেংলৌ নমিং থিংনা যেং-ও। যাথং অমরক হন্না কবি হায়হৌঙৈবু লৈতরে। ৱাবম মতৌ অসিগী দমক পন্থৌ মপা অর্জ্জুন পাঙ্গনবগী তাংজা লুবেন তুপথোক্লবা অতুবু মতম থংলৌহন্দনা য়াংনা লৌবকলু-ও। তাংজা লুবেনতোনবু লৈংববদা অমৃত খুৎথুম চন্না পুখিববা অতুনা মহৈ কনা লৈররোইয়ে। থোরাং মতৌ অসিবু পারী নবিংঙাবু য়েনলাং ঙমদম থিহীগুনো। পন্থৌ শাৎমাবগী মাইথি ময়েং তাবা পুন্নমবু তাংজা ইকাই ঙাক্লবতুম মচা মানা পোকপগী ধর্ম্ম মথোই তোংবা-ও কৌয়ে হান্না পাউমেনববু নাতারবদা পন্থৌ মপা শাৎমাবগী তাংজা তোক্লেন হাইফৎলকপগা মপারী সুচানবা অনিমদো কঞ্জাউ মৈরা থোক্না য়াংনা ইন্দানখিবে।

মণিপুর মরৈবাক্তা অর্জ্জুন বৃষকেতু পন্থৌ মপা-মচা অনি-মনা অমন খমলৈ কুম্না লৈরিবা অতুদা য়াংনা রাইথুংলুরে। মোমন্তু নুজালুপ হকশাং পাঙ্গল মথোকলকপা খৈবিকসুং অর্জ্জুন শমু মহকশাং তাংজা লুরেন লৈতরবা অছুবু কোয়া মিকপণ্ডমরে। মতম অস্থম ওইবিঙৈদা তাংজা লিলা অনিমদি নমু কনাগুম্ববু খণ্ড্ হন্দনা অর্জ্জুন বৃষকেতু অনিমগী তাংজা লুরেনতোনবু হুখিরে। মুনি মীচৈখোন্না গরুর চেক-নিংথৌনা চাক্তাফম বকদন্ত কৌবা নারক উমংলেন অথোইবদা হুনজিল্লুরে। অর্জ্জুন শমু মহকশাংবু ঙাক্না লৈরিবা পুন্নমদি তাংজা লুবেনতোনবু মিৎয়েং শানখৈদরবগী মুংবং ঈরৈ চন্না হিঃ হিঃ মতৌ করিনো হায়না উনবা পুক্লিং ঙক্না নীংথন্নরিঙৈ চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনিমসুং থরাই নোংদা কা মিপাই লাইখংননা মিকপ্নরে। বভ্রুবাহন ইপারিদি পম্থৌ য়াইবী থরাই হিংনবা নমু কনানা য়োঁঙমদবা পাতালপুর তাংজা লিল-লৈবা-ক্তগী শংলৌ থৌরাং লূন্না মণি-য়াই মহি শিদবসুং পুরকলে হায়ববু নাত্তারে। তাংজা লুবেনতোনবু লৈতরবা অসিদা য়াইরেন খুত্তা থূন্না পুরকপদো লৈরাং অতিংঙাবু মওইরঙৈনে।

হা হা খোইমোম নোংদম্বা-ও! বিধি নরায়েনবু করম নোংদম্বিরম্বনো খণ্ডদরে হায়না মালেম লৈমায়থক্তা শমু খোঙবু থিন্না মিকপলে। মাইকৈ মথোং উদনা চেংলৌ মিৎথোং মমলে। পুক্লিং ইরাচন্না লৌশিং মথোং খণ্ড্দরে। মতৌ করম ওই-ও হায়বনো? ইবুংঙো দেবকী পায়মা উনকোইনুংগী নাউনৌবা শ্রীকৃষ্ণ নিংথিবা ন.বু নত্তনা পাঙ্গল কনা লৈতরে। থরাই ইমিরেনগী

ইবুংঙো অর্জ্জুন ৱায়রা তেলহৈবা অসিবু লোইন। নংগী নপাতাউ অচেৎপনে হায়বা নত্তবগী হৌজিক মতম অসিদা চীংঙ্ নথোজানবু করি থোজাল নমমুক্লবিরবনো ? হে বিধি নোংদন মহাকথক্কী হে বিধাতা মপুরেন অথোইবা-ও হায়না মিকপ তেংথা চেবোংইননা খুরুমজখিয়ে। হে দেবহরি নারায়ণ অথোইবা-ও! হে নরসিংহ যঙ্গোম অহিংবদা য়াহিপ্পা হে লক্ষ্মীনাথ মপুরেন অথোইবা নংবু হন্না হন্না খুরুমজবনে। হে গোবিন্দ শ্রীভগবন হে বসুদেবগী মপারী শঙ্খ-চক্র গদা-পদ্ম খুৎশু মরিমনা হেনমোইনবিরা নংবু খুরুম্বনে। হে ইবুংঙো ব্রহ্ম অথোইবা মথক্কী পরব্রহ্ম মপুরেন ও হায়না শ্রীকৃষ্ণ অথোইববু রাণীশ্বরী মচিন-মনাওনা য়াথং লৈশি-লৈথোন্নৱা মিকপলে।

থোরম অসুম ওইরিবৈ বভ্রুবাহন অকনবদি মণি য়াইরেন-শিদববু পুনা ৱাইথুংলববু তাংজা লুরেনতোনবু লৈঙমদববগী কোরৌ নোংশিংজংনা লুৱাই কোইরেনম্বক্তা ফেম্থরকপহুগুম্লে। ৱাহু শানা ফংবগুম লৌশিং পুকথোং মাংলে; চেংলৌ মাইথোং মকলে। চিনবান লৈতোন খংনা য়াথং হায়দোকগুমদা পন্থৌ য়াইবী থৱাই হিংঙম্নরোই হায়না মালেম লৈদা ওন্না মিকপলে। তাইবং নমু পোংওইবা খোইমোম লাই করম্বনা পন্থৌ তাংজা লুরেনতোনবু হুখিরবনো ? চীংঙ্ ব্রহ্মা অশেষা মহাদেব লাইয়িংথৌ ইন্দ্র সরারেন খোইমোম মথোয় অসি থৈবিরু-রিবৈ অতৈ কনানা লৌখিঙম্নরোই। থোরম মতৌ অদু নত্তনা ব্রহ্মাণ্ড তাইবং নোংশাপান অসিবু পন্থৌ তাংজা লুরেনতোনবু

খওননবা মালেম মথক মথা ওন্না কাউথোক্রসিবরা? থোইমোম লাইগী নোংদম্না পন্থৌ য়াইবী থৱাই মাংহল্লবগী হকশাং য়োই-ওই ওন্নবা শংলৌ থৌবাংজববদা পন্থৌ তাংজা লুবেনতোনবু কবম হুখিওম্নবনো। হে পন্থৌ ইপা ইপা হায়না য়াৱা মথোঞ্জেনবু ৱাংনা কেৌববগা উৎফুল নোংনৈথক্তা তুখিবে।

থেৌরম ববিগুম্বদগী পলেম ইমা পোকমাবীবু বেশ্যা হাম্বোইবীনে হায়না পাউমেনশিল্লবগী দমক পায়মা লৌশিং তোল্লবা ঐনা পংনা তোনলাং ইখোয় শাউনা পন্থৌ য়াইবী থৱাই মা হললুরে, খওলে খওলে ঐগী লৌশিং ইহৌশা অসিবু তনবা নিপালুপ পুন্নম-দগী খাম্বী মৈতাল অশিগুম্ববু লপ্পা ওইবে। মতৌ কবিগীনো, ইনুং থোমানেন মল নচাননে হায়রবদো হা হা কৃষ্ণদেব লিক সুমেকবু ওইনবা নংবু নত্তনা পাঙ্গল চৈশৌ ওইনববু কনা লৈতবে। অর্জ্জুন পন্থৌ ইপা শাৎমাবদা থৌজাল নংগী নহৌশাবু কবি লৈবিদববনো? হা যদুমণি অথোইবা-ও। থৌরাং মতৌ ওন্থোকয়ে? থৌজাল নম্মুকমনয়ে। মরম কবিগীনো, অর্জ্জুন লোইনা নপাতাউবু দ্বারিকা নরৈবাক্তা কবম ফাউকদবনো? হে বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ শিদবা নংনা মণিপুর ইবৈবাক্তা কৃষ্ণ চেংলৌ শক উহন্দ্রবদি অর্জ্জুন পন্থৌ ইপা শাৎমাবা, ইশানৌ বৃষকেতু অনিমবু লেপ্না য়াইবী থৱাই হিংলবোইয়ে হায়না খওলে।

জৈ মুনিবেন্না হে জন্মেজয় নিংথৌবেন-ও। উনবী পুক্নিং তপ্পা নাতা-ও। বভ্রুবাহন পাঙ্গনবনা মালেম লৈথাম্নুংদা চংনা হুম্নেন লান শোক্লরুবা অমৃত য়াই-মহীবু লৌরুবা ফত্ত লিনচেনখিবা

লিলা মচিন-মনাওনা তাংজা লুরেন হুনা থমলুবা বভ্রুবাহন পাঙ্গনবনা মাংলেম লৈদা ওন্না মিকপ্পা ৱারম অসি খৈবিকপু শুপ্না নিংথৌ নমাং শংশংবদা ৱাহমথিরবনে। চীংগু লাইবক ফবা নমু কনাগুম্বশিংনা উনবী পুক্নিং পিনা তানাজরবদি পূণ্য মপৈ য়াম্বা তিনলুরবা অহুনে। তাইব' নমু পোংওইবা অসিদা নোংদম ওইওইনবিডৈদি থৌরম অফ শেম্নবস্থং মতৌ ওন্নতৈনবদা মতারুয়ে। মণিপুর লৈমাবনা পন্থৌ মপা হিংনবা শংলৌ পৌরাংজরবা মহাক্না অমরক থৌরম য়ৈথাই থোকওময়ে। থোইমোম লাইগী নোংদম অসিবু কনা খঙলুঙমসিবনো ? তাইব' নমু পোংওইবশিংনা লৈরাং অতিংঙাদা পুক্নিং নাপল ৱাংয়ে। মীওই লাংওনলকডৈগী মথৈবু অমন খয়ৌ কুম্ববু নক্না মপুনসিস্থং য়ামদবা অহুনা থৌরম নাপল ৱাংবদি অমন খয়ৌ কুম্নোইদৌবগুম লাক্নরিয়ে।

হে নিংথৌ অথোইবা-ও। থৌবম লৈবা খৈবিক্তগী মচি লনমরু অচেৎপদি কৃষ্ণ সনা খুয়া থম্বাল-লৈবু নঙাইরে হান্নবা খঙজবা নমু মীওই চংখোনবশিংনা শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোংখাবু উনবী পুক্নিং চেৎনা নিংজববগা ৱাকয়ৈ চিবু ওইনা লাক্লয়ে। কৃষ্ণ সনা খুয়া থম্বাল-লৈগী ৱাকয়ৈ হিমন ওইনবদি ভক্তি, সত্য, প্রেম অহুমনে। হিমন মতিক ফংদবিবা নমু কনাগুম্বশিংনা ৱাকয়ৈ পংনা হিদোং ফংলুদে। থৌরম অসি খঙনা হে নমু মীওই চংখোন-বশিং-ও। ভক্তি পুক্নিং চেৎনা নিংজৌ-ও। সন্ধিবর সেনগী মপারী গঙ্গাদাস সেন লৌশিংবনা ৱাহমশৈনে। হরি কোলোয় মমিংথোং অসিবু উনবী পুক্নিং লিতৎ নাইগনা নিংজৌ-ও। অধ্যায় কুন

শুরকপা থৌরম অসি মতুংগী ভগবন্ত ঈশ্বর মপুবেন তাংজা লুপা থোংনা খুকম্লবগা মহাভারত অথোইবা অশ্বমেধ যজ্ঞ থৌরম পুম্নববু য়াথং মরী থিনা তেংথারকে।

জৈ মুনিরেম্না হে হস্তিনা খুৎনিংথৌ-ও ! অর্জ্জুন তাংজা লুরেনতোনবু মাংলে হায়না অসুম মিকপ্নবিদুঙৈ হস্তিনা নরৈবাক অসিদা লৈরিবী পলেম মমা কুন্তী সতী অচুম্বীগী খোমলেন মংলানচান্দা অর্জ্জুন মপারীগী তাংজা লুরেনতোনবু মালেম লৈদা নোংগী কোরৌ মুমিং অত্থুদা খোমলেন মংফাউনকরবগী অর্জ্জুন বৃষকেতু অনিমগী তাংজা লুরেনতোনবু শমু লেংবাস্থকুগী মালেম লৈদা তাববু উরমলুইয়ে। তম্না খোলেন মিকপ থোক্লকলবদা ইন্নুং কৌবা চীংনুং শোইগুমলে। কুন্তী খোমলেন মংলানচানবু কৃষ্ণ সনা মখো থাদা কোলোয় পাউদমজখিয়ে—হে ইবুংঙো কৃষ্ণ নোংদম মপুবেন-ও। ঐগী খোমলেন মংলানদচান অসিবু মহৈ কবি ওইববু থোক্লগবনো খণ্ডমদবে। পুক্লিং চিংনা পোকয়ে—অর্জ্জুন ইপারী ইনোংয়াই বৃষকেতু অনিমগী তাংজা লুরেনতোনবু তূপ্না মালেম তাবব্ উরমলুইয়ে। খোমলেন মং ব্রারীবু অসুম কোলোয় পাউদম্লিদুঙৈ সুভদ্রা কর্ণ মনাকোংদগী কুণ্ডল মনাশি হৌকথরকপবু মালেম লৈয়দা তারকয়ে। কুন্তী খোমলেন মংলানচানগা খৌরম অনিমা অসিনা উনবী পুক্লিং ওক্ সুংবং ঈরৈ চন্না লৈরিদুঙৈ কৃষ্ণ থোইখোইবনসুং হে কুন্তী সতী অচুম্বী-ও। নংগী খোমলেন মংলানচান অসিবু লেপ্না মওইরদুঙেনে। শয়েং ঐগী ইতানবোম শারেন ওইরম থংবরমদা ফ্ইনা ফ্ইনা শিংলি হকশাং চোংববু কৃষ্ণ

কোলোয় মযাথং নাতাবদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্নসুং শানৌ মচিন মনাও মরিমবু ঙাইবোইননা মিকপ্লে। হস্তিনা লৈবাক পুন্নমসুং নুংশি মথোং থংদা থমোই মৈচাক থোইনা মিকপ্নরে। কুন্তী, গন্ধারী, সুভদ্রা, দ্রৌপদী, শ্রীদেবকী, যশোদা, সত্যভামা, জম্বুবতী, আওল, সুলক্ষনা য়োইবু লেংনা তিনবী অসি খৈবিকপু নুংশি থোন্নবু থিংনা গিকপ্নরে। অসুম রাবম মথোং থঙ্দা, উনবী পুক্লিং ঙক্, নুংবং ঈরৈ চন্না মিকপ্নববু কৃষ্ণ চেংলৌ মিংথিংলবগী বিনতাগী মপারী গরুড় চেক-নিংথৌবু উনবী নিংশিংলুববগী চেংলৌ মিৎকুপ-মরুমদা য়াংনা কৃষ্ণ সনা মথোংথাদা থুকন্নবগা কৃষ্ণ শিদবদি সারঙ্গ লৌকুং মথুৎশু সুদর্শন মক্তবগা চক্র মকোয় ফাবা গদা মথুৎশুগা কৌস্তুভ মণি য়াইরংচানসুং যাওনা লৌরবগা নারায়ণ শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইবা অতুনা পলেম মমা যশোদা দেবকী অনিমকী কুন্তী সতী অচুম্বীসুং ভীমসেন অকনবসুং ঙাইরোইননা পোনবী গরুড় চেক-নিংথৌগী চেক্লা থক্তা ভোংথৎলবগা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির নিংথৌবেন্নচিংনা হস্তিনা লৈবাক পুন্নববু উনবী পুক্লিং তপ্নবা মিৎয়েং থৌজাল চৈরোইননা পাউমেনজখিয়ে। নুংশি নংথোয়বু থমোই কায় নুংনাং খোয়বু ওৎনা মিকপ্পা অসিবু তৌবগুনো। হৌজিক চেংলৌ মিৎকুপমরমদা পার্থ অর্জুন তেলহৈবগী ফন-লমদাংশাংবু ঐনা তৌরুরভৈনে হায়না পাউমেল্লম্নবগা শ্রীকৃষ্ণ অথোইবদি মণিপুর মরৈবাকপু ইন্দানখিরে।

পোনবী গরুড় চেক-নিংথৌদা নমু পোংবুম মঙাদংবু চেক্লাথক্তা পুনা মাইকৈ লমদম অতাম্বা অর্জ্জুন য়াইবী মাংনফম মণিপুর

লমনা থাপ্পদা ব্রাইথুংলুবে। পার্থ শমু মহকশা হকশাং লৈবাং অতিংঙাবু ওইববা তাংজা লুবেনতোন্দি লৈঙমদববা অদুবু চেংলৌ মাংথাননা উকুরে। বভ্রুবাহন পাঙ্গনবনচিংনা লান্মী অথৌ লিচা হেপ্পা পুম্নমক্সুং পলেম মমা চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনিমক্সুং যাওনা মোমন্থু নুজা লুপ খবিকক্সুং কোবৌ গুমিৎ কয়ানিমবমবু তরা খুৎপুন পিদা, লাইজা চিনখুন যেংদা, চবম থগে নিংহন্নরবগী মাইথোং মযেং তা, চেংলৌ মমাই মক্ খৌবি চবম কংনা, পিবেম ঈচেন্নবনা চেংলৌ মিৎপান কংবিদনা পাযমা নিংশা শৎহোন্ননা য়াব্রা খোঞ্জেল থোকঙমদনা মদোম মদোম ফিকপ্পঙম্ববু কৃষ্ণ চেংলৌ মিৎথিংলুববগী হা হা ধনঞ্জয় লোইনা ইপাতাউ অচেপা ও। নংবু কবিগী মালেম লৈদা তানা লৈঙম্লবনে ? হৌবো, হৌবো, কৃষ্ণ নপাতাউ ঐবু লাকলে হায়না ঈশ্বর নোংদম মপুবেন মহাক্না নুংওন মখৈ লৈতনা অশুম মিকপলুরে। অতৈ থৌবম অযাম্বদি লৈখিস্লনো।

জৈ মুনি অথোইবনা হে জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও। কৃষ্ণ লাই মক মহাক্না অর্জুন ব্রায়বা তেলহৈবা মহাকপু লমলোই থা-মদবনে। শংশং তাংনা খঙ্হনগে হাযবগী নমু মৌমাচমগুম মিকপ তেংথা য়াউরুবে। ব্রারম মতৌ অসিগী অর্জুন কনী মফমলেন খুদিংদা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ অথোইবনা থৌজাল লিথানদনা মরৈয়ে হাযববু শংশং তাঙনা খঙ্লিয়ে। থৌবম অমা অমা ওইরবস্লুং ধনঞ্জয় পাঙ্গনবা মহাক অদুবু শুপ্পা চীংঙ্ লাইবক কবা হায়বদো তাংজা লুবেনতোন্দা শমু খুৎনা হাপ্পা মিকপলে। শ্রীদেবকী যশোদা অনিমক্সুং মুংওন মখৈ লৈতনা মিকপ্পরে।

মশাবী ভীমসেন পাঙ্গনবদি নুংশি মৈচাক থোইরবগী কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা কৃষ্ণ কোলোয় মমিংথোংবু কৌনা পাউমেল্লকয়ে-- হে জগন্নাথ মপুরেনবু ওইবা নংনা নতৌ ওন্না ?তন করিগী মিকপ্লিবনো ? ৱারম ওস্থোকপা পুন্নমা অসিবু .তৌবিংগুনো। শানৌ নুংশি মৈনা থমোই মৈচাক থোইজিল্লকলে। থৱাই ইমিবেনগা মান্নবা ইশানৌ ধনঞ্জয় পাঙ্গনববু লানফম লৈদা তানা লৈওন্নবা অসিদা নুংশি মৈচাক খাংওমদরে। শানৌ য়াইবী থৱাই মাংহনবা মহাক্কী তাংজা লুরেনতোন্দা মশুং লিশিং শুবা থেঙ্গু ইখুৎশুনা থাকুগে। পাঙ্গল মপাতাম্বা মহাকপু ঔবস কনাগী মপাবীবু ওইবগী কবম পাঙ্গল মপা লৈতবনো পূণ্য থৌরম করম্ববু তৌনা অর্জ্জুন পাঙ্গনবা মাগুম্ববু করম যাইবী থৱাই মাংহনবনো ? অর্জ্জুন য়াইবী থৱাই মাংহনওম্বা অসিগুম্বদি তাইবং নোংশাপান্দা পাঙ্গল মাগা মান্নবা কনা লৈতবে। কৃষ্ণ দামোদব থোইথোইবা-ও। নংবু হেন্না মাংওই থৌরম অচেৎপা তুংগী মহৈ অথোইবস্তুং থৌরম পুন্নমবু অমা কনা লৈবনো ? তাইবং মপোক অহুমলক্কী অওই-ওইদ খৈবিকপুস্নুং, থৌবম অচং-অথোক পুন্নমগী তুংনা ফম্বিবেনবু ওইবিরস্নুং নংনে। শানৌ য়াইবী থৱাই মাংহনবা মহাকপু পাউতাকপি-ও। থমনুং যম নিংথৌগী শমু মখুৎপাক্কা য়াংনা থাদোকলুবগে হায়না পাউমেল্লবগী থমোই নুংশি মৈচাক থোই, অর্জ্জুন মমিংথোংবু কৌনা য়াৱা মথোঞ্জেলবু ৱাংনা মিকপ্লকয়ে—হে ধনঞ্জয় পাঙ্গল মীওই চংথোনবা-ও ! নংনা তাইবং মরোল অহুমমবু শমু খুৎথুম চনয়ে নওমজবনে।

কোবৌ নোংমদোনগী ইন্দ্র সরারেনবুস্নুং মালেম লৈখারোল্লগী আনন্তশেষ তাংজা লিন-নিংথৌবুস্নুং অর্জ্জুন নমাং খাংদনা মণ্ডমজবনে। তাইবং নোংশাপান পুন্নমবু নদোম মাগী লীরুং নথুংশুনা পাঙ্গল খুংথুম চনয়ে হাইনা নমু পোংওইবা থৈবিল্লা নতিক পাঙ্গল্ থাগৎনরিবনে। উৎফুল লৈমাইথক্তা লৈওম্বা অসিবু মতৌ করিগীনো? ভীম নশাবী ঐবু হকশাং নমদা হুন্না থরাই মপাল খোক্কে তৌবকলে। ইশানৌ নতৌ যেংবদা পুক্লিং হবাও চংনা মুংভাই মথোই তোংববু ওইনবনে। লহান মাংগী মতমগুম নশাবী ঐগী চেংলৌ মিৎলম খন্না কোলোয় য়াথং নোক্লা পাউমেল্ল-ও।

কবিগী যাথং ভুমিন লৈওম্লবনো হাযনা ব্রাহ্ময়বগা বৃষকেতু মপান্নীবু কৌনা প'উমেনখিযে—পান্নী নতৌ নরমচৎপু থোইনা নেঙ্বা পলেম পন্থৌ অনিমগা শাবী নচিন ননাও পন্থৌ নপাতোন পুন্নমদা পুক্লিং ভক্তি তৌহৈবা, খুংশু নতৌ চংখোনবা, পাঙ্গল নঙান চাউবগী নতৌ নতিক অয়াম্ববু উনবী নিংশিংলুবদা পন্থৌ নপাতোন ঐদি থমোই মৈচাক থোইজিল্লকলে পন্থৌ নপা পোকপা কর্ণ লীশু হৈবা মহাকপু হেন্না পান্নী ন নস্নুং ঐবু উনবী পুক্লিং পিনা নিংজবনে হায়না বৃষকেতু অর্জ্জুন অনিমবু কৌনা কৌনা মিৎকোই লাইজা ইকম ভাউনা মুংশি মতৌ কম্বু লৈতনা মিকপ্লবগী পন্থৌ মপা-মচাবু যাইবী থরাই মাংহনবগী তাংজা লুরেনতোন অহুবু থেঙ্গু ইখুংশুনা মশুং তরেৎ মঙা থোক্লা

থুগাইরগে। কোবৌ অসি মুমিৎমদি পুক্লিং নাপল ব্রা না কৃষ্ণ মমাং শংশংবদা পাউমেঞ্জগে। ব্রহ্মা, মহেশ্বর, মহাদেব, পুরন্দব, সরাবেনম্সুং, কুবের, লননিং, চীংঙু মাইকৈ ঙাকপা নিপালমম্সুং, খোইমোম অসি খৈবিক্লা পারী শানৌ অনিমবু যাইবী থব্রাই হাৎপগী মীচং পাঙ্গল ওইববস্তুং ভীম ঐবু ঙমহল্লবোইয়ে। থৌরম মতৌ অসিগী পুক্লিং অকি চংনা অতিযা নো লোন অমদা পোনবী উচেক ওইনা পাইখিরবম্সুং ঐনা নোংশিং মশক অকনববু ওইনা মহুমথকঙৈনে। সমক্রু লাইজা ঈবেনপু দা লেমলৈ ঙাগী মশক ওইনা চংখিহীক্লবম্সুং ব্রাইখু মশক ওইনা চপহৎলুঙৈনে। মালেম লৈখানুং তাংজা লিল-লৈবাক্তা চংখিহীক্লবম্সুং পোনবী গরুড চেক-নিংথৌবু ওইনা মরাকলুঙৈনে।

শুপ্পা তাইবং মবোল অহুমদা চেল্লবস্তু মাগী য়াইবী থব্রাই হিংনববু পুম্না লৈতরে হায়না ভীমসেন অকনবনা যাইবী কলহৌ নীকপবু উরবদা শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইবনা হে বৈষ্ণব পাঙ্গনবা-ও। নংবু পংনা কঞ্জাউ মাংওইনহীগুনো হায়না শ্রীকৃষ্ণ সনা যাথংনা অস্তুম উনবী পুক্লিং তপহল্লবদা বভ্রুবাহন মণিপুর লৈমাবনা চেংলৌ মিংখিংলবগী কামদেব মথোক্লকপদা পাউহংখিয়ে—পুক্লিং কঞ্জাউবগী চেংলৌ মশক ওইবা মহাক খাম্বী মৈরী মানগুম্বা লাঙ্গোই মচুম ত্তাবা শাগুম হকশাং থোইনা নোইপেনবা অসিবু কনানো? ঐবু চেংলৌ শক থঙ্হল্লো হায়ববদা কামদেব শমু খুৎপু থিন্না পাউতাকখিয়ে—

নমু মীয়াম্লক্তগী মচু শংবানবা, মণ্ডান চেংলৌ মিৎপু ঙকপা অসিদি দেবকী মপাবি বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ শিদবনে। লৈমা চেংলৌ শকোই হেনবী নুংশি খোযবু থিৎনা ব্রাইথুংলবী অমসিদি পম্থৌ নপা পোকপা নবেন কুন্তী অচুম্বীনে। তিলাং মখোয় শৌবগী চেংলৌ মশক ওইনা উবা অসিদি নপন ভীমসেন অকনবনে হায়না পাউতাক্লবদা বভ্রুবাহন মথোক্লকপনা কৃষ্ণ সনা মখোংখাদা হান্না খুরুমলুবে। শ্রীযশোদা দেবকী কুন্তী অহুমম্মুং তাংজা কোক্তা থোংনা খুরুমজরবগা য়াথং মিকপ হিকহায়ননা কৃষ্ণ সনা মখোং-খাদা কোলোয় পাউদমজখিয়ে—হে ইবুঙো প্রাণনাথ গোবিন্দ থোইখোইব-ও। পম্থৌ ইপা হাৎলবা মহাপাপী ঐগী ইনাক শংশংবদা কৃষ্ণ সনা থুযাবেনবু নক্লা তানক্ংজরে। ঐগী ইতৌ অয়োনবা থৈদিকপু শ্রী অথোইবনা তিল্লবা সনা নখোংখাদা য়াথং পাউদমজগে। পম্থৌ হুয়েন লান শোক্লদবিঙৈ হান্না পম্থৌ মাংদা থানা কোবৌ নোংশাকোনস্লুং লোইহা পুকম পোৎকা কংনা ভক্তি য়াথং চৈরোইননা থুকমজক্লবদা পম্থৌনা চেংলৌ মিৎনা যেংবিদনা তাংজা ইবাইবক্তহুম থোংপাক চৈথা কন্না কাউববগা পলেম ইমা পোকমাবীবু নটিনী হাম্বোইবী বেশ্যা শিংলেন তাইজবী চম্নুনে হায়না সভা মীয়ামমাংদা য়াথং পাউনোকনৈয়ে। থৌরম মতৌ অসিদগী হুয়েন লানশোক হৌনখিবদা পম্থৌ শাৎমাবা শানৌ বৃষকেতু অনিমগী তাংজা লুবেনতোনবু মালেম লৈদা তাববু থোকখিরে। হে প্রভু কোরৌ ইনোংথো ও! থৌরম অমা অমা ওইরবস্লুং পম্থৌ য়াইবী

থব্রাই হাৎলবনিগীনা তাইবং নোংশাপান অসিদা কোলোয় মিংলেন থীবা নরক ফম্বী ওইনববু য়োনকররোইয়ে। থব্রাই য়াইবী হিংনা লৈবদা মহৈ কনা লৈতরে। ব্রারম মতৌ অসিগী দমক প্রভু নখুৎশু সুদর্শন চক্র অকোয়বা অত্থনা তয়ম তাংজা লুরেনতোনবু য়াংনা তুপথৎপিরো হায়জরবগা মবেন কুন্তী অচুম্বীদস্তুং হে ইয়ু সতী উনবী পুক্লিংলেপ্পি-ও! শাগৈ লেংনা তিনবরক্তগী থাম্বী মৈতাল অশিবগুম্নবা ঐবু নংগী য়াথং মীচৈ অরুম্ববু থুনা থাদোকপিরো। তাঙ্গোই উৎফুল ওইনা মাংজখিরগে। হে যশোদা দেবকী অহেনবী নবিংঙাস্তুং মীচৈ য়াথং হেনফদববু পিনরো। হে পম্থৌ ইপা মথক্কী ইপল ভীমসেন পাঙ্গনবা নংস্তুং থেঙ্গ নখুৎশু মশুং লিশিং শুবা অত্থনা তাংজা ঐগী লুবেনতোন অসিবু হৈরু কাংথোং তমগুম মচেৎ মশুং যাম্না গগাইবিবো। পম্থৌ য়াইবী থব্রাই হাৎলবা পাপী নমু মীচনখি ঐনা মরম কবিগী য়াইবী থব্রাই হিংনা লৈবসিবনো? তাও, তাও, হে নাবায়ণ অথোইবা-ও! ব্রারম মতৌ অমস্তুং ইতিক পাঙ্গল উৎনা হুয়েন লান শোক্লসে হায়হিক্লবদি ইপল ভীমসেন অসিনস্তুং লানফম ইতিক ওইদে। যম নিংথৌ সবারেম্নচিংবনস্তুং ঐঙোন্দা পাঙ্গল কদোঙম্নরোইয়ে। কৃষ্ণ থোজাল নরঙ্গকুদগী ঐগী চংববু কনা লৈরুদে। কুরুক্ষেত্র হুয়েন লান শোক্লৈঙেগী ভীষ্ম দ্রোণ বামোন কর্ণ চক্রব্যূহনা তৌঙমদববু পুম্না লৈতে। হে প্রাণ গোবিন্দ থোইখোইবা-ও। ব্রারম মতৌ অমস্তুং পাতালপুর লিল-লৈবাক্তা চ'না মণি য়াই-মহিদু লৌক্লৈঙেদা

খোইমোম লাই তাইবং মী কনানা পন্থৌ তাংজা লুবেনতোনবু হুখিঙ্গম্লবনো ? তাংজা খোংখুন খঙ্নবা কৃষ্ণ সনা নয়াথংনা হায়বিয়ো। হে শ্রীহরি গোপালজী থোইখোইবা নংদি থৌবম মতৌ খৈবিকপু খাক্তনা খঙহৈবা অন্তর্য্যামী শংশংববু ওইবিবা অত্তনে।

পন্থৌ তাংজা লুরেনতোনবু হুখিঙম্বা অসিবু পুক্লিং ঐবু মৈচাক ফংলকলে হায়না পাউমেঞ্জরবদা কৃষ্ণ লাইমরুনা হে বভ্রুবাহন পাঙ্গনবা ও। নংবু পুক্লিং কঙ্গাউ তেমচিন্‌দ্‌। কোরৌ নোংমদোন মালেম লৈখাবোন তাইবং নোংশাপান মবোল অহুমদা তাংজা লুবেন অনিমবু থিখিসে হাযনা থৌথামজিল্লবগা কৃষ্ণ মিৎওং থম্বাল মানবা জীব থব্রাই থুংফম মক্তবনা অব্রাং কোবৌ নোংমদোন্দগী হৌনা মালেম লৈখা ফাউনা যেংখিবদা ফত্ত-মীনম লৌচেনবগী লৌনম মতৌ ওন্থোকপবু শংশং তাংনা খঙলুবগা বভ্রুবাহন পাঙ্গনবগা নমু মীযাম খৈবিকতস্থুং অর্জ্জুন তাংজা লুরেনতোনবু লৈবে হাযনবু পুম্না নাতাহল্লবদা বভ্রুবহন পুক্লিং হরাওথোইনা হে প্রভু কোরৌ ইনোংথোও। পন্থৌ তাংজা লুরেনতোনবু পাঙ্গনবা কনাগুম্বনা লোৎনা থম্লিবনো ? ব্রারম থাঙ্গৈশেংনা হাযবিয়ো। শমু মহকশাংবু ককপদা ঐগী মহাপাপপু কোক্লগে হাযনা পাউমেঞ্জখিযে।

মতম অস্তুম ওইবিঙৈদা প্রদ্যুম্ন সাত্যকী, কীওবর্ম্ম, যৌবনাশ্ব, নীলধ্বজ, অনুশান, হংসধ্বজ, প্রবীর, শুবেক মখোয় অসি খৈবিক্লা মাংগী থৌরম অহানবদা বভ্রুবাহন পাঙ্গনবনা অর্জ্জুন মমাং শংশংবদা যজ্ঞ মণ্ডম শানচিংনা লোইহা পুকমপোৎ পুম্নমবু কৎনা য্লাথং

ভক্তি তৌজবদা পার্থ পুক্নিং কঞ্জাউ থোইনা কোংলোয় য়াখং অথা-থোক মিৎয়েং থানা য়েংনা পলেম মমা পোকমাবীবুস্থং থেঙ্ম্যা চুকোইশাবীনে। নংনা অর্জ্জুন ইপান্নীনে হায়ববা অসিবু মরম করি-দগীনো। পার্থ ইপান্নীদি অভিমন্যু মুংচানবদনে হায়না পাঙ্গল মতিক থাগৎলবগা সভা মীয়াম মাংদা অর্জ্জুন খোংপাক চৈথা লৃম্ন লাইবক খেনলাইথোংদা কাউববগী বভ্রুবাহন কঞ্জাউ মৈচাক থোইরবদগী হুয়েন লানশোক হৌনখিয়ে হায়না প্রভু সনা মখোংথাদা য়াথং মবেং শীন্না কোলোয পাউদমজববু নাতাববদা যত্নরাজ অথোইবনা বভ্রুবাহন মতৌ অয়োনববু পুন্না লৈখিদে। পাঙ্গল মথোই তোংবগী থোক্লবনে। রাবম মতৌ অমস্তুং থোইমোম লাইগী নোংদম্নু কনা হেনগুমদবা অদুনে হায়না অস্থুম উনবী পুক্নিং তপহল্লবদা আনন্দশেষ তাংজা লিলানিংথৌনস্তুং য়াথং লৈশি লৈথোন্নবা পাউমেঞ্জখিয়ে—হে ঈশ্বর মপুবেন-ও। অর্জ্জুন বৃষকেতু অনিমবু লানফম লৈদা তানা নোংমল্লে হায়বগী দমক মণি অমৃত য়াই-মহিবু পুনা লাকলে। পন্থৌ মপা-মচাগী তাংজা লুরেনতোন অনিমদি লৈগুমদরবা অসিবু মতৌ কবিগীনো? প্রভু থোজাল নরলকুনা থাইনা লহান মাংদা চীংগু নোংথৌ সরারেনবু দৈত্য হিংচাবনা নোংমলহনগৈ অমৃত শিদ-হীবু থীক্লা হিংহনবদুগুম্ববু পন্থৌ মপা-মচা অনিমগী তাংজা লুরেনতোনবু খঙনা যাংনা য়াইবী থরাই হিংহনবিরো হায়না কৃষ্ণ সনা মখোংথাদা হন্না হন্না পাউমেঞ্জরবগী শ্রীদেবহরী কৃষ্ণনা হে পাতালপুর লৈমাবা-ও। তাংজা লুবেন হুনা থম্লিবা নমু কনাগুম্বনো?

কৃষ্ণ মাংদা থানা নোংমল্লববু মবৈবনিঙ্গীনা মদোম মবাওলঙৈনে। পাঙ্গল কনানা খঙঙমগবনো হায়না পাউমেল্লবগা তাংজা লুরেন অনিমবু লাক্লনবা যুবি খুজাই নুংগী লাইজা ঈবিকলাইনা কৃষ্ণ সনা খুয়ারেনবু শেংলবগা উনবী ধ্যান অচেৎপবু হৌগৎলে। মিৎয়েং অমৃত অথোইবনা মাইকৈ মথোং মরিমকপু ক্লাওনা য়েংখিরবগী চেংলৌ মিৎয়েং শাংঙমদবা অতুনা তাংজা লুরেন অনিমবু সভা মীয়াম মাংদা তাবরে। নমু লেংনা তিনবা পুম্নমক্সুং অর্জ্জুন বৃষকেতু অনিমগী তাংজা লুবেনতোন অনিমবু মিৎয়েং শানখৈরবগী পুম্না মুংঙাই নুংবংলকলে। লৌনম হুরান ওম্না মাংখিরবা তাংজা লুবেন অনিমা অসিনা য়াংনা মদোম লাকপা অসিবু ওস্থোকই হায়না খোইমোম লাই তাইবং মী পুম্নমনা জয় য়াইকরেন য়াইফববু লেপ্পা ওইবে। অশ্নম য়াৱা খোঞ্জেল লাউনা শোন্নরে হায়দবরা ?

থৌবাং মতৌ অসুম্না পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈ গী য়াইবী থৱাই হিংনবা শ্রীহরি মপুরেম্না ধনঞ্জয় শমু নমগনথক্তা ঙকশম লুরেন তাইনা হাপচিল্লে। মণি য়াইরংচান মহাকপু অমৃত লৈহাক্সুং খীক্লা হিদাক মন্ত্র চৈরোইননা পার্থ থমোই লকান্নুংদা চংনহল্লে। শ্রী অথোইবনা তিল্লবা কৃষ্ণ য়াৱা মখোঞ্জেন নিংথিবদা ফুইনা ফুইনা অর্জ্জুন বায়রা তেলহৈবা নংবু করিগী লানফম মালেম লৈদা তানা লৈরিবনো, হৌবো হৌরো হায়না হুম্না হুম্না লাউরবগী কৃষ্ণ থৌজাল মরলকুগা অমৃত শিদহীবু চৈরোইনবগা ধনঞ্জয় পাঙ্গনবদি তাংজা লুরেন তাইনা ইন্নুং খোমলেন তুমগনলুবগী চেংলৌ মমিৎ পাংলকপগুম মতম

থংলোদমা হৌগৎলকলে হায়দবরা ?

নারায়ণ কৃষ্ণ অথোইবনা অমরক অমৃত লৈহীবু লৌনা বৃষকেতু মপান্নীবুস্থং য়াইবী থরাই হিংনহল্লে। থোরম মতৌ অস্থম তৌনা পম্মৌ মপা-মচা য়াইবী থরাই হিংলকপবু সভা লেংনা তিনবা পুম্নমনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী পুক্লিং হরাউ-থোইনা পাউমেনখিয়ে। মুংঙাই মতৌ অসিগুম্বদি থাইনা লহান মাংদা মিৎয়েং শানখৈখিববু পুম্না লৈখিদরিয়ে হায়না নমু কনা ওইবা অমনা নৃতক চুকোইশাবীস্থং নমু কনা অমনা অশৈ মুংওল শকয়ে। নমু কনা অমনা মোইবুং থিনথোংয়ে। নমু কনা অমনা পেরে শিঙ্গা মনিন নাইনা থোংয়ে। রাংলেন পুংয়াম য়েবগী তেঙ্গোন মরাং হৌরে। হে কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরি হরি রাম রাম হায়না রাব্রা খোঞ্জেল লাউনরে। রারম অস্থম ওইরিঙৈ বৃষকেতু পাঙ্গনবদি হুয়েন লান শোক্লবদা তাংজা কোকয়ি কানা তুরমলুবদগী য়াইবী থরাই হিংনা হৌগৎলকপা খা চিক্লবগী চেংলৌ মমিৎ পাংবগা চৈরোইননা বভ্রুবাহন কৌবা-ও। নংবু ঙাইরখি-ও! হৌজিক রায়রা ইতেনচাদা য়াংনা নোংমলহনগে হায়না চেংলৌ মমিৎ ঙাংনা চেনশিনখিরববু অথৌ লিচা হেপ্পা পাজল মথোক্লকপা পুম্নমনা থোরম মথোং থঙ্‌না উনবী পুক্লিং তপহল্লে।

থোরম অসি মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ লাইমরুনা পাউমেল্লকয়ে—হে তাংজা জিন-নিংথৌ-ও! লাঙ্গোই শগোন, শাযু, শামী, লাম্মী, অকন-অথৌ খৈবিকম্থং লীক্লং থুৎশু তেক্লা রায়রা তেনজিল

কায়রব, টিমেন খাংতপ শন্নবনা লানফম মালেম লৈদা তানা লৈরবা পুন্নমবু তাংজা নংগী মণি য়াইবংচান অমৃত শিদ-হীবু খীকপিরো হায়না পাউমেল্লবগী নোংলেন মখোং কৃইনা চুবতম মাইকৈ চিথেক মরিমদা অমৃত পুন্না চাইববগা লানকম লৈদা তাবা থৈবিকতো ওন্না য়াইবী থরাই হিংনা হৌগৎলকলে। লীরুং মখুৎতু রাইব মতেনচা টিমেন মন্তুংচ পূন্না তাইশিন শমজিন্নবযু চেংলৌ মিৎথিলবদা লানফম তেঙ্গোনন্তুংদগী নমু মী পুমযাম থৈবিক্তো নুংঙাই নুংবং চংনা উনবী পুক্লিং ওকলে। খুভম তমথিবদগী কৃষ্ণ শিদবনা য়াইবী থরাই হিংনা পুন্না লানবিরে হায়না দুন্দভি মরু মৃদঙ্গ কৌববু রাংলেন পুংয়াম য়ৈ, শেনবুং খোঙ্গেল মনিল নাইনা নুতক চুকোই শারে। কোরৌ নোংমদোন্দগী চীংঙু লেংনা তিনবা খেবিরন্সুং শিংলেন লৈবিক নোংচুনরে। গন্ধর্ব্ব অশৈ-শকপনা অশৈ মুংওন শকয়ে। বিত্রাধবী চুকোইশাবীনসুং চুকোই থুৎথেক নৌনা শারে হায়না য়ারা খেঙ্গেল মনিল নাইনা শোন্নবে। মণিপুর মবৈবাক্তা লৈওন্বা পুন্নমসুং হবাউ মথৈ লৈতরে।

ছুয়েন লানশোকফমদা কৃষ্ণ থোইখোইবগা ভীম পাঙ্গনবগা অনিমবু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী বৃষকেতু মথোকলকপা য়াংনা খুরুমলুরবগা মবেন কুন্তী অচুম্বীবুসুং শ্রীযশোদা দেবকী অনিমবুসুং তাংজা লুদা থোংনা খুরুমজবে। অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবসুং ঈশ্বর মপুরেম্নচিংনা নমু মীপুম খুদিংবু য়োইনা খুরুমজরবগা পার্থ শমু মথুৎ লোন্না কৃষ্ণ সনা মখোংখাদা য়াথং লৈশি লৈথোনজখিয়ে—হে ইবুংঙো ব্রজ শাগে পুন্নমগী লোইদাম

থানিংথৌবু ওইরিবা-ও ! হে যদুরাজ অথোইবা-ও ! নংবু হন্না হন্না খুরুমজবনে। হে প্রভু ইবুংঙো কোয়ৌ ইনোংথৌ চতুর্ভুজ পানবোম মরি পানবা-ও ! কংস হিংচাববু পাঙ্গন ময়াই থোক্লা নোইহৎপা হে গোপালজী থোইথোইবা ও। নংবু খুরুমজবনে বাবণ নিংথৌ হিংচাববু য়াইবী থব্রাই হাৎনা যোইবু সীতা লাইরৈমবু লৌথৎলুবা হিরণ্য হিংচাববুসুং শমু খুৎঙম থিনা ভক্ত পুরোহিত লৌশিংববু য়াইবী থব্রাই ঙাকপিবা হে নরসিংহ মপুবেন নংবু হন্না হন্না খুরুমজবনে হে বামন নমু মী মনেম অনেম্বরু ওইনা লৌনম নথৌরাংনা বালি নিংথৌরেনবু মাংহনবা শমু নখোং অহুম পানবা হে লক্ষ্মীনাথ অরোইবা নংবু খুরুমজবনে। আনন্ত, ব্রহ্মাণ্ড মশীং লাকঙমদবা পুন্নমগী মবুংঙো শিদবা মপুবেন পুন্নমগী অথোইবা-ও। গোবর্দ্ধন চীংশাং নাপোম চামঅহুম শুববু গোকুল লৈবাক মুংঙাইবদা পুশিল্লবগা গোপ-গোপী পুন্নমবু ঙাইবোইননা কাউরেন যণযাম শেনবা-ও ! নংবু হন্না হন্না খুরুমজবনে। তাইবং অপোক অশি নাইদবা থৌজাল মপুবেন অথোইবা তনবা নিপা-লক্রগী পুবানা পুরুষ অরিবা নতিক সমক্র ঈরেনপুংশুম্বা নচু নোংলেন ঈনৌ হোৌশুম্বদা চোয়নৌ সনা ফিগেনা চীংমুং নোংথাং কুপকুম তগুপ তরেং নিংথিবা চীংঙ কুচু শংবানবা খোইমোম লেংনা তিনবা থৈবিকী চীংঙ লাইনিংথৌবু ওইরিবা বিধি মোংদম মথকী হে বিধাতা বায়েন মপুরেন শংশংবা-ও। নাবায়ণ ব্রহ্মা মথক্কী পরম ব্রহ্ম মপুরেন অরোইবা-ও। হায়না অর্জুন ময়া মাপী চীক্ চৈরৈ ওক্তা য়েংনা কৃষ্ণ সনা মথোংখাদা হন্না হন্না

য়াথং লৈশি-লৈথোঞ্জরবদা কৃষ্ণ উনবী পুক্নিং পেনখিরবগী দেবহরি অথোইবা মহাত্মা হে পার্থ লোয়না ইপাতাউ মুংচানবা ও! নংবু ফম্বী মফম খৈখিক্তা য়াইক মথোই তোংববু লেপ্পা ওইরো। কৃষ্ণ বন্ধু লোয়না অচেৎপবু নংবু হেন্না কনা অমা লৈবনো অর্জুন শমু মহকশাংবু হকশাং পুম্না য়েৎনা কোনবিরে হায়দবরা?

বভ্রুবাহন পাঙ্গনবস্তুং সভা লেংনা তিনবা পুম্নমস্তুং মুংঙাই মথোই তোংলে। নাগবাজ তাংজা লিন-নিংথৌবুস্তুং হ পাতালপুর লৈমাবা নংনা অমৃত শিদ-হী মণি য়াই-মযোনবু পুরকপগী অর্জ্জুন বৃষকেতু অনিমনচিংনা লাংগোই শগোল-শামু য়াওনা থরাই নিংশা পাল্লিবা খৈবিকস্তুং থুংশু মশক থোক্তববা পোৎ-লোই মশক মাংলবা পুম্নমস্তুং ওম্না চেংলৌ মশক লেপ্পা ফহল্লে। থৌরম মতৌ অস্তুমগুম্বদি থাইনা কদৌনোং উথোক্তরিয়ে। কৃষ্ণ থৌজাল ওন্থোকপস্তুং হায়ওম্নরোইয়ে। চিত্রাঙ্গদা উলুপী অনিমস্তুং স্বামী মপু অরোইবনা থৌরম মতৌ চেৎনা ঙাকচঙম্বা থোকলে। নারায়ণ থৌজাল নরলকুদগী বভ্রুবাহন পাঙ্গনবস্তুং পন্থৌ য়াইবী থরাই মাংলবা মহাক্তা অমরক থরাই য়োইওই ওমজববু থোকহল্লে হায়না সভা লেংনা তিনবা খৈবিক্তো হরাও মথোই তোংলে।

জৈ মুনিবেন্না হে জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও! থৌরম অস্তুম তৌনা খুভম তমথিবদগী ধনঞ্জয় য়াইক অরান কংয়ে। পন্থৌ মপা-মচাগী হুয়েন লানশোক লোম্নরে। পন্থৌ য়াইবী থরাই হাৎপগী পাপ

থৌরম অরূম্বস্নুং দেবহরি মপুরেন্না পুক্নিং অৱা লৈতনা কোক-পিরে। বভ্রুবাহন লৌশিংবনা শমু মখুৎ লোন্না হায়জখিয়ে— হে জগন্নাথ মপুরেন অরোইবা নংগী থৌজাল নরলকুনা পাপ লাইজা ঈরেনপুং গুম্বস্নুং কোকপিরে। শ্রী অথোইবনা তিল্লবা কৃষ্ণ সনা খুয়ারেনবু নিংথৌ য়োইকোনন্নুংদা তাবিরে। হায়না পাউমেন ৱারক-পগী কৃষ্ণ থোইখোইবনা পুক্নিং হরাও চংনা পাউমেল্লকয়ে। পন্থৌ নপা অর্জ্জুন তেলহৈববু ভক্তি নতৌ অমেংবনা ৱারম থাঙ্গেশেংনা খঙহনলুরে। পলেম-পন্থৌ অনিমনা উনবী পুক্নিং পেনবিরবশিংদো কৃষ্ণ ঐগী পুক্নিং মথোই তোংনা পেল্লবা অদুনে হায়না পাউমেল্লবদা বভ্রুবাহন পাঙ্গনবনা অর্জ্জুন মপা অপোকপবু শমু মখুৎ লোন্না ৱারম মতৌ খঙহল্লুরবগী পার্থ তেলহৈবদি কৃষ্ণ সনা উনকোইন্নুংদা বভ্রুবাহন য়োইকোন্নুনংদা চৎপিনিংববু হান্না ৱারম পান্দম খঙলবগী বভ্রুবাহন কোলোয় ময়াথং অসিদা অফ মথোই তোংবা মহাকনে হায়না পাউমেনবিঙম্লবগী কৃষ্ণ শিদবদি অর্জ্জুন ৱায়রা তেলহৈবনা চিংলিবা লাম্মী তেঙ্গোল লেংনা তিনলিবা পুম্নমবু ঙাইরোইননা মণিপুর য়োইকোনন্নুংদা চংখিরে। মীয়াম লাম্মী খোংথাংনা মালেম লৈবাক লৈমা মহাকপু নীকয়ে।

মণিপুর য়াংলৌ লনদাং ইন শমু খোংথাক্স্নু লৈতনা চৎখিবদো বভ্রুবাহন নিংথৌরেনগী শিংলেন লৈগী উমং অমবু চেংলৌ মাংদা থানা উরুরে। উমং নিংথিবদো পামেল উশা খুদিংদা মহৈ চুন্না য়ালয়ে। খোংনাং উখোং খৈবিক্তস্নুং সনা মৈথাং কোন্না মালেম লৈবুং ওইনা থোন্নবগী চেংলৌ মিৎপু লংনা উনবী

পুক্লিং হুইয়ে। শিংলেন লৈগী উমং চাউকোইন্নুংদা পুন্নুং ইংখোনলেন ন্নুংঙাই মীপুক হুবা অমা লৈয়ে। চামলৌ লাবাক কুইনা পুন্নুং লাহৈ চূম্না য়ালয়ে। লাঙ্গোই মোইশা য়া শামু মচুম তাবগী পাঙ্গল ময়াই কাবা মহাক্না লঙ্গোই মফম ওইনিংয়ে। পুখরী লাইজা ইয়োককোম অকুইবা মনম নুংশি থোইবা অমা লৈয়ে। লাইজা ঈপাকথক্তা থম্বাল লৈনুংশি থবো লৈওন্থোক শিংলেন ঙৌনা শাৎপ লৈরাং ঙাংনা ঙৌনা শংনা হেনবনা পুখবী ঈমাই চোননৈয়ে। শীংলেন লৈকা খুদিংদা খোইমু লাবা অমোম পুন্নমনা খোঞ্জেল ন্নুংনৌ থোক্না খোংনা য়াকানৈয়ে। কাংঙা চ'ক্তানা ঙান্নু চাকথোকপা খারা পোংপৈবব্ন লিতৎ নাইদনা ঈথক নানৌ চৈবোই-ননা পোনবী চূম্না তিন্না য়াকানৈয়ে। পুখবী লৈরাই চাংজৌথক্তা শিংলেন কেতু-লৈ কেব্রা লৈনুংওন গুল্মলতা উঈবৈ, যাতি যূতি, লবঙ্গ শ্রমলতা, চম্পক লৈহাউ লৈন্নুংশি, নাগেশ্বর লৈওন্থোক অসি-শিংনচিংনা শিংলেন লৈরম পুন্নমসুং তাউজিং হৈনৌ থুমখোইবা থৈবোং কি নাই নানৌবা, নারঙ্গ শাম্মংত্রাই হৈবাংচান শ্রীফল হৈরাংচান, তাউজিং হৈখাগোক, কাপ হৈমাচা যাম্বা হৈরাং চানা হোংবা তাউজিং থুম্না পানবা খৈবিকসুং পামেল মবেং হৌবব্ন নিংথি পুক্লিং হুইয়ে। তলা উতোনথক্তা কোকিল চেকনিং থোনচিংনা চীংশোং লমলৈমা পোনবী তেনোই লোন্দিনবা চোংঙা লোনথোকপা পুন্নমনা খোঞ্জেল ন্নুংশিং থোক্না খোংথৈনৈয়ে। পামেল উরকন্নুংদা কৈবি য়েক শওম পানবা কৈয়েকলা থিংলৌ ওক্লাবা কাউরেন যণথৌ লমযণ মানবী থোইগাপাক, চিত্রকেতু

লাইরেন হকচাউবা খ্বা ককয়োং নাউ ইশা লমশা পুন্নমবু উমং লমকোন নিন্না য়াকানৈয়ে। পর্ব্বত চীংলেন পলংলাগী মলয়া নোংশিং অচিকপনা তোংলেং তপ্পা শিংচিনবগী উনবী পুক্লিং চিক্লা মুংঙাইবা কুঞ্জ উমংলেন অত্তুদা দেবহরি মপুরেন্না চংখিরবগা সভা লেংনা তিনবনা সনা ফান্দেং থানা ফমফমলে।

তাংজা লিনগী মরুপস্মুং মুনি-ঋষি পুন্নমস্মুং ফমফম মরুপ লান্নদনা নমু মীয়াম তিনবদা গরুড় চেক-নিংথৌবু তাংজা লিনগী মরুপ্পা ঈশ্বর মপুরেনবু লৈরবগী পুক্লিং শোংকি চংববু পুন্না লৈতবে। গরুড় চেক-নিংথৌনস্সুং পোনবী মচিঙ্গাকনে নিংদরে। বভ্রুবাহন পাঙ্গনবগা বৃষকেতু প্রদ্যুম্ন্যদি ফম্বী মফম অমদা ফম্মন্ননরে। নিংথৌ লেংনা তিনবা পুন্নমস্সুং মরুপ মরেং য়ান্না ফমফম্নবদা শ্রীকৃষ্ণ থোইংথোইবনা হে আনন্তশেষ তাংজা লিন-নিংথৌ-ও! নংগী থৌরম মবম অচেৎপনা অফ-মথোই তোংহল্লে। ব্রারম মতৌ অমস্মুং অর্জ্জুন ব্রায়রা মতেনহৈবনা মপারীগী শমু মখুৎপাক্তা নোংমল্লবা অসিদো থাইনা লহান মাংদা গঙ্গা মীচৈ-খোনগীনে। হে পার্থ লোয়না ইপাতাউ-ও! নংস্মুং তোঙান মীচা-বোক্তী শমু খুৎপাক্তবু নত্তনা নপারীগী শমু মখুৎপাক্তা নোংমল্লবা অসিদো পুক্লিং মুংঙাইতংদবু লৈরুগুনো। ব্রারম মতৌ অমস্মুং পলেম মমা সতী অচুম্বীবু বেশ্যা হাম্বোইবীনে হায়না য়াথং ইনথোক-লুবগী মতৌ অয়োনববু লৈঙমলে। থৌরম অমমম্ ওইরবস্মুং সভা নখোয় পুন্নমবু য়াইফ অরান ফংলে। বভ্রুবাহন পাঙ্গনবা

অসিনা নংগী য়াইবী থৱাই হিংনবা পাতালপুর মরৈবাক্তা চংনা অমৃত য়াই ময়োনবু লৌরুবা অসিস্তুং অৱা মখৈ লৈতবা খুবম তমথিবা অহুনে। য়াইফ কোলোয় মমিংলেনস্তুং কোরৌ নোংমদোন মালেম লৈখারোন তাইবং নোংশাপাল মরোল অহুমদা লৈরৌরঙৈনে। তাংজা লিল-লৈপাকপু থৌরাং খুৎথুম চন্না ওমলুবা অসিবু ওন্থোকয়ে হায়না পাউমেল্লবদা পাতালপুর লৈমাবস্তুং হে প্রভু ইনোংথৌ-ও! য়াথং অমরক করি হায়হৌশিবনো? কৃষ্ণ সনা নখোংথাদহুম পুক্লিং শোংকি চংবনে। খোইমোম লাই তাইবং মী কনানা তাংজা ইরৈবাক্তা চংওমদববু বভ্রুবাহন পাঙনবদি তিল থোইদিং মথাইমরমদবু পুক্লিং অকি লৈতনা লিলা ইরৈবাকপু শমু খুৎথুম চন্না মওমলৈয়ে হায়না অন্থুম পাউমেনববু নাতারবদা ধনঞ্জয় পাঙনবদি তাংজা মরু লুকনা খিজিক্তং পুক্লিং ইকাই চংলুইয়ে।

থৌরম অসি মতুংদা বভ্রুবাহন লৌশিংবনা পম্থৌ শমু মখোংখাদা য়াথং ভক্তি তৌনা হায়জখিয়ে—হে পম্থৌ ইপা ইবুংঙো। কৃষ্ণ থৌজাল মরনকুনদি য়াইফ মথোই তোংনা লানবিরবস্তুং পম্থৌ তাংজা লুৱেন ককপগী পাপ কন্দী ওইবা কোলোয় মিংলেন থিবদি মরৈরিয়ে। পাপ থৌরম অৱস্থনা লৈতেং ফিশেৎ ওইনরবসিবু তাইবং নোংশাপাল অসিদা করি য়াইবী থৱাই হিংন লৈরসিবনো? খাম্বী মৈরীমুংদা চংনা নোংমল্লগে। পম্থৌ কোলোয় নয়াথংবু পিনরো। হে ঈশ্বর ভগবন্ত থোইখোইবা নংস্তুং নদাইরেম ঐনা য়াথং

লন নিজবা অসিদা পুক্লিং অপন লৈহল্লগুনো হায়না শমু মথুং লোন চেংলৌ মিৎপান চেন, য়াথং মুংশি চৈবোইননা পাউমেনজরবদা শ্রীকৃষ্ণ শিদবনা হে বভ্রুবাহন পাঙ্গনবা-ও। নদোম য়াইবী থরাই. মাংনগে হায়না পাউমেল্লিবা অসিবু মহাপাপ অচোবা মথক্কী পাপ থোইনা চাউরবা অদুনে। নদোম শংলৌ নথোরাং য়াইবী থরাই মাংনবদি তৌকগুনো হাযববদা হাইদা হে প্রভু জগন্নাথ মপুরেন-ও। রাবম লংজববু লৈতনা প না নাংমল্লবতুম মদোম যাইবী থবাই হাৎপা কৌযে। পন্থৌ তাংজা লুরেন ককপগী থৌবম লণ্ডজ লৈবনিগীনা ইদোম যাইবী থরাই হাৎচবগী শামাসি পাপ অকন্নদি ওইববোইয়ে হায়না নিংথনজবে।

অসুম পাউমেঙ্গববগা শ্রীকৃষ্ণ সনা খুযারেনবু থকমজবন্নবগা অমন খমলৈ কুমগে হায়না য়াংনা হৌগৎপবু শমু পাঙ্গল থেক্লা কনা থৌখামগুমদরবদা শ্রীবাসুদেব থোইখোইবনা হে ভীমসেন পাঙ্গনবা ও। করি পুক্লিং অণ্ডক চংলিবনো? বভ্রুবাহন পাঙ্গ না অসিবু য়াংনা থৌখামজিল্লু-ও। খান্নী মৈদা চংনা মদোম নোংমনগে তৌববু লণ্ডজ মতিক ওইদে হাযনা পাউমেল্লবগী ভীমসেন পাঙ্গনবনা অচেন থংলৈ য়াংনা বভ্রুবাহন শমু খুৎচেং লাক্লা থৌখামলুবে। হে ইপারী মুংচানবা-ও। মরম করিগী খান্নী মৈদা চংনা নোং-মল্লগবনো? পায়মা নংগী উনকোইমুংদা ইতৌ অয়োনবনে হায়না নিংথল্লুগুনো? শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইবনা নতৌ অযোনববু পুন্না লৈতে। খোইমোম লাইগী মোংদম্মা থোক্লবনে হায়না কৃষ্ণ সনাময়াথং

পাউমেনবিরবা নত্তবরা ? ৱারম অশ্বম খঙ্না মতৌদি থাইনা লহাননোং চীংঙু রামচন্দ্র, ভরত, শত্রুঘ্ন, লক্ষ্মণ মচিন-মনাও মরিমগী মতমদা বাল্মিকী মুনিরেন অথোইবগী উমংলেন্দা রামচন্দ্র থোইথোইবগী মশানৌ সীতা অচুম্বীবু হুন্দোকখৈঙেনে। মুনি উমংলেন্দ লব-কুশ পোক্লবগী শানৌ মচিন-মনাওগী মথুক্তা রঘু শাগৈনা য়াইক মায়থি ফংবতুগুময়ে। হে অর্জুন ৱায়রা তেলহৈবা-ও। উনবী পুক্লিং তপ্পা নাতাও। নতৌ নরমচৎ পুন্নমবু নমু পোংওইবা খৈবিক্লা পাঙ্গল নতিক থাগৎনবা অতুনে। হুয়েন লানশোক অরুবদো হিমালয় উনগী চীংবু ঙমজবা লানফম শোক্ল খুদিংগী থুংগু মহৈ খুদিংদা গুরু লাই-ওইনরিবা অতুনে। অতৈ ক্ষত্রি পাঙ্গল মথৌ লৈবা খিবিক্তি খুংগু নংনা শিন্দম্বিবা সেবক মতম মানগুম্বা অতুনে। নথোয় চন্দ্রবংশ শাগৈরেনগী নরমচংপু থোরম মতৌ অস্থম লৈরিয়ে। শাগৈ নচ-নগু খৈবিক্লগু পাঙ্গল মথৌ খৈবিকপু পুন্না চাউখৎ-লকপা অতুনে। রাম পান্দন্নবা অমদি লোইদাম থাশিনোংদগী হৌনা কোরো নোংজা খুদিং থাজ মপুং ফানা চাউখৎলকপা-তুগুম্বু চন্দ্রবংশ শাগৈ নরমচৎনে হায়না খংও। ৱারম মতৌ অমসুং তাইবং নমু পোংওইবা অসিদো য়াইবী কলহৌ নীকপনা থোরম মতৌ মাংনৈয়ে। য়োইময়াই তাউদনবা মহাক্লা হুমিং মঙাল লেমদবা অতুনে। পৌষ পোইনু থাদদি চীংঙু লাইরৈবাক লমদা হুমিং তরানিথোই থোকপগী মঙাল মতিক মরম্বু শাকইয়ে। মাঘ ৱাকচিং থাবু য়ৌহিক্লবদি হুমিং মঙাল হনখৎলকয়ে।

ফাল্গুন ফাইরেল থাদদি তাইবং নোংশাপান্দা নুমিৎ মঙাল চংখোলয়ে। চৈত্র লমদা ফাউনা মঙাল মৈশা কন্না শাগৎলকলে। বৈশাখ লোইদাম শজিফোই থাদদি মৈশা মঙান য়ান্না মথোই-জিন্নকয়ে। জ্যেষ্ঠ কালেন থাবু য়োরবদি থাজ তবানিথোইমগী মৈশা মতিক চংখোলয়ে। আষাঢ লোইদাম ইঙা থাবু য়োরবদি থোইমোম লাইবৈবাক লমদা নুমিৎ মঙান অমরক হনজিনখিরে। তাইবং নমু পোং ওইবরমদি মৈশা মঙাল ব্রাৎশিল্লকলে। শ্রাবণ ইঙেল থাদদি মৈশা ময়েং তাশিল্লকলে। আশ্বিন লাংবন থাবু য়োরবদি য়োইময়াই তাউদনবগী নোংশা মঙাল ওনশিনহৌরকলে। লোইদাম কার্ত্তিক মেরা থাদি তাইবং নোংশাপান্দা মৈশা মঙাল হৌরকলে। লোইদাম হিয়াঙ্গৈ থাদি নুমিৎ মমাই ওনচিনলে। তাউদনবা নুমিৎ মহৌশাদি অহিং ইমুংমঙম চেংলৌ মিৎথোং মম্বগুম্বদি পুম্না লৈতবা অতুনে।

হে পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবা-ও! য়োইময়াই তাউদনবা মহাক্রুনসুং মৈশা মঙাল মথং মনাঙ নাইয়ে। নংদি লানশোক খুভম থিবা অমদবু নপাবীগী শমু নথুৎপাক্তা শিরবগী নতিক পাঙল ময়েং তাববু কদি লৈরিবনো হায়না পাউমেল্লবদা শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোংখাদা অজ্জুন শমু মখুৎ লোম্না ব্রাহমজখিয়ে--খঙলে খঙলে হে ইবুংঙো! ত্রিভুবন মরোল অহুমবু ঙান্না নোংশা-বিরিবা অতুগী ঈশ্বর নোংদম মপুরেন ওইরিবসুং নংনে। কোলোয় মিংলেন চৎপা! লৌশিং ব্রারৈ চেনববু ওইববশুং কৃষ্ণ সেবক নদাইরেমনে হায়ববু নমু পোং ওইবা থৈবিরা পুম্না মথঙলিবা

অদুনে। ঈশ্বর নংবু হেন্না ঐগী পাঙ্গল চৈশৌ ওইনববু লৈতরে। শ্রীকৃষ্ণ সনা নখোংখাদা যাথং ভক্তি তৌজবা অসিনা অৱা মখৈ লৈতবা খুডম তমখিবা খৈবিক্তা মবানবিরিবা অদুনে। ভীমসেন পাঙ্গনবনস্তুং বভ্রুবাহন মপান্নীবু 'কালোয় যাথং থেম্না পুশিল্লকলে। পন্থৌ মপা-মচানে হায়ববু খঙ্না লমচং মতৌ থোক্তা মিংকোই লাইজা ঈফম তাউ, থৌজাল লাইজা মুংশি লিযেংননা কোল্লববু চেংলৌ মিংথিংলবগী তাইবং নমু পাংওইবা পুন্নমনা কৃষ্ণ সনা মখোংখাদবু নক্না তানফংজববগী থৌরম মহৈ অচুম্ববু করম ওইহনবনো হাযনা য়াইফ মতিক থাগংনরে। পলেম মমা চিত্রাঙ্গদা, উলূপী অনিমনা হবাও পুরি চংলে। মতৌ অস্তুম তৌনা বভ্রুবাহন পাঙ্গনবদি চিঞ্জাক হাউখোই থুমখোইববু কৃষ্ণ সনা মখো খাদা যাংনা বৎচববগা ঈশ্বর মপুরেন্না অর্জ্জন মপাতাউগা সনা ক্যান্দেংমদা ফম্মন্ননা থামন্নববদা নিংথৌ লৈকোই ফম্বা খৈবিকস্ত লান্মী অথৌ-লিচা হেপ্পা পুন্নমস্তং ভম্না টনবী পুন্নিং পেন্না থু হম্লবগা লাঙ্গোই শগোন শামু খৈবিকস্তং শক্তিক নানৌ চৈরোইননা লইজা ঈথকলে শ্রীকৃষ্ণ শিদবদগী হোৌনা কর্পুর মনম নুংশিবগা পানা-গা পুংবু লেম্না চৈরৈ ফিরোই নিংথিবগা নমু মীপুম্মবু শেন্দনা মানলৌ লনহোংহল্লে হাযদববা ?

আনন্তশেষ তাজা লিন-নিংথৌবুস্তুং লিলা মতিক ওক্না লাৎচববদা শ্রীকৃষ্ণ থোইখোইবনা হে তাংজা লিন-নিংথৌ-ও। নংগী থৌরম নতিক ওক্নবা অর্জ্জন য়াইফ থোইববু থোক্লরে। লিলা নবৈবাক পাতালপুর মুংঙাইববু য়াংনা ইন্দানখিরো হায়না

কৃষ্ণ সনা ময়াথংবু তানফংজববগী তাংজা লিল-লৈপাক্তা অমৃত ময়াই-মহি পুনা চংখিরে। জগন্নাথ মপুরেন্ন হে অর্জ্জুন তেলহৈবা-ও! ঐনা মণিপুব লৈবাক অসিদা ইন্দাল্লকহৈগী মখৈবু নশাবী ধর্ম্মবাজ নি সোবেন্দি পুক্রিং অৱা চংলরিহৈনে। থোরম মতৌ অসিগী ভীমসেন পাঙ্গনববু পালেম ইমা শ্রীযশোদ দেবকী অনিমক্তা নপন কুন্তী অচুম্বীগা ভাইবোইননা ৱারম পাউমেন তানবা য়াংনা হুলৱাইখিরহনসে হায়না পাউমেন্নবগা ভীমসেন পাঙ্গনবা কৌববু কৃষ্ণ সনা ময়াথংবু বিশ্রাম য়াথং থারবগী চেংলৌ মিৎ-কুপমবমদা গরুড় চেক-নিংথৌনা চেক্লাথক্তা পুনা হস্তিনা লৈবাক মুংঙাইবদা য়াংনা থমলুবে।



# ৱাহৈগী আর্থ

## অ

অধ্যায়—(সং) মতাং, তাংকক লাঃ ৭, ১০২, ১১৭। অধর্ম্ম—(সং) মীনুংশি খণ্ডবা, ধর্ম্ম লৈতবা লাঃ ৮। অতাশ্বদা—অরাপ্পদা লাঃ ১৬। অন্যায়—(সং) নিয়ম চুমদবা লাঃ ২১। অতিংঙাদা—অতিয়াদা লাঃ ২৮। অমঙ্গল—ফত্তবা মতম ওইরবা, মঙ্গল ওইদ্রবা লাঃ ৩৫, ৪২। অচেন খংলৈ য়াঙ্না—খংহৌদমা য়াম্না য়াঙনা চেন্দুনা লাঃ ৩৮। অর্দ্ধচন্দ্র—(সং) খা মচেৎ শাবা লাঃ ৪৭। অখূবা—অপিকপা লাঃ ৬১। অথিনথৌবু—থবক থিম্বনবা থবকপু লাঃ ৬২। অমৃত—(সং) অথুম্বা লাঃ ৮৬, ৮৭, ৮৮, ৯০, ১০১, ১০৪। অমর—শিবা নাইদ্রবা লাঃ ৯৮। অয়োনববু—অরানববু লাঃ ১১১, ১৩৭। অন্তর্য্যামী—মপুং থিংনা পুম্নমকপু উরবা লাঃ ১২৬।

## আ

আশীর্ব্বাদ—(সং) থৌজানবিবা লাঃ ১৭। আশি পত্র—(সং) যজ্ঞগী থাও মথল অমা, যজ্ঞ তৌরিবা মুপা মুপী অনিগী ময়ক্তা থম্বা ৱাশক থাও লাঃ ৪৪। আসন—(সং) ফমফম লাঃ ৫৭।

## ই

ইপারী—ইচানুপা লাঃ ৪। ইন্দ্রি—(সং) হকচাং কায়াৎ লাঃ ৯, ১৫। ইযোম—ইচানুপী লাঃ ১১। ইন্দ্রানখিরো—য়োনবা চৎখয়ো লাঃ ৩২, ৪২, ৪৫। ইন্দ্র- (স) সরাবেন লাঃ ৩৩। ইশাবী—ইয়াম্বা লাঃ ৪২। ইনু°—অহিং লাঃ ৪৫, ৬০, ১২৮। ইখিনতৈ—ঈশিং খিন্দুনা থম্বা লাঃ ৫৭ ইযু—ইবুধৌ লাঃ ৮৫, ৯৫, ১২৫। ইখোয়—ঐগী খোযদৌ লাঃ ১১৬। ইপাতাউ—ঐগী লোয়নবা মকপ, ইত্তাউ লাঃ ১৩২।

## ঈ

ঈতম—ঐগী মতম লাঃ ৩। ঈশ্বর—(সং) লাই লাঃ ১৬, ৬১। ঈহুনবিবা—পোকপিবা লাঃ ১৯। ঈহুনবগী—পোকপিবগী লাঃ ২২।

## উ

উনবী—পুক্নিং লাঃ ২, ৫, ৭, ৮, ১১, ১৭, ২৯, ৩২, ৩৭, ৩৯, ৪১, ৪৬, ৪৯, ৫০। উনকোইনুংদা—পুক্নুংদা লাঃ ৩, ১৪, ২২, ৪২। উথোক্তরিয়ে— উখিত্রিয়ে লাঃ ১২। উনকোই-নুংগী—গর্ভদগী লাঃ ১৯। উপি থয়োন— উনা শীং ওইবা ময়োল ময়োল পৈবা লাঃ ৩৩। উনথম—নিংথমথা লাঃ ৯২। উমংলেন—উমং খ্বাইদগী হেনবা লাঃ ১১৪।

## ঋ

ঋষি—(সং) মুনি লাঃ ১।

## ও

ওইজথৌ—ওইজবা থবক লাঃ ৫৮। ওন্দেরক্লবদা—হল্লকলবদা লাঃ ১০১।

## ঔ

ঔৎস (সং) মহী লাঃ ১০, ১১, ৩০।

## ক

কল্পতরু—(স) শিদবা উপাল লাঃ ১। কোলোই—য়াথং, রাংহ লাঃ ৪, ৫, ৮, ১২, ১৭, ১৯, ২৫, ৪৫, ৪৬। কোইবেং—থোইদিং লাঃ ৬। কুইনা—শাংনা লাঃ ৭। কুন্তিরীনী—ভা কিহোম অমোম লাঃ ১০। কুম্বি—কুমগী মপী (চহি) লাঃ ১২। কেংরৌ—অতিয়া, নুমিৎ লাঃ ১৫, ১৬, ২৫, ২৯, ৩৬, ৩৭, ৩৯, ৫৮। কলহৌ নীকপবু—কল্হি থোক্লকপবু লাঃ ১৫। কাউবি শুমলোই তাউগুম—ঈশিংদা অকংবা শিংনাংনা তাউবগুম লাঃ ৪৮। কিরিটি—(সং) লুহুপ লাঃ ৫৭। কায়নৌ—থরাম-মিচাক লাঃ ৭০। কাউচানগে—লৌন-লৈনগে লাঃ ৮১। কাউরেন—যণ লাঃ ৮২, ১৩১। কানবী—ওল্লাংথা লাঃ ৯২। কর্ণ—(সং) নাকোং লাঃ ১১৮। (কুন্তিগী মচা অহনবুস্থ থওনৈ)।

## খ

খোইয়ুম—লাই লাঃ ১, ৪, ৬। খয়োইরোন—খুমন চন্নু (নিংথোল) লাঃ ২, ৩। খাবী—লৌখোং লাঃ ৩। খোংলোয়—লোয়নবা লাঃ ১৩। খাম্বী—মৈ লাঃ ১৫, ২৮, ৩৩, ৩৪, ৪১, ৪৮, ১০৩। খোইমোম—লাই লাঃ ১৯, ৩৪, ৩৬, ৪২, ৪৯। খোয়মা—পুক্লিং লাঃ ২১, ৩৪, ৪৫। খাবং হ'ইন্নু চেক—উচেক মচা হাইহৎপা ওবা খুনু থরং লাঃ ২৩। খেনলেন—খ্বাইদগী হেন্না ফবা মতম লাঃ ২৫। খমন্নুং—যমগী লৈবাক লাঃ ৩২, ৩৩, ৫০। খ্বা—য়োং লাঃ ৩৫, ৩৬। খ বৈ কুমফু ওৎপগুম—কুমফুদা থাবৈ-না ওৎপগুম লাঃ ৫৩। খোংলোই—লোয়নবা লাঃ ৭৪। খিনা—খিগন্নুনা লাঃ ১০৭।

## গ

গৌরী—(সং) পার্ব্বতী, দুর্গা লাঃ ১। গজানন—(সং) গনেশ (মহাদেবগী মচা) লাঃ ২। গর্ভ—(স) থন্নুং লাঃ ১১, ১৮,। গাণ্ডিব—অর্জ্জুনগী লৗরুং লাঃ ২৬, ৩৫, ৫৬। গোপ—(সং) যশ্রেম্নহা লাঃ ৭২।

## ঘ

ঘট—(সং) ঈশাইফ লাঃ ২৫। ঘৃত—(স) ঘি লাঃ ৮৬।

## ঙ

ঙাইবোইননা—লোয়ননা লাঃ ৬, ৩৬। ঙমজথো—ঙমজবা য়াবা থবক লাঃ ৬০।

## চ

চৈবোইননা—লোয়ননা লাঃ ৪, ৫, ১৪, ২৫, ৪৮, ১১৫, ১২৪, ১৪০। চেংলৌ—শকক্ষম লাঃ ৯, ১০, ১৭, ৩১, ৩৫, ৩৯, ৪২, ৪৩, ৪৬, ৪৭। চরিত্র—(সং) লমচৎ লাঃ ৯, ২৫। চম্ব—নিংঙোল লাঃ ১০। চম্বুরা নিংঙোলশিং লাঃ ৯৩। চীংচ—লাই লাঃ ১৫, ২২, ৪৫। চতুরঙ্গ—খোং, শামু, শগোল, রথকী লান্মী মথল মরি লাঃ ১৬, ১০৩। চৈরৈ—ফি লাঃ ১৭, ২৭, ৩৫, ১৪০। চৈরৎ লৈতনা—অতৎপা লৈতনা লাঃ ১৯। চক্রুব্যূহ—কোয়শিন কোয়-শিন্না শাবা লানবন লাঃ ২১। চুকোই—জগোই লাঃ ২৫, ৩৪। চকমোম—মৈ লাঃ ২৬, ২৮, ৩০, ৩৯, ৪৩। চৈরৎ—অরৎপা লাঃ ২৯, ৩৭। চিন্তা—(সং) মুংঙাইতবা রাখল লাঃ ৪২। চেক্লা—লমদা লৈবা উচেক লাঃ ৪৩। চান্দুবা—(সং) থাকখল লাঃ ৫৭। চোয়নৌ—ফুদোংলবা সনা লাঃ ৬৪, ৯২, ১০৮। চাহৈ—চহি, মহয় লাঃ ৭৭। চতুর্ভুজ -(সং) পান্থোম মরি পানবা লাঃ ১৩৪। চামলৌ -লফুগী-লাঃ লাঃ ১৩৪।

## ছ

ছায়া—(সং) মমি লাঃ ১, ৩৫। ছয়—(সং) তরুক লাঃ ৯২।

## ট

টিমেন—টা লাঃ ১৩০।

## ত

তাংজা—লিল, মায়, কোক লাঃ ১, ২, ৪, ৬, ১০, ১১, ১৭, ১৮, ২০, ২৭, ২৮, ২৯, ৩৩, ৩৫, ৩৯, ৪১, ৪৫, ৪৭, ৪৮, ৪৯, ৫০, ১০৩। তোংচেং--হি, থব্রানমিচাক লাঃ ৫। তবা চাহেন--ব্রত লাঃ ৯। তীর্থ--(সং) লাইফম লাঃ ১০, ১১, ১৯, ৯৩। তেম্বিদনা —তেমথোকপিদনা, শাউবিদনা, মুংপিদনা লাঃ ২০, ৫২। তেনবা --তেন মপী লাঃ ২৬, ৩০, ৩৩, ৩৭, ৩৯, ৪০, ৪৭, ৪৯, ৫০। তাউ দনবা—নুমিৎ লাঃ ২৮। তুখুনলেন--খোং অচৌবা লাঃ ২, ১০৬। ত্রিলোক—(সং) মরোল অহুম লাঃ ৩০। তেৎনৌ—ম্নোৎ লাঃ ৩১। ত্রিভুবন—মরোল অহুম্মক লাঃ ৫৬। তিল--(সং) থোই-দিং লাঃ ৬০। তালোই—মকু লাঃ ৭৬। তুপথোক্লবা—ককথৎ-লবা লাঃ ১১৩। তেনোই—তেনরা লাঃ ১৩৪।

## থ

থেনমাই লাংনা—অথেনপোৎ ওইনা লাঃ ১৩। থোকাউ-দনা—থৌরম অকাউবা লৈতনা লাঃ ৩৯। থোইয়ে—হেলএ লাঃ ৪১। থৌশীরক্লবা—পাউথোল শীরক্লবা লাঃ ৪৫। থবোন পৈগুম—থা-না মরোল মরোল পৈগুম লাঃ ৪৮। থককেন ঈ —মহি লাংবা থকপা য়াবগুম্না চেল্লিবা ঈগী লৌখোং লাঃ ৫৯।

## দ

দেব—(সং) লাই লাঃ ১, ৫০। দেশ—(সং) লৈবাক লাঃ ৭ ১২। দয়া—(সং) থৌজাল লাঃ ৯, ১৪। দোষ—(সং) ময়াল

লাঃ ২২। দেবদত্ত—(সং) দেবদত্ত কৌবা মোইবুং লা: ৩৪। দিহুতি—মৈরা লাঃ ৭৩। দুরাচার—(সং) ফত্তবা লমচৎ লাঃ ৭৮। দ্বার—(সং) থোংজাউ লাঃ ৮১। দৈত্য—(সং) হিংচাবা লাঃ- ১২৭।

## ধ

ধনঞ্জয়—পাণ্ডব মচিন-মনাউ মঙাগী অহুমশুবা অর্জ্জুন লাঃ ১১, ১৩, ১৭, ১৫, ১৮, ৩৪, ৩৭। ধ্বজ—(সং) ফিরাল লাঃ ৪৩, ৪৮। ধন্য—(সং) লাইবক ফবা লাঃ ৪৬। ধ্যান—(সং) লাইবু চেংনা নিংবা লাঃ ১২৮।

## ন

নিংখনজকইয়ে—নিংজরুইয়ে লাঃ ৩। নাউনৌরকঙৈগী মখেবু —অঙাং ওইনা য়োক্লকঙৈদগী লাঃ ৩, ৪৫। নুংচানবা—পুক্নুংদা চানবা লাঃ ৭। নিংথোশূ—নিংথৌগী মশু লাঃ ৫। নমু—মী লাঃ ৮, ৯, ১৫, ২৯। নাউনৌবা—অঙাং ওইনা পোক্লকপা লাঃ ১০, ১১, ১৯, ১১৪। নাত্রা—অঙাং লাঃ ১০। নিংখনথিয়ে— নিংথিয়ে লাঃ ১৪ নিবেদন—হায়জবা, নোঞ্জবা লাঃ ১৬। নটিনী —(সং) ওক্তুবী লাঃ ২০। নট—জগোই য়াউবা ঈশৈ লাঃ ২৫। নেত্রী—শিংনাং লাঃ ২৮, ৩২, ৪৮, ৫৮। নানৌ—মনা অনোবা লাঃ ৩১, ১৪০। নরান—নকম, নংগী লৈকম লাঃ ৩২। নোংমল্লু- বরু—শিকবরু লাঃ ৩৭। নোংমলহল্লে—শিহল্লে লাঃ ৪২। নোংমন- কমদা—শিকমদা লাঃ ৪৫। নরুঙোন—নকোক লাঃ ৫০।

মুংবং—চগুরবা লাঃ ৫১। নপাতাউ—নকপ, নতাউ লাঃ ৫৪, ১১৫। মু বং ইরৈ চন্না—ৎতৌফম খণ্ডদনা, ইণ্ডক ণ্ডরুা লাঃ ৬৮। নৃত্তক—(সং) ভগোই লাঃ ৭২, ১২৯, ১৩০। মুংওনবী—পুক্লিং ওনবমখৈ মুংশিজবী লাঃ ৭৬। নরক—(সং) নমথি হংণ্ডাইনা থল্লবা পৃথত্নুনতা নৈরবা কোম লাঃ ৭১, ৮৪। মুক্তা—মুপীমচা লাঃ ৯১। নোংয়াই—নশূ লাঃ ৯৫, ৯৭।

## প

পাদ-পদ্ম—( সং ) খুযা থম্বাল লাঃ ১। পুনেম—খুকম্বা লাঃ ১। পূণ্য ( সং ) অফনা থবক্তী মহৈ লাঃ ২, ৩, ৮, ১৯। পলেম—মমা লাঃ ২, ৩, ১০, ১১, ১৮। পন্থৌ—মপা লাঃ ৩, ১০ ১১, ১৪, ১৫, ৬, ১৭, ২৫,২৬। পায়মা পুক্লিং লাঃ ৫, ৮, ১০, ১৪, ১৯, ২২, ৪১, ৪২, ৪৫, ৪৭, ৪৯, ৫১, পার্থ (সং) অর্জ্জুন লাঃ ৭, ১২, ১৫, ১৬, ১৭, ২৫, ২৬, ৩৮, ৪৩, ৪৭, ৪৯। পদ্ম ব্যূহ—( সং ) থম্বাল মওং মানবা লানবন লাঃ ১৬। প্রদীপ—(সং) থাউমৈ লাঃ ২০। প্রাণ—(সং) থরাই লাঃ ২১, ৩৬, ৪৫। পাদ—(সং) খোং, খুযা লাঃ ২২। পুংমিং—মমিং য়াম্বা পুংশিং লাঃ ২৪। পুষ্প—(সং) লৈ লাঃ ২৫। পুরুষ—(সং) নিপা লাঃ ২৫, ১০২। প্রলয়—(সং)—পুম্মাং মাণ্ডবা মতম লাঃ ২৯। পোনবী—য়ুমদা য়োকপা উচেক লাঃ ৩১, ৪৩, ৫০। পামেন—উ লাঃ ৩৩। পুমুং—লফু লাঃ ৩৬, ৬৫। পরৈ লানশা পুন্না—লান্দা

ফাবা বন্দিগুম্না, শা তানবদা ফারকপা অপুনবা শাগুম্না লাঃ ৪০। পানবা—কৈ লাঃ ৪৪। পাঙ্গো—মনা পাকপা উ পাম্বী মখল অমা লাঃ ৪৯। পিরেম—মিৎকী পি লাঃ ৫১। পাউনাইদনা—রা হাযবমদনা লাঃ ৫২, ৫৪। পার্ব্বতী—(স) দুর্গা লাঃ ৫৫। পাগবী—(সং) কোকয়েৎ লাঃ ৫৭। পত্নি—মুপী (মতু) লাঃ ৭৩। পণ্ডিত—অথঙবা, অহৈবা মী, লা. ১০৮।

## ফ

ফাম্বাবন—লাইনিংফম লাঃ ১ ফাইতুহল্লে—লৈবাক্তা তুগা তাহ ম্র লাঃ ৫৮। ফেন্থবকপা—ফেম্না তাবকপা লাঃ ৭০, ১০২। ফৈদা—মুপীগী ফিভমদা লৈববা লাঃ ৮২। ফেনা—মতোৎ, তাকপন লাঃ ৮৭। ফান্দেংমদা—ফাল অমত্তুদা (সিংহাসন অমগুদা) লাঃ ১৪০।

## ব

বিদ্ধি (স) থৈখাইবা লাঃ ১। ব্যাধি—(সং) লাইথুং লাঃ ২। বংশ (সং) শাগৈ লাঃ ২, ৪৩। বৃদ্ধ—(সং) অহল, হনুবা লাঃ ৩। বিদ্যা—(সং) মহৈ লাঃ ৯। বীর্য্য—(সং) কাম লাঃ ১০, ২৯। বিবাহ—(সং) লুহোংবা লাঃ ১০। বেশ্যা—(সং) ওক্তবী লাঃ ২০, ২১। বলবন্ত—(সং) পাঙ্গল কনবা লাঃ ২৫। বাণ—(সং) তেন লাঃ ২৬। বায়ু—(সং) নুংশিৎ লাঃ ৩৩,

৮৯। বন—(সং) উমং লাঃ ৩৬। ব্রত—(সং) চিঙ্গাক ককপা (চবা হেনবা) থৌরম অমা ভাকপা লা: ৪৪। বিজয়—(সং) মঙ্গল ওইবা, য়াইফবা লাঃ ৪৬। বসন্ত—(সং) য়েন্নিং হুনবা মতম লাঃ ৪৯। ব্রহ্মাস্ত্র—(সং) ককশুমদবা ব্রহ্মাগা মান্নবা খুৎলাই লাঃ ৫১। বিধি—(সং) নোংদম্বা লাঃ ১৩১। বিধাতা—(সং) ব্রায়েনবা মপু লা: ১৩১।

## ভ

ভক্ত—(সং) লাইদা পুক্নিং লুপ্পবা লাইগী মনাই লাঃ ৩, ১৫, ১৭। ভাট (সং) তেংথা নাওইবা হৈবা, ঈশৈ শকপা মী লাঃ ২৪। ভবানী— (সা) দুর্গা, দেবী লাঃ ৫৫।

## ম

মরনকু—মথৌজাল লাঃ ২। মযু—মবুধৌ লাঃ ২, ৩। মদাইরেম—মনাই অচানবা লাঃ ৩, ৯৪, ১০১। মহাবস্ত—মপাঙ্গন্দা হায়নিংঙাই লৈতনা কল্লবা লাঃ ৩। মুকৈ—কলম লাঃ ৫। মশানৌ—মনাও ইবেম্মা লাং ৯, ১৪, ৩৭। মকিং নাইহন্দে—মুংঙাইতবা তৌহন্দে ল': ৯। মমোম—মচানুপী লাঃ ১০, ১১। মকারকউ—মথোক কারকউ লাঃ ১০, ১২। মীচৈ —শাপ লাঃ, ১০, ১১, ২৩। মরান—ময়ুম লা: ১১, ১০১, ১১৩। মথোক্লকপা—ইনথৎলকপা লাঃ ১২, ২৬। মথোই ঙোংনা—নাপল তৌনা লাঃ ১৪। মপাতাউ—মরূপ লাঃ ১৫,

৯৫। মণ্ডম—থৌরম লা: ১৮। মাকলৌরেমছুনে—মমাক অছুনে লা: ২০, ৯৪, ৯৬। মালং—লুংশিং লা: ২৮, ৩৪, ৪৭, ৫৬। মরোং—চবোং লা: ২৮। মতানবোম—মপাম্বোম লা: ৩৪। মপা-তাম্বা—মপা নৈত্রবা লা: ৫৮,১২১। মতানপাক্তা—কৈগন্থক্তা লা: ৫২ মুখ—(সং) মচিল লা: ৬৩। মীমাচমগুম—মী অচম্বগুম লা: ৮২। মনোংয়াই—মশূ লা: ৯০। মূর্ত্তি—মওং লা: ৯২ মৈবোইননা—মৈগা লোয়ননা লা: ১০। মোমন্থু নুঙ্গালুপ—চুপা কাবু লা: ১১৪, ১২০। মিংলেম খম্না—ইমাচমক্তদা লা: ১২২। মাচনখি—মী মরক্তগী কান্নদ্রবা লা: ১২৫। মুনিবেন—মুনি পুম্নমক্তগী অখোইবা লা: ১৩৮। মানলৌ—ফি লা: ১৪০।

## য

যাত্রা—(সং) খোঙশানবা লা: ১০, ১১, ১৯, ১০৩। যুবতি—(সং) মথোক কাবক্লিবী, লৈশাবী, লা: ২৫। যম—(সং) অশিবশিংগী লাই লা: ৫০। যাদব সেনাপতি—যদু শাগৈগী লাঞ্জিংপুরেন লা: ৯৫।

## র

রত্ন—(সং) মণি, য়াই লা: ১৬, ১০২। রথ—(সং) দোলাই অপাইবী লা: ২৫, ২৭। রক্ত—(সং) ঈ লা: ২৯, ৪০, ৯৩। রাজ্য—(সং) লৈবাক (দেশ) লা: ৪৪।

## ল



## বা

ব্বায়েনবা লাঃ ৭। ব্বাংলেন—পুং লাঃ ২৪, ৩১, ৩৪, ৫০, ৭২। ব্বায়র'—তেন লাঃ ২৬, ২৭, ২৮, ২৯,৩০, ৩১, ৩২, ৩৫, ৩৭, ৩৮, ৩৯, ৪৭ ৪৯, ৫৮। ব্বাইফাবা—খুৎলাক ফাবা লাঃ ৩০! ব্বারৈচেম্না—ফত্তবা ব্বাফমতা ল'ছুনা লাঃ ৬১।

## শ

শাবেন—শা পুন্নমক্রুগী অথোইবা লাঃ ৯, ৬০। শাৎমাবনে—অপোকপনে লাঃ ১৭। শিংলেন—লৈ লাঃ ২০, ২১। শোংকি চঙবগী—তু চুংনা কীবদগী লাঃ ২১। শোনমোইনখিয়ে—শোন্নখিয়ে লাঃ ২১। শোংকি—তু চুংনা কীবা লাঃ ১৮। শুন্য—( সং ) অচাংবা লাঃ ২৮, ৪৩, ৪৭। শব্রাই থৌগুম—শা লাকপদা থেবা শাগুম লাঃ ৩৯। শামন্ লীকিননা—পুক্নিং চঙনা লাঃ ৪১। শবী ব্বাবু—ব্বাশক্লখিবগী মবস্থু লাঃ ৪৬। শংতান্নবা—ব্বারী শাংনা শানত্নুনা লাঃ ৪৬। শঙ্খ—( সং ) মোইবুং লাঃ ৪৯। শোঙকিববগী—মতু চুংনা কীরবগী লাঃ ৪৯। শকপান্থোং—নিঙথিরবা শকফম লাঃ ৫১। শ্বেত—( সং ) অঙৌবা লাঃ ৯৩।

## স

সর্ব্ব—( সং ) পুন্নমক লাঃ ১। সমদ্র—( সং ) ঈশিং ঈপাক অচৌবা লাঃ ২, ৩, ৪, ৯। সরস্বতী—( সং ) মহৈগী

লাইবেন্থী লা : ৫। সাধু—(সং) লাইনিং লম্বী চৎলবা মী লা : ৬, ১৬। সিংহ—(সং) নোংশা লা: ৯। স্বামী—(সং) মবুংঙো, মপুরোইবা লা: ১৪ সুবুদ্ধি—(সং) লৌশিং শিংবা লা: ১৫। স্ত্রী—(স) নুপী লা: ৪৫। সত্য—(সং) অচুম্বা অরেপ্প। লা: ৪৬। সপ্তদিক—(স) মায়কৈ তরেৎ লা: ৮৯।

## হ

হিংসা—(সং) নুংশি হেত্তবা মংলী লা: ২। হকচাউ-ববু—মশা য়াম্ন চাউববু লা: ১০, ৩৪। হেরা—থোঙইদবগী য়াহৈ লা: ১৭। হুয়েন-লাল লা: ১৫, ২৭, ২৮, ৩৫, ৩৭, ৩৮ ৪০, ৪১, ৪২, ৪৮। হাউথোইবা—খ্বাইগী মহাউ হেনবা লা: ১৬। হেম্নদে—মাইগ্রে লা: ১৭। হাম্থোইবী—চৎনবা য়াদ্রবী লা: ২০, ২২। হনু মাইল চিংগল্লবা—অহল ওইরবী, হনুবা লা: ৩৯। হুবেন—হু পুম্নমক্কী অহেনবা লা: ১০৭। হেনমো-ইনরিবা—লোয়নবদা থোইনা নিঙথিজরিবা লা: ১১৫।

## ক্ষ

ক্ষম—(সং) ঙাকপিবা লা: ৯। ক্ষেত্রি—(সং) ক্ষত্রিয় শাগৈ লা: ১৫, ২১, ৪৫, ৮৪।

## য়

য়াইবী—থয়াই লা: ২, ৩, ২৬, ২৮, ৪২, ৪৬। য়াংদৌ—লম্বী লা: ৭। য়াঙোইরিবা—লৈরিবা লা: ৮। য়েনলাং—

থৌরাং লা: ১৪। য়াংলৌ—লম্বী লা: ২৪। য়াউরৌ—শা লা: ৩১। য়ান্না—খোঞ্জেল, ৩৪, ৩৫, ৪৭, ৫০। য়োইবু—মথোক কারকপী, নিঙথিরবী লা: ৩৬। য়াইখি—গত্তবা মতম লা: ৩৭। য়োনফদবা—লানফদবা লা: ৩৯। য়োন্দনা—শোয়দনা লা: ৪৩, ৪৭। য়োইনা—পুক্লিং হরাউনা লা: ৪৬। য়োইঙই ঙম্নবা—ছিংহনবা ঙম্নবা লা: ৮৯। য়োমদম পৈনা—য়োমশিন্দুনা পৈবা লা: ৯৩। য়্নাংনা—থুনা লা: ১৪১।

---

# অরানবা চুমথোকপা

| অরানবা | অচুম্বা | লামায় | পরেং |
|---|---|---|---|
| নিংজা | নিংজ | ১ | ৩ |
| খুৎগাই | খুৎপাই | ১ | ৩ |
| শি'নং | শিংনাং | ৩ | ৫ |
| মৈশেনবমদা | মৈযে'বমদা | ৩ | ৮ |
| নিংথৌস্থ | নি'থৌগু | ৫ | ২ |
| লেংনা | লোংনা | ৫ | ২২ |
| পিথোং | পিথাং | ৬ | ৫ |
| লানাগুম | লানগুম | ৬ | ১২ |
| হামুনি'বেম্না | মহামুনিবেম্না | ৭ | ২ |
| হাউশিউমগা | হাউশিঙমগা | ৭ | ১১ |
| অর্জ্জুম্ | অর্জ্জুন্ | ৭ | ১৮ |
| হেপ্পা | হেপ্পা | ৮ | ১৪ |
| অতুরা | চন্দুরা | ৯ | ২০ |
| লোই | লোইবি | ১৩ | ১ |
| পলেম | পল্লেন | ১৬ | ২২ |
| মপু | মাবু | ১৭ | ১৭ |
| শকউদবরা | শকউদববা | ১৭ | ২০ |
| চাশা থৈকাবা | জাত শাগে কবা | ২৪ | ১৫ |

অশ্বমেধ

| অরানব | অচুধা | লামাই | পরেং |
|---|---|---|---|
| গুাইবোই | মগুাইরোই | ২৫ | ৮ |
| তোনবী | তেনবী | ২৭ | ৩ |
| নমিরেবু | নমিরেনবু | ২৮ | ৬ |
| নোংশিং | নোংশিং | ৩৪ | ৮ |
| হায়নবু | হায়নববু | ৪০ | ১১ |
| য়াখং | য়াখং | ৪৬ | ৩ |
| মথৌ | মথোং | ৫০ | ১৯ |
| মুংশিং | মুংশি | ৫১ | ২০ |
| মন্ত্র | যন্ত্র | ৫৭ | ১৭ |
| শায়োং | শয়েং | ৫৭ | ১৯ |
| মিংথোক | মিংথোং | ৫৯ | ১৪ |
| পাইশা | পাউশা | ৬২ | ২০ |
| নোংশাপান | নোংশাপান | ৬৩ | ১ |
| তাংশং | তাংশক | ৬৩ | ৯ |
| সনা | শান্ন | ৬৩ | ১৪ |
| হৈনা থাং | হাইনা-থাং | ৬৪ | ৩ |
| অহান | লহান | ৬৭ | ১৯ |
| লাইশেং | লাইশেন | ৬৯ | ৯ |
| মথোক | মথোং | ৭০ | ৫ |
| বিদ্রাধ | বিদ্যাধরী | ৭০ | ১৮ |

অশ্বমেধ

| .র্নিব | অচুৰা | লামাই |
|---|---|---|
| নৌশিংৰীনা | লৌশিংবীনা | ৮০ |
| মত্তেনপক্তা | মতানপক্তা | ৮০ |
| কর্কক | কর্কট | ৮৭ |
| ৱালেন | ৱাংলেন | ১০৩ |
| য়োংস্নুং | য়োংশুক | ১০৬ |
| তাঙ্গা | তাংজা | ১০৬ |
| পুবান | পুরানা | ১৩১ |
| কৈবি=( শওম ) | কায়বি | ১৩৪ |



## রাজকুমার শ্রীসনাহল সিংহ বি-কম্‌না সম্পাদন তৌবা মৈতৈরোন অরিবগী লাইরিকশিং

১। চিংথংখোম্বা মহারাজ গম্ভা চংপা
২। লৈরোন
৩। বীরসিংহ পঞ্চালী
৪। একাদশী পঞ্চালী
৫। দাতা কর্ণ
৬। মৈতৈরোন অরিবগী রামায়ণ (সুন্দরা কাণ্ড)
৭। পরীক্ষিৎ সর্প-যজ্ঞ
৮। মৈতৈরোন অরিবগী রাম-নোঙাবা
৯। মৈতৈরোন অরিবগী লক্ষ্মী চরিত অমসুং ধ্রুব চরিত
১০। মৈতৈরোন অরিবগী রামায়ণ ( লঙ্কা কাণ্ড )
১১। শাম্বু কাবা অমসুং শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ